মণিপুরী পাঠ্য পুস্তক—হায়স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরীক্ষা

# খারেং অখনবা

সম্পাদক :

এলাংবম নীলকান্ত




মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

ইম্ফাল

অকোঙবা
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।




অনিশুবা কোঙবা—জুলাই ১৯৬৯
কোপি মশীং — ৬,৬০০



মমল লুপা ২'৭৫



স্বত্ব পুম্নমক অকোঙবগীনি

ছাপা নম্বর :— দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল

# ৱাহৈ অমনিদং

মণিপুরী ৱারেং কয়াগী খোমজিনমা "ৱারেং অথনবা" হায়বা লাইৱিক অসি মণিপুর সরকারনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদতা ফোংদউ হায়না শিন্নবীবনি। ৱারেংনচিংবা থনবগী ভার পুন্নমক সরকারগী অখণ্ড অহৈগী কমিটি অমনা লৌবীরগা অমসুং অথনবা অহু বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরী এডুকেশন, আসাম, না য়ারবা তুংদা পরিষদতা শিন্নবীরকপনি সম্পাদক ওইবীনবা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহসু সরকারগী মায়কৈদগী ওইনা শিন্নবীরকই। অসিনা পাঠ্য পুস্তক অসি ফোংদবদা পরিষদকী দায়ীত্ব অসি লেখকশিংদগী ফোংবা য়াবগী অনুমতি লৌজবা অমসুং লাইৱিক মশক ফজহনবনি। সরকারনা তাকপীবা মতুং ইন্না ৱারেং লাইৱিক অসিগী বানানসু মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা খর শেমদোক্লগা লৌরবা সরকারগী বানানগী নিয়মশিং অহু চংৈচ। অশোয় অণ্ডাম খরদি শোয়দনা য়াওগনি। মতু মথংগী খুংনমদা চুমথোকচগে।

ৱারেংশিং অসিবু ফোংবা য়াবগী অনুমতি পীবীরকপা মণিপুরগী শীংথানবা য়ারবা লেখকশিংদা পরিষদনা তৌবীমল থগবা উৎচরি। লাইৱিক অসিবু টেক্সবুক অমা ওইনা থোকহনবীহনা পরিষদপু সন্মান তৌবীরিবা অমসুং ফোংবসু ফোংহনবীরিবা বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরী এডুকেশন, আসাম, বু ধন্যবাদ তৌজরি। অমগা পরিষদপু লাইৱিক অসি ফোংহন্নবা শীনবীরিবা মণিপুর সরকারগী ডাইরেক্টর ওফ এডুকেশন, শ্রীনন্দবাবু সিংহবুসু থাগৎচরি।

অরোইবদা, লাইরিক অসিগী বানানগী মতাংদা অমসুং লাইরিক অসিবু ফজহন্নবা হোৎনবদা য়াম্নমক কৃপশিন্না য়েংবীখিবা ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেসকী কর্ম্মীশিং অমসুং থোইদোক্নসু প্রেসকী মেনেজর, শ্রীথূমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহবু পরিষদনা ধন্যবাদ তৌজরি।

প্রকাশক—

Swshi

# বাহৌদোক

হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য হায়বসি তশেংনমক নৌরি—চহি ৫০ মুক্তমা মণ্ডায়রি। য়াম্নমক লিরবা মণিপুরী লোন অমস্যুং সাহিত্যনি। অতুবু খৃষ্টগী শতাব্দী ১৮ শুরকপগী অত্তরাইদগী মণিপুরদা শাকু কন্না ফুজিল্লকপা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈহৌদা হান্নগী লৈজরম্বা মৈতৈ পণ্ডিতশিংগী পুরাননচিংবা পূন্নমক মরু লুকহনবা তাখি। হুমিৎ থোরকপদা মমশীনখিবা থাগী মঙ'লগুম্না। অনৌবা ধর্ম্মগী ঈহৌদা অনৌবা লোন্না বাহন ওইবা হায়বসি পৃথিবীগী ইতি-হাসতা থোকল্লি। অস্তুন্না হায়নৈ—মার্টিন লুথারনা বাইবলবু জর্মন লোন্দা হন্দোকপদগী জর্মন সাহিত্যগী য়ুম্ফম থোনখি। বৌদ্ধ ধর্ম্ম শন্দোকই পালি লোন্দা অমস্যুং জৈনধর্ম্মবুনা মাগধী অমস্যুং প্রাকৃত লোন্দা। লুথারমকসু হান্নগী ল্যাটিন থাদোক্তুনা জর্মন লোনবু শীজিন্নবা হৌরকপদা খৃষ্টান ধর্ম্মগী অনৌবা মশক পুথোকপগা লোয়নখি। মতৌ অস্তুন্না মণিপুরী বৈষ্ণবশিংসু সংস্কৃত অমস্যুং মপুং ওইনা বাংলা লোন শীজিন্নবা তাখি অমস্যুং নোংচুপকী শিক্ষাগী মঙাল ফাওবা অহৌবদদি বাংলা লোনগী মতেংনা পুশিল্লকখি।

অস্তুন্না সংস্কৃত অমস্যুং বাংলা লোন্না চাহৎপীরম্লবা মণিপুরী লোন—মৈতৈলোন অসি মুক্তি ফংজবা কুইদ্রি। মসিগীদমক কনাবু নিন্দা তৌনিংঙাই লৈতে। ধর্ম্মগী অমস্যুং সংস্কৃতিগী বিকাশনি। মাঙবা তোংবা পূন্নমক ইতিহাসনা সাক্ষীনি। মণিপুরী হায়বা লোন অসিবু সাহিত্যগী ওইবা য়ারবা লোন অমন্না হায়না

হৌংনবা মতম অহৌদনি—বাংলা লোন অমস্থুং সাহিত্যবু কূপশিন্না নৈনরবা অমস্থুং খঙলবা মণিপুরী কবি অমস্থুং সাহিত্যিক কয়া পোকখিবা। খুবাইরাকপম চাউবা, ডাক্তর কমল, নবদ্বীপচন্দ্র ময়ুরধ্বজ, ইরাবত, দরেন্দ্রজিৎ, মীনকেতন, অঙাংহল, শীতলজিৎ-নচিংবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লমজাং মৈরা পায়বশিং। "ললিত মঞ্জরী পত্রিকা" "জাগরণ" অমস্থুং "য়াকাইরোল"নচিংবা পত্রিকাশিং থোকখি। ডাক্তর কমলগী কাউঙমদবা হায়ৈ—"মতম কুইমনী তুংদা। লেংশিল্লক্লে ইমা মৈতৈচনু। মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মহুংদা" হায়বা অসিনা মতম অসিবু মশক তাকলি। মণিপুরী জাতিগী নৌনা য়াকায়বগা লোয়ননা লোন অমস্থুং সাহিত্যস্থ নৌহৌনা মীকপ থোকখি।

মণিপুরী রারেংবু মওং অমা তাহল্লকপসি মপুং ওইনদি খুবাইরাকপম চাউবনি হায়বা তাই। বঙ্কিমচন্দ্র অমস্থুং কালীপ্রসন্ন ঘোষকী রাথল অমস্থুং ফোঙদোকপগী মমি তাই। ইংরাজী সাহিত্যগী প্রভাবস্থু ভাদবা নত্তে। য়ারিবমথৈ বাংলা অমস্থুং সংস্কৃত রাইহৈ লোথে ক্লগা কোইনা কোইনা হায়বা খুৎহায় অমা শীজিন্নরকই। রাথলগী অরূপা ভার পুবনি; প্রমাণ পাইহৈগী তৎনথানবা য়াত্রবা নত্তো অমস্থু থাবা ঙমদ্রি। অসিনা অরুবা রাথল খরত্থ লম্বুল তুরেলগী পেরা লোয়না চেনবা ঈচেলগুম্না চেস্থহল্লি। কল্পনাগী অঙীংবা শকক্ষম উংলি। হায়গদবা খরত্থমক চীংলেম্না হায়দোকই। য়ান্নমক মপূংফাবা ফোঙদোকপগী মশক্তি নত্তে; মরমদি হৌজিক মতমদা রারেংশিংস্থ অমুক্কা হন্না পাবদা চোকথবা খরস্থু ইফাও ফাওদবা নত্তে। লমাবম কমলগী রারেংদনা কাব্যগী য়াহু চঙই;

কবি ওইরবা মহাক্কী প্রতিভানা শোক্নু শোক্নুবা পুম্নবক মূর্ত্তি ওইনা চোংথোকহল্লি; ছন্দগী ঈচেলদা চেন্থে। রাহৈগী তপথত্রবা ছন্দদা থম্মোইগী কাচিন কোয়া য়োহ্নুনা ভাম্থোকহল্লকই। শৈরেংগী মশক লৌরবা রারেংগী ছন্দ থোকহল্লি। অদুবু উপন্যাস মচা অমা নত্তুনা অতৈ ইথরম্বগী খুদোংচাবা ফংখিদে। চাউবা অমস্নুং কমল— মায়কৈ অমমমদনি। রাখলগী অরুবা মশক থোংদোকপদা চাউবা অমস্নুং কল্পনাগী মূর্ত্তি উৎলকপদা কমল— অম্নুম্না অনিমক শিব-দুর্গাগুম্না ভাম্থোইহনবা য়াই। অসিগুম্বা থোন অসিবু অমুকস্তু হেন্না চম্না হায়নবা হোৎনবদা হায়নীংঙাই ইরৈ লৈত্রবরা কৈনো হায়না অপাববু শেন্নান্নবা খলহনবা অমনা— রাজকুমার শীতলজিৎনি। অদুবু চম্না ফোঙদোকপগী ফজবা অমদি মহাক্কী রারেংদা য়াওই। মায়কৈ অসোঈদা চাউবগী মতৌ কনানস্তু তথা ঙমখিদে। অদুবু বাংলা সাহিত্যগী প্রভাব অদুম অদুম য়াঙহল্লকুনা মণিপুরীশিংগী লিরবা সংস্কৃতিগী থোং হাংদোক্নবা হোৎনখিবা মতমদদি মহাকস্তু ইখি—খরগা হেন্না লায়বা, অচম্বা রারেংগী খোঙচত্তা।

হিজম অঙাংহলগী রাখলগী জগৎনা অতোপ্পা অমনি। মশানা ইংরাজী শিক্ষা অমস্নুং বাংলা সাহিত্যদা য়োশিন্না চঙতৌদবগী খুদোংচাবা মণিপুরী সাহিত্যনা ফংজখি। শাপ নত্তে; অমাঙবা নত্তে— বরান। পেনাগী অশৈবশিংগী রাখলগী জগৎ অমস্নুং থম্মোইগী সুরদা পুমলুপ লুপথ্রবা অঙাংহলনা মণিপুরী জাতিগী লিরবা সংস্কৃতিবু মতমগী নাকোংদা ভাবা য়ানা পুখোরকই। মিৎয়েং অদুগা লোয়ননা হৌজিক্কী সমাজবু য়েংবি অমস্নুং পুন্নাগী

ছন্দগী কাচিন কোয়া য়েৌনা উবা ওম্বা শক্তি উৎলকই। প্রমাণ পাম্ৰেগী লোইবা নাইত্রবা ঈচেলদ অপাববু তাউথহল্লি। অঙাংগী অচৌম্বা মীৎয়েংগা লোয়ননা অহলগী খুৎয়েক্তা লোইবা নাইত্রবা য়ারেং শৈরেং থনমই—"অঙাংহল" মিংকমগী চানবা তৌরমই। মহাক্কী লোনগী খুৎয়েক্তা মণিপুরী লোন অসি কয়ামুক থোক্না নৌনা ফজবা য়াবগে হায়বদু ইহান হান্না থেংনৈ। সংস্কৃতি অমসুং বাংলাগী মনম য়াওহন্দে। মপানগী য়াহৈ পুম্বা বেশ ওলহল্লি।

অসিগুম্বা থাম্বনগী জগৎতগী চাইনরকপা মণি মুক্তা ময়ামশিং অসিদা অশাংবম মীনকেতনসু মপুং ওইবা থৌদা অমা য়ারৈ। চুম্নগী অরিবা লোন্দনা পেন্দতুনা লিদ লিবা লোন পুথোক্লবা লাক্লে। সংস্কৃত বিদ্যাগী মঙালদা লোনগী মশক ফজহন্নবসু তত্তুন হোৎনৈ। সন্ধি অমসুং সমাসনা লৈতেংলবা য়াহৈশিং অসি মপানগী লোন নত্তে; ভশেংব মণিপুরীনি—থাম্বনগী লিরবা লোননি। মশাগী পীমজবা বানান অমগা লোয়ননা লাইরিক্তা থোরকপদদি মশক পাক খণ্ডে—চেক্শিন্দবা নাকোংদা পাক হেক চঙউ য়াদে। অতুবু খজিক্তুং কূপশিন্না য়েংলবদি অমসুং পারবদি থোক্লকই—ছন্দগী মিহুন অমা, য়াথলগী খুৎথেক অম অমসুং পুম্নমক্কী মথক্তা কাউডম-ত্রবা অরিবা জগৎ অমা। মীনকেতন চৎনবা অর্থদা পোপুলার হায়বদু নত্তে; অতুবু মহাক্কী লোনবু কূপশিন্না য়েংশিনবা অমসুং ফজবা কয়াবু পুথোকপা ওম্বগী শক্তিদি অখণ্ডবশিংদি য়াদবা ওমদে। মহাক্কী য়ারেং শৈরেং পুম্নমক্তা থাদোক্লবা য়াত্রবা কাব্যগী শক্তি মপুং ফানা য়াওই। মহাক্কী মতৌ তম্বদি ওইথোক্তে; অতুগা

মহাকপু পাদবদি য়াদে—মণিপুরী লোনবু চপচানা নশক খণ্ডগে নীংলবদি।

অসিগুম্বা লোন অমস্তুং সাহিত্যাগী চেষ্টরকইবা ঈচেলসি নহারোন কবি অমস্তুং সাহিত্যিকশিংগী মকমদদি ঈরোং কয়াগী মশক লৌররে। ইংরাজী শিক্ষাগী অকনবা প্রভাব তাররে। বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথকী রাখলগী জগত্তা চঙনররে। রাখল পাকথোক্লরে; মীংয়েং য়াম্নকলে অমস্তুং ক্ষোঙদোকপগী মশা মরেং লোঙবা হৌররে অরিবা লোন থিবা কাংবু য়াওনররে—মতুগা লোয়ননা অরিবা জগৎসু মশক খণ্ডনবা হৌররে। অনৌবা জগতগী ফজবা কয়াসু হাপচিন্নবা হোৎনবা কাংবু য়াওনররে। প্রভুগী আসন্দা ফম্নম্বা সংস্কৃত অমস্তুং বাংলা সাহিত্যনা মরূপকী মশক ওইররে। চান্নবা ফমঙ্কম অমতদা ফমমিন্নবা হৌররে—বাংলা, সংস্কৃত, হিন্দী অমস্তুং মণিপুরী। মীনাইগী য়োহ্লিং থদংখ্রে। মৈতৈ পুয়াগী নোংপোক থোঙ হায়বতু হাংলব্রা হাংদ্রিব্রা খণ্ড্রি। অতুগা নোংচুপথোঙদি হৌজিকতি তশেংনমক হাংলে—লাওনা অমস্তুং নীংতম্না। চপচানা মপানগী সাহিত্যগী ঈরাং পুম্বা মমি তারবদি নত্রি। চাংলোন মাপন্না কোয়শিনবা লমদমগী খুদোংচাদবা অতুমদি অতুম মরৈরি। অতুবু থোঙদি শোয়দনা হাংলে।

অসিগুম্বা মতম অসিদা ময়ামদগী খরদং থাপতক্লা থৌনা ফনা নোঙ্গুনা—মোমোন নোঙ্গুনা—লৌপ্রিবা লেখক অমদি শীতচন্দ্র তোংব্রানি। মণিপুরী সমাজবু এক্স রে থাতুনা পুথোক্লবা লাক্লরি। নোংচুপকী চাওখৎলবা মিংয়েংগী যন্ত্র থাতুনা মণিপুরী সাহিত্য অমস্তুং সমাজগী মিতুং য়েংলি। অতুগা থেংনরি—নৈহৎলবা

ওৎপীরবা সমাজ অমা। মাক্সিষ্ট ওইবমকম্ন নত্তে। চুম্নগী নোক্নবা করেম্নবা মওংদা খঙদ উদবা ময়ামদা পোৎশক তাকপনি। তোংব্রাগী রাখলদা মণিপুরী জাতিগী পামজরবা শুমাংলীলাগী ফাগীগী মমি তাই। নোংচুপকী জি বি এস অমসুং ইবসেনগী ম'ৎয়েং থেংনৈ। মহাক্কী লোইবা নাইত্রবা লীলাশিংনা ভাবকপু খম্নহল্লি অমসুং নোকহল্লি—নোক্না নোক্না খলহল্লি অমসুং খন্না খন্না নোকহল্লি। সাহিত্যগী অচোপ অরেম অমসুং লোন্দা পুদাদা অমাং অশেং থায়নরবা মতম অমদা মহাক্না পুশিল্লকই—ইচম চম্না অমসুং ইত্তিং ত্তিংনা ফোংদোকপগী মুত্তি অমা। খম্ন থোইবা রারীগী কাং শান্নবদা মঞ্জুনবা ভৌবোং অমা ইল্লতুনা মচি অমদা ফম্লবা খম্নগী মশক্কি। তশেংনমক মীনকেতনগা গীতচন্দ্রগা ফিদা অমদা ফমহল্ল বদি অনিগী খেমবা অমসুং ফজবা খঙগনি! ফমাদ ফমান্নগনি; মায়দি ওনশিন্নরোই।

মথক্কী অহললোন ওইনা তৌরিবা কাংবুসিদগী খরদি নক্ল ওইবা লেখকশিংগী মমুংদা লৈরি—মহারাজকুমারী বিনোদিনী অমসুং লাইশ্রম সমরেন্দ্র। লৈববুদি লৈরি—সুরচান্দ শর্ম্মা হিজম গুণ, মণিসন্ন শাস্ত্রী, নীলবীর শাস্ত্রী, রজনীকান্ত থোইবা দেবা অমসুং খুমন্থেম-ইবোহলনচিংবা। অতুবু তোপ তোপ্পা ফোঙদোকপগী ষ্টাইল—রারেংগী রাহৈ-রাতাদ রাশি হাপ্পা ভম্বা মওং অদোমদদি রাংলি। রাখলগী জগৎপুদি অরাংবনি; মীয়েংসু অপাকপনি। অতুবু রাহৈগী কাউঙমদবা সুর অমসুং ছন্দ মপুং ওইনা হাপলে হায়বদি য়াত্রি। মণিসন্না শর্ম্মাগী রারেংশিং চেকশিন্না ই; চাউবগী মতুংদা রাখল চঙবা রারেং—রচনা নীংথিজন ইনবা হোৎনরকপশিংগী মমুংদা

শীংথানবা য়াই। অতুবু তোপ তোপ্পা পার্সোনেলিটি অমা ওইনা চোংথোকপদি নত্রে। রজনীকান্ত এলাংবমগী রারেং কয়াস্পু— রারীমচা কয়াস্পু চম্না ফজে; কাব্যগী শক্তি নীংথিজনা হাপ্পা ভমই। হিজম গুণগী উপন্যাসশিংদা রোমান্সকী জগৎকী মমি নীংথিনা তাই। অতুবু রারেংগী অনৌবা ষ্টাইল অমা পুশিল্লকপদি নত্রে।

রবীন্দ্র সাহিত্যবু মশক মুন্না খঙলবী বিনোদিনীনা শিজিন্নরকপা রাহৈশিং অমস্থং পুন্সীবু কুপশিনবা উবা ভম্বগী শক্তি— মতমগী সাহিত্যগী রারেংগী ফজরবা মশক্কি। সমাজগী পুন্সীদা শোন্না থুপ্না চেন্নিবা লিরিক্কী স্থর অমা মহাক্কী রারেংশিংদা থেংনৈ। লাইয়েংপগী ভুরিনা শং শুং চিংবদা থোরককপা মুর্ত্তি পরেংগুম্না বিনোদিনীগী রাহৈ নাচোমশিংসি থোংনা নোনা নীংথিজে। শরৎ অমস্থং রবীন্দ্র সাহিত্যগী রাখলগী মঙালনি হায়বা য়াই। সমরেন্দ্রনা অমুক্তা হেম্না রাহৈ শীক্না অয়ুক হুমিদাং শিজিন্নরিবা রাহৈগী ছন্দদা হায়নীংবা থরচ্চ থোজেল তপ্না হায়। অতুগা অয়েকপা লাই উৎপগী লোকাম নোকমি তৌবা ফজবা অমস্থু মহাক্কী য়ামদনা পুখোক্লক্লিবা রারেংশিংদা থেংনৈ। হায়নীংবতুতা তাপ হেক্তা হায়দোকপান; খঙহন্নিংবা কয়াস্পু ফিজিন মমায় খুমজিনখিবদোনা ফোঙদোকই। মসিনা অপাবদা ঈংনা নুংঙাইবা অমা ফাওহল্লি। অসিগুম্না রারেংশিংদা মতমগী সাহিত্যগী চপচাবা মশক য়াওরে। নোংচুপকী চাওখৎলবা সাহিত্যদা য়াওরিব বেলে লেটর (রম্য রচনা) হায়বতুগী মশক্কি। পাবদা রস হায়বত্তু পোক্লে।

পুম্নমক অসিনা মণিপুরী লোনবু হৌজিকমক বিজ্ঞান অমস্থং দর্শনগী লুরবা রাখল অমস্থং রাহৈ কয়া ফোঙদোকপা ভম্লে হায়বদি

য়াজি। সংস্কৃতকী লীপুনসু নাম্থোরক, ইংরাজীনচিংবা য়াইহসু পঙলৌ লৌরুবা য়াদ—মতম অমা ওইনা তৌরিবা লোনগী ফিবমনি। য়ায়ী লীবগী, পাউতম্বগী অমসুং লাইয়েকপগী লোন অমা ওইনদি ফনা য়াম্না ফজবা য়োরে। য়াথলগী লুরবা ভাব কয়াদি মরীক চুম্না কোঙদোকপা ঙমদনা লৈরি। অতুবু মমারোনবু তুংশিবদসু নত্তনা লোনগীদমক চাউথোকচবা জাতি মচা অমা মণিপুরীশিংনা ওইরক্লিবনিনা অরাৎপা থবা অসিমসু অসুম অসুম কোঙদোকপা ঙম্লক্লগনি হায়না আশা তৌরি।

অতুগা মথক্কী চাউরাক্পা নৈনরিবা মণিপুরী লোনগী য়ারেংগী চেম্থরকইবা ঈচেনসিদা পনখ্রিবা মীশক থবা অসি নত্তবা নহারোলগী লেখক কয়াস্সু লোনগী য়াওন্দা মতমগী শৈশক অসি চঙহল্লবা হোৎনরি। ফনা মওং তারবা য়াথলগী অমসুং লোনগী মুর্তিগী দমক্তা লাঙতক্নরিবা থবসু থেংনদবা নত্তে। মখোয় পুম্নমক অসিগী অপুনবা দাননা মণিপুরী য়ারেংবু মতমগী সাহিত্যগী য়ারেং ওইহল্লক-লগনি হায়বদা চিংনবা লৈতে।

ইম্ফাল

৩০ | ১২ | ৬৭

এলাংবম নীলকান্ত

# হীরম লামায়

অইবা অমসুং বিষয় লাইরক্কী মিং লামায়

Laitonbam K. Kongyang Singh
Laimarem Manipur
Imphal -

R. K. Bhani Sana Devi
Khurai Girls' High School,
Imphal Manipur State

# বারেং অথনবা

R. K. Bhani Sana Devi

## য়াইথিং কোন্নু

(অহানবা পন্দুপ)

### হিজম অঙাংহল সিংহ

খৃঃ ১৮৯২ গী জুলাই ২৮ শগোলশেন সুমিত্রা হিজম অঙাংহল শামুরৌ হায়বা মকমদা পোকই। খরা লৈরগা য়াইস্কুল হীরুহনবা লৈকাইদা হোং-গংলকই। লায়রবা ইমুংগী মচা ওইবনা ক্লাস ফাইভদগী হেন্না লাইরিক তমথবা ঙম্লমদে অমসুং পুন্সীগী অয়াম্বা শরুক্তি চৈরাপ কোর্টতা বাজে মোহরী ( দরখাস্ত ইবা ) অমা ওইনা লেপ্লমই। অদুবু পীথোরকপা সাহিত্যগী প্রতিভানা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লমজিং মৈয়া পায়বশিংগী ময়ক্তা অংথোইবা অমা ওইনা শীংথানরি। মতম অদুগী মণিপুরী সংস্কৃতিবু কুপশিন্না য়েংবা অমসুং সমাজবু নীংথিনা মশক থঙবা মীওই ওইবনা অমসুং সমাজ সংস্কারদসু পুক্নিং চঙবা মীশক ওইবনা ড্রামা, শৈরেং, উপন্যাস অমসুং বারেং নচিংবা কয়া ইরমই। লাইরিকশিংদুগী মনুংদা মহাকাব্যগী শক্তম লৌরবা খম্ব-থোইবী-শৈরেং খুন্নয়দগী মমিং চৎপা লাইরিক্নি। অতৈ লাইরিকশিংগী মনুংদা শীঙেঙল-ইপু ( শৈরেং ), য়াইথিং কোন্নু ( উপন্যাস ), ইবেম্মা ( নাটক ); থম্বাল ( বারেং ), জহেরা ( উপন্যাস ) শীংথানবা য়াই। থাম্নবী অরিবা সংস্কৃতিগী কক্সবু কুপশিন্না উবা অমসুং হৌজিককী সমাজবু মুন্না থঙবা অমসুং পূমক্কী মথক্তা থোংনা নৌব্রবা বাহৈগী লৈচন পুথোক-

পদা অঙাংহলগী তোপতোপ্পা শক্তি লৈ। মহাকী অশিগুম্বা সাহিত্যগী প্রতিভা অসিদা শেন্নহনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "কাব্যরত্ন" হায়বা উপাধি পীখি। খৃঃ ১৯৪৩ এপ্রিলগী তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিত্তা অঙাংহল সিংহ নিংথৌম থোংজাউদা নোঙাখি।

১

"মশীং লাক ঙমদ্রবা ঈসিংগী লৈরিক,
ঈরিক-কোংগোন কয়ানা পুনখিহনা,
অকুৎপা, লোক-তুরেলগী মরুদা পৈরে।
অমুক তম্না চেন্থরক্লে তুরেন হায়হনা॥
ঐ-মা-নং হায়বা ঈরম অহুম ফাংলক্লে,
লাইজ কয়া থোকখরে চাইখ্রে'তুগা অমুক
তিনখ্রে সমুদ্রদা॥

মিৎকী পাংগম্না তামখ্রবদা,
নোংদোন হায়না শংনা উথরে।
ঙসি অমা, হয়েং অমা খঙদবনা ফীবুং ওই,
লেপ্তবা মচুগী শক-পু য়েংহনা;
তাইবং অসিনা মতমবু ঙাইনরি॥

নিংথৌরেল অমস্তুং নিংথৌরেনগী মহ'রণীনা চহি কয়া তোপ তোহনা মচা হায়বা লল অহুবু পঙনা ফংনদ্রবস্তু লায়রবশিংগী থাং পোকশঙ থম্না লল অসিনা লৈতেংই. সংসার অসিগী মহুংদা অসিনা মরোইরে হায়বসি থোইনা অরেপ্পা লৈনদ্রে। অহিংদগী নুংথিন ওই, অহিং পুম্বসি মান্নদে অহিং অমনা অমম্বা নোংনা কুপ্পনা অকিবগী মশক ওই। অমম্বা নোংগী মরক্তা নোংথাংনা

মিকুপ মিকুপ্তো ঙাল্লি। অমস্থগী মশক অহু উহন্দুনা অকিবা অমুক হেলহল্লি। অকমবা নোং তাই, থাকই, তমথীরবা নোংমৈ শিংজং য়াওই। অকনবা নুংশিৎ শিংলি—পৃথিবী অসি হুমদোক্লুনা চৎখ্রমাল্লে হায়না পুক্লিংদা চিংনবা পোকই। অহিং অমনা নিংথিবা শরৎকী পূর্ণিমানি, পৃথিবী থক্তা মপুংফাবা থাবনগী অঙৌবা মঙান তাই। উনা রানা নাপী শীংবীনা লেঙ-লেঙ চৎতুনা মকা লামই। পুখ্রি থোংবান পাৎ-লমজাউ থুদিংদা থরো থম্বাল, ঈশিং-ফংকালগী লৈরাংশিংনা লৈকোন থুদিংদা মোমোন মোমোন নোক্লা ফুগায়না শাৎলি। স্বর্গগী নুংঙাইবনা তাংজনবগী মশক ওই। অঙৌবা অশাবগী মরক্তা চপচানা লাইনা ফংনদবা পৃথিবী হায়না মমিং থানৈ।

অকনবা কালেনগী নুংশানা পৃথ্রি অসি চাকথোকই, অহুগুম্বা নুমিৎকী মঙাল অহুবু অমুক ইংথম থাদা থুমই। ঙসিনা পুকচৎপনা নুংথিল্দা মী চৎপা ঙমদনা কিনৈ। অমুক অঙৌবা মতমদা অহিংবু নুংথিলগুম্না চিংনবা লৈতনা হরাওই। চাক তাঙবনা, মথাদগী মচা অপঙবনা লামহুনা কপলবদা পীক্রনিংঙাই লৈতবদগী মঙক্তা থৌরী থুহুনা উদগী চোংথহনা মচাগী অরাম্বা কাউনৈ।

অহোংবা পোইনুগী মতমদা চান্থ নানি হায়হুনা মচাগী ময়াদগী অচাপোৎতো মুন্দুনা হুন্দোকই; অমুক ফংদবগী রানৈ।

লায়রবনা চানবা ফংদহুনা শিনরবদা অরৈবনা মাগী অরেম্বা অহু য়োম্বোক্লুনা নীংঙাইবা লৈতনা মরন পূনশিন্দুনা শেঙ্গাও মবুক থমৈ। "অতাংবা মতম লাক্লগা" হায়না অতাঙববু অরৈবনা হন্নাওনা ঙাইনৈ, অতাংবা মতমবু অল্লাৎপা মীনা কপ্না কপ্না চৎথিবা ঙাইনৈ।

কনাগী ইমুংদা মচা কায়নবগী মৈনা চাকই। লৈপাক হোক্তুনা তিংথৌ ফেয়মুনা মরাইবক্তা থুহুম্না শুতুনা কপই। অমদা মচা ফংবগী হরাওনা নোকই। কনাগুম্বা নিংথৌনা লৈপাক কায়তুনা সিংহাসনদগী তাবগী রারি, অতুগুম্বা সিংহাসন অতুবু ফংবগী অমনা অমুক হরাওরি। চোংওইরম্বা মকম অতুবু অকিবগী মশক ওইরবা য়ুহারাবদা নমথখিতুনা ঙসি অরুবা পাং ওইরি। (নিংথৌরেল্লা চাকনিবা, চাকনিবনা নিংথৌরেল ওইবা, মচা চাম্না পোকপা নিপানা শিরমদাইদা মাগী সেবা তৌবিনবা মচা অমত্তা উরররোই, দোলাই থক্তা মপাগী তম্পাক্তা চাউবা নিপানা ঙসি মীগী শাইগং শায়াদা তাংতুনা লৈরে ; হায়বদা মওইররোই হায়নিংঙাই সুকলৈ লৈতে। মাগী কনা হন্না য়েংবা উখিদ্রবা মীগী চাকলেমখাক হুন্দোকপা থুন্দুনা মপাঙ্গল চাউরবা অঙাং অমনা লৈপাক অমবু য়োল্লবসু য়াই, পৃথিবী অসিবু অমুক নৌনা শেমঙ্গবসু য়াই। অঙৈং অশা, অরা মুঙাই, ঈসিং-কংকাল, অথীবা ফজবা, অত্তোং অকুং অনিতন অমগা অমগা তেংবাংনহুনা ঙরাং ঙসি হয়েং হায়বা মতম অহুমগী পাঙ্গল তাংতুনা মুমিৎ থানা থোকই।) পৃথিবী অসি চৎলি।

সনা সঙ্গাই মমুংদগী লেঙখিদ্রবী মুমিৎ থা ফাওবনা মশক তাঙনা উজগে হায়বদা ফংনদ্রবী, লৈদগী হেন্না নৌরবী, থুদোল লৈপাক তাদ্রবী, নিংথৌরেনগী মহারাণী, লশিংনা য়োমজবী মাহকচাং অদো—ঙসি অকনবা মুংগী মূর্ত্তি ওইতুনা অহিং মুংখিল নোংজু মুংশা হায়বা লৈতনা মীগী মোংফম মথক্তা লেপ্তুনা লৈখরে—শ্মশান মন্দির। অকে-অমৌ থাদোকখরে, মপুরোইবা নীংবগী লাইনিংদা কনখিবনা মশাদা লৈতেং অমত্তা পকখিদরে।

তাওনা পোকলবা মপোক কয়াগী পুন্সগী ওইরবা নিংথৌরেল, অচুগী থম্মোইদগী তাংনা থোরকলবা, মহারাণীবু নীংথিবগী মুংশিরবা মপাউ, থুম্নবা মরাহৈ অহুবু—সুম্বা মুংগী মন্দির অসিগী মনাকোংদা চঙলিগদরা? মাহুস্মু হায়বা ঙমদ্রে। ত্রেপী নিপা ওইবগী চান্নবগী অমৃত অদো ঙসিবু ইচেল তম্রিবরা? অনিমক উথিদরে। পুকনিংস্মু শেংব অমস্মুং ইশাস্মু অমোংপা পক্কনা চঙলরবা অশেংবগী মফম ওইবা লাইশং অদো ঙসি অমোংপগী মফম ওইখ্রে। চংন-থোংনা য়াথিদ্রে। নিংথৌগী স্না সঙ্গাই শারম্বা সঙ্গাই যুম্ফম অদো হিংচাবা অমস্মুং মুংশি থঙত্রবা শা-কৈগী য়াহিপফম ওই—অকিবগী মশক জঙ্গল ওইরে।

২

মণি কোলোই মিংথৈন লৈতেংবদি মণিপুর। মণিপুরগী থা-নোংচুপ মায়কৈ লমদম অসিদা খোয়ুম থাংজিংন পাল্লি, মাগী থাংজিং চীংজাওনা উফম শক; লোক্তাকন মিংশেন ওইবা নিংথিজবা মোইরাং কৌবা লমদমনি। থাংজিং লাইকোন মুংদা চীংউ সেবা চৎপা থুয়োন খুন্দোরেম্বা, খুন্দোরেম্বী অনিনা লৈ। অকাবদা শগোন তোংই, অকুম্বদা দোলাই তোংই। চিংউ রাখোঙ শেংই, তয়ান মরি থংলি, চিংউ মাগী কোম্মায় শেংই। নিংথৌনা অঙম্বা মাবু ইকাই থুম্নে।

কুরাংলোন কৌবী মচা মুপী অমনে, হাওবা কৌবা মচা নিপা অমনে পোক্লে। ঙসি খুন্দোরেম্বা অঙম্বা শাবন কাইবু থীল্লে অপনা থরৈ কুম্নক্লে। অঙম্বা মমুম লমদম অহু মাবু কায়নরকপদা খুন্দো-

য়েম্বীনা, মচা অনি অতু মথুং য়েংকা ওইগনা শল্লক্লে। খুন্দোরেম্বী মপুরোইবগী চংখিবা মায়কৈ য়েংলক্লে। মায়কৈ সলাই খণ্ডনা মচা অনি কোন্দুনা অঙম্বা মাগী মরান য়াইদা কপ্তুনা লৈখরে। মউ লৈত্তবা উগুম্না য়ারক্লে। মপুরোইবা কায়নবা মুপীগী অরাবা খোঙ্খেম্না থাংজিং চীংখোংদগী কেগে মায়কৈ কোন্দুনা মোইরাং লোক্তাক য়োখরে। খুন্দোরেম্বগী মরানয়াই মপু লৈত্তবা লমদম ওইরে, ইয়াং য়াংলক্লে।

মপুরোইবগী মৈনা কাশিল্লক্লে, খুন্দোরেম্বীদো তৌরাং কক্তা ওল্লক্লে হেদো নাহে চল্লক্লে, থোংগাংশাংবা য়াত্তারক্লে; থোংনাং মনা নিক্লক্লে। লুতুং খোইবাক শারক্লে। হাওবা কৌবা মচা অতুনা পোকপা থা অহুম শুবদা খুন্দোরেম্বীদো শজিক মতুং ইল্লক্লে থবা মমৈ য়াইরক্লে লৈচিন খোঙনেৎনরক্লে "পারি মমোম অনিবু হন্দোক-লমমে কনা লৈহৌদরে" হায়না থনবদগী মচ অনিগী য়াবনা বৈতরণী কৌবা তুরেনগী মপান্দা পল্লে; মচা অনি য়েংলকই।

মমোম্না মতু নিংথৌ নমদা পোরে, মমা মপানা হিপ্লম্বা কাদা অমুক চঙ, মাংগোল উথোকতেন অমুক কোন, য়েম্নথা লুথা কোয়না চৎ, হোজং তান্না অমুক থোক, দোলাই ফৈনা তোংহনা পম্মৌ মানা কুম্নকপা কেগে থারী লমজাওদো চিংনা অমুক য়েং, হা ইমা হায়তুনা মমোম অতুনা কপলক্লে। করি অমা খঙন্নবা খোম্লাংদবু নীংলবা হাওবনা মচেম অতুগী মনমদা কপই খোম্লাং লাইনীং ওইতুনা। মচেম্না মমা কৌতুনা কপই। অনিগী অরাবা অদো খুন্দোরেম্বীগী থরায়না বৈতরণী তোর্বান্দা উরক্লে। অমম অঙান অনিগী মমক তাইবং মুখন রাংমা অহুদা মমানা—

"ইমোম ইবেম্মা ইমাবু! তাইবং মালং পান্দগী
খম্নুং লৈপাক পাংলক্লে। হুনফদবা থৌরীনা
পুনথিবনা অসিদা ইমা লৈরে ইবেম্মা।
পাম্বি ইমোম অনিবু থনমত্তুনা করম্না,
লাম্লসিগে ইমাবো—ইমা লানবা ঙমদরে।"

হায়রত্তুনা কপ্লকই। মচাইদমক য়াবনা মশম মনা ফাথরে। তিম্থোক য়াংদৌ চোংবগুম থরো কাংদ্রুম ওনখি। মীরমলেন্দা অঙাং অনিগী মতৌদো মীওইবনা য়েংবা ঙম্নদরে। লাইরমলেন্দা বৈতরণী তোর্ব্বান্দা খুন্দোরেম্বীগী মতৌদো লাইনা য়েংবা ঙমখিদরে।

ঙসিদগী হয়েং, হয়েংদগী হংচিৎ, চয়োনদগী থা, চহি কুমজা ওল্লক্লে। চহি অমদগী অনি, অনিদগী অহুম মথং মথং ফারকলে। অহিং সুংথিল খুদিংদা হাওবা কৌবা অঙাংনা মমাগী অমৃত লাম্বনা কপ্লকই, অহিং কোংগায় কুয়ানা মচেম্না লশিংদা ঈশিং লুপ্তুনা খোম্লাং শানা ইল্লকই। ডাক্তানা — হয়েং হয়েংগী

লৈকাই য়ুন খুদিং খোম্লাং ইন্দুনা মৌপুরা য়োক্লকই। অঙম্বগী তালোই ওইবগী মনাই-মশম্না ইন্দুনা সুমিৎ খুদিং অহাও অথুম লৈরুবগী সুমিদাংবাই মমানা কৈথেন কুমলকপা মতম অত্তবু মচেনা কাওবা ঙমদে। মতু নিংথৌ পোত্তুনা হোজংদা খোরকই। —লাক্লরোই হায়না উরবা মমা অংঙবু নিংশিংবগী অমম্বদা তাহ্নুনা নুরা মপুং ফাভ্রিবীদে ঙাওরি। মমানা চৎলম্ব লৈরম্বা খুদম অপুম্বনা মযোম অত্তবু লাক্লরকই।

পৈত্তুনা থনম্বা অপুম্বা নোংম নোংমগী লোম্শিল্লক্লে। অরাংপা শরাক ওইরক্লে, মনাই মশন লৈরক্তরে। লৈরিঙৈদা চামিন্নরগা

লৈরক্তুবা অতুদ অঙাং অনিবু হুন্দোক্তুনা মনাই অপুম্বা চৎনখরে। অঙাং অনিদা মঙাইরে। মাংশোক ফমেন নাইরকতরে, হোজং: নচিংবা অপুম্ব নোংমা নোংমগী কিম্থখরে। মনাই মশনগী য়ুম্নচিংবা কীম্থখরে অঙাং অনিনা মপাগী সঙ্গাই অচোবা অতুগী মমুংদা চেক্লা মচা নদৌগুম লৈরকই। কিবনা অহিং কোঙগায় তুম্মকতে। পাঙ্গন শোনবী মচে অতুনা লৈকাই ফৌসু লঙতুনা চরে ফিবু শাজতুনা মৌপুরা অতু য়োক্লকই।

পিক্লা উল্লেন নংলবী লৈরাংদো শনম মফম হৈরকই; খুবাক মরোন ছুখরে। তুম্মিৎ খুদিংগী চেঙনি ফৌনিবনা রাৎলক্লবা ফংদবা মতমদা লৌশিরাকপা কোরবা মপাগী মরুপ অমদা চংলকই। মাতনা অঙাং অনি অসিগী অরাংপা মেন্দুনা লাকই। ঐগী হায়বনা মকনবনা দগুি পানবা নৎতবনা নিররগদা মপী, হায়ররগতা মতায়, লৌশিরাকপা কোবসিনসু অঙাং অনিবু পুশিন্দুনা য়োক্করে। "শামুনা ঙাইথিদে, নিংথোনা ঙাইখঙদে মুংঙাইবনা অৱাবা খঙদে, নিংশিংউবা লৈতে॥"

মোইরাং লৈপাক্কী নিংথৌনসু খুয়োন খুন্দোববু থাপখরে। মনাইগী মচা লৈথি হায়বসিসু নোংমা নোংমগী কাউরক্লে। অঙাং অনি অসিগী মচেম ওইবী অতুদি থমোই মৈ হোৱবু অহিং মুংথিল নাইথিদে। মীগী মমা উরগা মাগী য়াবা হেল্লি। মমা ওইবী কনাগী মচানা মমাদা ওইনজবা উরুরে মাগী অৱাবা মওইজে। মতু নিংথৌ অতুদি অমরোমদা ফখরে,, খাইগী অঙাংনা মমাদা ওইনরগা মৌপুরা অতুদি মচেমদা ওইনৈ।

অঙাংগী মমা ওইবী মা নৎতনা মপা চামনা য়োক্তুনসু নীংবা

থুংনবা হৌনদে। মিকুপ অমা থানবদা জগৎ পুম্বা মাঙত্রবগুম মনাদবু নীংবনা থরাই মাঙগদবগুম কপই, অদুবু মতম কুইনগীদমক হাওবা মচিন মৌপুরাবুদি মমানা হুন্দোকলম্লবনি।

মচাগী অম্রাবদি মমা হায়বা জাৎতনা খঙই। অসুম খঙনা উনমক মবুক্তগী তাবা মচা নৎতবা খোঞ্জেন্দি মমাগী মনাদা চত্তে। অসিনা মোইরাং নৈপাক অসিগী মমা ওইবী মথৈনা হাওবা মচিন মৌপুরাবু হেক হেক কাউই। কপ্লরবা চঙলকরবদদা সুংশিবী। অনি অসি মোইরাংদা চাকনি ফিনিহুনা লমজ্জা ওইনা লেঞ্জরক্লে। হাওবা পাখং ফারক্লে।

## শম্লপ্পা নৈনবা

লৌখংশিবা শরুক অসি "য়াইথিং কোন্নু" হায়বা হিজম অঙাংহলগী উপন্যাস অদুগী অহানবা শরুকনি। মোইরাংগী থাংজিংনা শায়বা লীলাশিংগী মখুংদা চম্লবা খম্বা-থোইবীগী লালানা থম্নবা পরোং অদুদা য়াঙরিবা লালানি। খুংঙাইরম্বা হমুংনা নংথরকপগী থম্মোয় শোক্লবা মশক অমা মতাং অসিদা উৎলি। মোইরাংগী অঙম্বা খুন্দোরেম্বনা হুন্দোক্লম্লবা অঙাং হাওবা অমসুং মচে কুরাংলোন অনিনি। অনি অসিগী খুংঙাইজরম্বা অমসুং কনা নৈরক্কবগী মশক অদু মতম অদুগী সমাজগী মিৎয়েংদা য়াম্নমক ময়েক শেংনা তাক্লি। রারী অসিগা লোয়ননা মীওইবগী চৎনবীগী মশক অমসুং মীওইবগী পুন্সিগী চেহ্ণরকপা তিম্নবা, নুংশিনবা অমসুং কায়নবগী থম্মোয় শোক্লবা মুত্র অমসু লেথকনা রাহোদোক ওইনা পুশিল্লক্লি। চায়রম্বনা কায়নরকপা, তিম্নরম্বনা কাউনরকপা, চাউরম্বনা নংথরকপা করিম্নু অঙকপা নত্তে—মীওইবগী চৎনবীনি।

Bhani Sana Devi

# মৈতৈলোন

## খাইরাকপম চাওবা সিংহ

খৃঃ ১৮৯৫ দা উরীপোক লমদমগী শোর্কোল থিংঙেল হায়বা মকমদা খাইরাকপম চাউবা পোকই। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবশিংগী মরুংদা অথোইবা কবি অমসুং বারেং ইবা অমনি। আই, এ ক্লাসগী ওবা তমথকরগা তোকতুনা ওবা ওইবগী পুন্সী লেনখি—অজানবদা বেঙ্গলী স্কুলদা অমসুং মমৈথংদা জোনষ্টোন হায়স্কুলদা। মণিপুরী লোন অসিবু চাওখৎহনবগীদমক মহাক্কী পুন্সীগী শাইনাং ওইবনা মেগাজিন কয়াদা তত্তনা ই অমসুং সম্পাদকসু ওইখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ লিংখৎলকপদসু অথোইবা শরুক য়াখি। মহাক্কী অয়াম্বা বারেং শৈরেংদা মণিপুরী জাতিবু অমসুং সংস্কৃতিবু চুংশিনবগী শেংলবা মমি তাই। মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যবু চুংশিজনবতনা মরম ওইদুনা মণিপুরী লোনগী রাস, শয়নগী ঈশৈ অমসুং খুবাক-ঈশৈ পুথোকই অমসুং শাম্নহনখি। ফোঙলবা লাইরিকশিংগী মরুংদা "থাম্নগী লৈরাং" (শৈরেং) "কিদম", "বাখল", "বাখলগী ঈচেল" অমসুং "ছাত্রমচা" নাচংবা বারেংশিং অমসুং 'লবঙ্গ-লতা' (উপন্যাস) শীংথাবা য়াই। মণিপুরীগী থাম্নগী সংস্কৃতিদা অচেৎপা থাজবা লৈরম্বা অমসুং খর মথৈদি খঙনবসু হোৎনরম্বা অমসুং হিন্দু ধর্মদা অচেৎপা বিশ্বাস লৈবা সাহিত্যিক অমনি। ইংলোক ১৯৪৯ দা লোঙ্গাখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা চাওবনা লৈখিদ্রবা তুংদা 'সাহিত্য রত্ন' উপাধি পীখি।

লোইবা চীংগী নাপোমদা শীঙেল ইঙেনলৈনা লৈরাং লৈকাফম্না শাৎকায়রি। লমগী নামিবা মলয়া মুংশিৎনা নম্থিনবা কনা য়াওদনা শীঙেল অরেম্বদা লৈরাং লৈনম য়েল্লি। ইপানথাগীদি মাকমৈ শরৎ ঋতুগী কোকচীন, কবিগী পুক্নিংনা লাওতকরবা মতম অসিদা নাই-

মৈতৈলোন

তোম শাৎলবা লৈরাংনা চিনবীহৌনবা লৈতনা মালেমথক্তা কেনখিবা উরুহ্না রাখল চাউবা মৈতৈ কনানা অরা তেংথানরি !

চাংদা শাৎপা ইভেনলৈ,
চিন্নদলা কেনখিবা,
কল্লকইদে ।

পলেমগী খোম্লং অমৃত থক্লিভৈদগী অহানবা শিন্দম ওইনা নারাগী কোলোই অহানবনা পলেমগী মিংকম কৌনরক্লবা ঐখোয়গী ঈরোল—হুংশিরবা, পাম্মুরবা ইমারেল, মৈতৈরোন অসিস্থু অয়াম্লদি লৈরাং ইভেনলৈগী পান্দম ওইরে। লৈরাং ইভেনলৈ হায়বা অসিস্থু নিংথিজবা লৈরাংনি, তৌইগুম্বসুং উবিনবা, নম্বিনবা লৈত্রবা লোইবী চৈংখাংদা শাৎলুবা মরমনা রাখল চাউবা কবি খরগী তেংথারোন ওইহ্না তোক্লরে। অরাবনি ! লৈরাংগী মগুণ খঙলবা শাবা শানৌশিংগী শাইগং তময়া নকনা শাচ্চরম্লবদি চিংগোংলৈনা য়ায়দা থেৎ, শনকুপলৈ শত্রেনা মচন চানা থান, লৈরাং শাচ্চরগী মহে য়ান্নরমগদবনি। ঐখোয়গী মৈতৈরোন অসিস্থু অসিগুম্না লৈরাং থিবিনবা লৈরম, কোলোই শকপিনবা য়াওরম, অদুমক নত্রবস্থু কোলোয় তাবিনবদা য়াওরম্লবদি মালেম অসিদা চঙনা লৈরিবৈদনা নোংমদোন লাইরৈবাক্কী বীণাগী খোঞ্জেন্ তাহ্না পুক্লিং পেন্নবা মথৈতদি শুমজ্জরমগদবনি। অরাবনি ! মেংনা নীংথিবা মৈতৈলোন অসি চীংদা শাৎপা ইভেনলৈগুম সমক্রুগী ঈয়াইদা লৈবা মণিগুম, চাংনা কোয়না পনশাবা, চীংমীনা কোয়না পনঙাকপা লৈপাক অসিদা অরেম্বদ, খঙবিনবা লৈতনা তাহ্না লৈরে।

ঐখোয়না অস্নুয়া মরম লৈতনা নারদগী বীণা পায়তুনা কবি নত্তুনা কবি শাত্নুনা, জগোয় খোঙলৈ কায়দনা মৈতৈরোনগী য়াকাই-রোন শকপা তারগা মরোন নুংশিজবা, মরোন পাম্মুজবগী থোইনশিন্ননি হায়বা খঙবিত্নুনা কনানসু তাথীবিরোই হায়বদি খঙই, তৌইগুম্বসুং কনানা মৈতৈলোন অসিবু পাম্মুফম থোকপগে? মরমদি হেত্নুনা লৈরিবা ইরোনবু অমুক নোহোনা তমলুবগী করি কান্নফম লৈবগে? খরনা অমুক হায়রি—মৈতৈলোন ওয়াগা করম্বা মতমগী মতিক চাবা রাখল, লৌশিং থোকফম লৈবগে? খরা অমনা মৈতৈলোন অসিবু পুক্নিংগী রখন ফোঙদোক্নবদা গুপ্তবা য়ায়া চন্নবা লোনগুম নীংঙি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না রাহং পুন্নমক অসি থুম নিংবা অমতসু য়াওদ্রি। মৈতৈ কনানা মশাবু মৈতৈলোন হৈরে, গুনা খঙলে হায়বা ওইগে। তৌইগুম্বসুং মখোয়না খঙবনা চুমই—জাতিগী লোন জাতিগী সাহিত্য চাওখৎপা হায়বা অসি জাতি অত্ত চাওখৎপগী খুদম অমসুং চাওখৎনবগী পান্নেনি। নীরৈপাক্কী লোন, নীরৈপাক্কী চাওখৎনবা লাইরিক পুন্নমক পাবা অসি য়ায়া কান্নবা, তোগদবমক্কি হায়বা অসি ঐখোয়সু থাজে, তৌইগুম্বসুং মাত্তু মী কয়াগী মরাইবক্তা থোকপা য়াবগে? মাত্তুগী অশম্বা খুদমবু মী পুন্নমক পেনা তাবা চৎলি—অতৈমক খঙওজবসু খম্বা থোইবীগী কোলোই মপাও মথৈদা তাত্নুনা মিৎলুনা তরংগী ঈরা চেনবা ওম্মি। নোংবান্না পাম্বগী মাওদা মায়থিবা উরগা—যথা ধর্ম্ম তথা জয়—হায়বা পাওতাক ফংত্নুনা তাজরুবগী কান্নবা খঙডি। তৌইগুম্বসুং রস খংনবা ওঝাশিং খরদং নত্তুনা কনানা বাসক তাবা চৎপগে? পুন্নমক বাসক য়েংবা চৎপা ঙাক্তনি। তৌইগুম্বসুং ঈশৈবু য়েংবা

R.K. [redacted]
Khurai Girls' High School. Imphal Man

State
60 (Broad) Pin. No 795001-

হায়বা রাহৈ অসিমক রাহৈ অরানবা মওংনি, অচুম্বদি ব'সকী ঈশৈ তাবা চৎপদা ঈশৈনা করি হায়রি হায়বা অদুদি খঙদবনিনা পালাগী চোলোম, পুংয়ৈবনা চোংবা য়েংহুনা হল্লক্লে, কনা অমনা মীয়াম তিনবা য়েংহুনস্থ তোকই। অওইবমক মাগী মাগী মরোনগুম্না লৈপাক্তা কান্নবা রা শন্দোক্লবা পাষ্টৈ অমা লৈতে। অনিশুবা রাহং অসিগ পাউথুমস্থ য়াম্না 'লায়—হৌজিক অসিদা মৈতৈলোন্দা মতমগী মতিক চ.বা লৌশিং ফংবা য়াবা লাইরিক য়াম্দে হায়বদি য়াম্না চুম্মি। তৌইগুম্বসুং ঐথোয়না অমুক হংনিংবদি মাহু কনাগী মরাক্নো? কোনগীরা? কোল্লিবা মীগীরা? চাওখৎলবা মায়ৈ-পাক্কী লোন কয়া হৈরবা, সংস্কৃতলোন খঙলবা পণ্ডিত কয়া মৈতৈ লৈমগী মচা ওইহুনা পোক্লে, কয়ানা তারাৎপা অহু মেনশিনবিনবা লাক্লবিবগে? হৌজিক অসিদা ইশাগী কান্নবা নত্তনা অতৈ খন্নবা মতম ফংদ্রবা অসিদা মৈতৈলোনগী কবি পুন্নমক্তি কনাস্থ ঈচং থৌফম থোক্তে হায়বা ঐথোয়স্থ খঙডি, তৌইগুম্বসুং মাহু অচুম্বনি হায়বদি ঐথোয়না য়ানিংদে। মরমদি জীব ওইনা পোক্লগা মাগী পোক্লফম লমদম মপামলস্থু হুংশিন্দ্রবদি মহাক অহু ওন্থোকপা মী অমনি হায়নীংঙি। কবিনা করি হায়:—

Breathes there the man with soul so dead,
Who never to himself hath said,
This is own my native land?
If there be, go, mark him well.

অওইবমক মহাকনা পোকপা অহু তরেম্বনি, পলেম অমস্থং মপাম হায়বা অসিদি সোরারেনগী লাইরৈপাক্তগীস্থ হেল্লি হায়বা

mark him well 2.

অচুম্বনি। স্বর্গ সুংডাই হায়বদি উরুবা মী কনাদা হংনফম লৈতে। পোক্লকমগী সুংশিববু খঙত্রবদি মহাক মীওইবগী শীংদগী হেন্দোক্কনা জীবগী শীং ফাওবা চন্দ্রবনি হায়না খঙবনা চুম্মি।

—জননী জন্মভূমিশ্চ স্বর্গাদপি গরিয়সী—

তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না হেন্না য়াবদি—কাঙবু অমা লৈরি, মখোয়না খঙদনা য়ামনা অহে শাক্কনিংঙি। ঐখোয় মৈতৈগী অহৈ অশিংগী মরক্তনা খরা হেল্লি। মখোয়না মপোকডৈদগী মৈতৈলোনগী-দমক মিকুপ পুংজা অহুমদং কাইথোকপা ভম্মিগন্না হায়বদি পূক্লিংদা চিংনবা পোকই, তৌইগুম্বসুং খঙত্রবদি খঙত্রিব পোং অতুদা চিংনবা য়াই হায়বা খঙনা খঙলা ঐখোয়না মখোয়দা তাকনিংবা খরা লৈ; মখোয়না করিগুম্বা অমদা মরান হাপকে হায়না নীংলবদি মতুংগী মরান লৈ, লৈতে হায়বা হান্না খঙদোকপা চুম্মি। মৈতৈলোনবু খরদং নৈনতুনা য়েংসুরবা মীনা য়ামনা লায়না ঐখোয়না হায়রিবা অসিদা থাজবা পোক্কনি, মৈতৈলোন অসিসু চাওখৎলবা লোন অতৈ অতৈগুম্না মীওইবগী অরা অনানচিংবা পূন্নমক পূবদা লায়না ঙমলম্মে। মরমদি সংস্কৃতলোন্না বাঙ্গলা লোনগী অহানবা ইফুৎ ওইরগুম্না মৈতৈগীসু অরিবা লোনগী থম্বা হৈত্রবা ইফুৎ অমা লৈরি। ভাগীরথী গঙ্গানা গোমুখীগী নাপোমদগী চেম্বরক্লগা লম্বীদা উপনদী ময়ামগা তিন্নহুনা ঈচেল মপুং ফাবগুম্না মৈতৈলোনদসু নীংথিরবা সংস্কৃতলোন কয়া লাক্কনা তিল্লরে। মাতুগী মথক্তা অর্থ অমতা ওইবা য়াহৈ কয়া শাবা শালাই মথক্তা পূন্নমক তিন্নথিবগী মহৈ ওইনা পোকথোক্লক্লে, চীংমী কয়াগী লোন্না তেংবাংলে, লোই কয়াগী লোন্না তিল্লরে

কে বালোন য়াওরে, মীরৈপাক্কী লোন কয়াগ য়াম্নরে। অওইবমক মৈতৈলোন অসি চাওখৎপা চামগী মপু ওইদুনা লৈরে। তৌইগুম্বস্নুং মথোয়না করিগুম্বা মরাল অমতং হাপনিংলবদি লোন্দদি নত্তে, মাবু লোল্লিবা মশিং অতুদনি।

অতুম অতুম ওইনমক, য়োইবু য়োইহেল তাল্লিব শাবি-শানৌশা! পলেমগী অহানবা মায়থোং লাংশিনবা উবদা করিগী অরাতেংথানরিবা? করিগী নীংবা কায়বগী অরাবা শোর হোল্লুবা? চৌংনা কোয়না পনশাবা চৌংমীনা কোয়না পনডাকপা মণিপুর সনা লৈপাক অসে মাখল চাওবা কাবগী মতিক চাবা পোক্লফমনি। বসন্ত ঋতুনা লাকপদা হৈরাং লৈরাংগী মপৈনা খোগংলবা খোইমু লাবা অশোমগী অরাম খৌরাংবা কোক্লরি। ঈংলবা মলয়া হুংশিংনা লোইরোই লোইরোই শিত্তুনা তাইবং মৈচাক কোক্লরি। পামেল উফে লৈনা অয়াম্বা পোম্বা চেক্লা মপৈনা পলেমগী য়াকাইরোন শক্লি। শরৎ কোবা ঋতুদা তাংথক নাইত্রবা থাবুম্না নোংপোক মালং লৈতেংলি। লোইবী চাংখাঙ খুদিংদা তান্না কৌবা চেক্লানা তরেৎ শুবা খোম্বাংনা কোকিলশিংগা তেমশীংনরি। রারুগনু শানৌখোয়, কনাগী মপাম লমদমদা ইনুংশোরানা তৈবদা ক্লাক্লী লাম্বাওনা শীল্লকপা চরোই তেতুনা খোংলকপা মতমদা উনা তিংথোগী মথক্তা সনাগী ঈরা হৌবগে? কনাগী পোক্লফম লমদমদা হুমিৎনা চাংয়া পকপদা, তময়া কোরি চেনবা, কাওরেন শঞ্জন মতমদা সন্ধ্যাতি খোঞ্জেন্না মায়গৈ তরা শীনবগে? রাগগু নপাম লমদম হুংশিবনা নপারি নথোয় ময়াম্বু কাব্য কুঞ্জ তমনা খুজেং পালোই-নবিরি। নংবু পোকপা পলেমগী চেংলৌ শকফম উরগা কবিগী

কোলোই নীংশিংত্রা? নংস্থ স্নিংস্ন। থম্বাল মানবা অহুদা তম্নংগী ঈর। শিম্বত্থনা কবিগী কোলোই খোম্বাংঙ্:—

O Manipur, stern and wild
Meet nurse for a poetic child

## শম্নপ্পা নৈনবা

মৈতৈরোন হায়বা চেকাশিন্না ইরবা ব্রারেং অসিদা মণিপুরী লোনগী ফজবা মপূংফাবা অমস্থং অয়াম্বনা খঙবা ঙমত্রিবা মশক অদু পুথোক্লি। মণিপুরী মচাশিংনা থোইদোক্লস্থ মমারোনবু নুংশিফম থোকই অমস্থং তমফম থোকই হায়বসিনি লেখক্লা কম্না পুখৎলকলিবা। মমারোলবু নুংশিত্রবা মী অদু মী কৌবদা মতিক চাদে। মমারোলগী সেবা তৌবতনা অমস্থং মমারোলবু চাওখৎহনবতনা মণিপুরী খুদিংগী তৌফম থোক্লব মথৌ অমনি। লোন কয়াগী ঈচেলনা তিল্লরনা মণিপুরী লোন অসিবু মণিপুরীশিংনা মশক খঙবদস্থ নত্তনা লোন অসিগী সেবা তৌপদবনি। মরমদি ইমা অমস্থং পোক্লফম লমদম হায়বসিদি স্বর্গদগী হেন্না গুণ চাউই।

শিলং

লমাবম কমল সিংহ

ইংলোক ১৮৯৯ গী লমদা থাদা লাংথবানগী কুঞ্জ হায়না খঙনবা মফমদা লমাবম কমল পোকখি। অনোবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবশিংগী মখুংদা য়াম্নমক শীংথানম্নিবা অমস্থং তত্তনা শোম্নাম্নবা কবিনি। ডিব্রুগড়গী বেরী

হৱাইট মেডিকেল স্কুলদা চহী মঙা লৈদুনা এল এম পি কোর্স লোইদুনা ডাক্তর অমা ওইনা পুন্সী লেনখি। অদুবু পুন্সীগী অথোইবা দানদি সাহিত্যনি। অপোকপা লাইরিক থীবগী মচা ওইবনা মখামকন্ত ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইরিক থীদুনা কাশীদাসী মহাভারত অমসুং কৃত্তিবাসী রামায়ণনচিংবগা শক খঙনখি অমসুং মতুংদা বঙ্কিম সাহিত্যগা শন্নরক্তুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী য়াওল অমা পীখি। মহাকৌ শীংথেংদা অমসুং রাৈবেগী শীজিন্নরক-পদা ভোপ ভোম্না। কাব্যগী প্রতিভা অমা য়াওনা অপাবা পুন্নমকপু শন্ধংপা ঙমই। অকোঙবা লাইরিকশিংগী মহুংদা 'লৈ পরেং' ( লৈরেং ) অমসুং মাধবী ( উপন্যাস ) শীংথানবা য়াবা লাইরিকনি। খৃঃ ১৯৩৫ দা য়ান্নমক নহা ওইনা ডাক্তর কমল নোংশাখি।

এম, এ, পরিক্ষা থারবগী মতুংদা কলিকাতা থাদোকতুনা বীরেন অমসুং ধীরেন মরূপ অনি অসি শিলংগী দৃশ্য য়েংথিসি হায়নদুনা শিলংলোমদা লাক্লে। শিলংগী হরা কবা, মহৌশাগী ফিভমগী নিংথিজবা অদু উদুনা মকম অদুদা থরা কুইনা লৈসি ঙাওনরে।

শিলং হায়বা অসি ফনা নিংথিজবা সহর মচা অমনি, হেক য়েংবদা পাক চাউরবা ভারত সাম্রাজ্যগী কাচিন অমদা, মী চীকপা চীংলৈবাক অমদা সহর মচা অমা লোত্তুনা থম্লিবোই নিংই। সহরগী নিলথোংবা থোঞ্জেনগা লেপ্পনননা, মী ভাদবা নারকী অচিকপগা তিন্নখ্রে, চীংজুংদগী থোংলকপা তামনাগী থোঞ্জেনগা, গির্জ্জা মহুংদগী শক্লকপা থাসি হুপীমচাশিংগী থোঞ্জেনগা তিন্নখ্রে,—থুং-শেমগী নিংথিজবগী মরুমদা মহৌশাগী নিংথিজবা লোত্তুনা লৈখ্রে। ভারতা চাওথংলবা, ইনাক-কৈরাক থুম্লবা সহরগী মশীং থোইদোক্লা রাস্তে,—মহৈমরোংগী পান্বীনা ইশংশংলবা লৌবুক থোইদোক্লা

তাঙদে,—শা-কৈনা থল্লবা শুরবা লোকশুং উনখনা কৃপগ্রবা ৱাংচাউগ্রবা চীং মশীং নাইদে,—অদুগা সহরগী নিলখোংবা অমসুং নারক্কী অচিকপা অনি অসিবু পুল্লগা মতম্বাক্তা পমজবা ক্ষংবা অসি-শুম্বা সহরগী মশীংদি খরা মতাঙই। করিনা হায়রবু প্রকৃতিগা, থুংশেমগা, মহৌশানা য়েংথিনবগুম তৌই; থুংশেম্মা য়াম্মা ৱানা শেমগৎচরব, সহর, ফুরা-দলান, য়ুম-কৈ, ঈশিং ঈচাউনা মরক মরক্তা তুম্না মাঙহল্লি, নত্রগা য়ুহারাত্নুনা নীংথায়হল্লি নত্রগা অতোপ্পা পাম্বৈনা মাঙ-তাহল্লি; অদুগা প্রকৃতিনা ৱানা শেমগৎলবা উমং, অশোঙবা নারক তুম্না য়ানথৎতুনা থুংশেম্মা অচৌবা সহর শেমগৎলি, অচিকপা লম্ফাং কয়াগী মথক্তা রেল গাড়ীনা লাউ-খোংতুনা চেনহনগ্রে; অমুম তৌনা অমনা অমবু মাঙহনগদবগী লাক্লে,—অত্তবু সহর মচা অসিগী মশুংদদি প্রকৃতি অমসুং থুংশেম অনি অসি চাম্নতুনা হরাও হরাও লৈমিন্নবগুম তৌই। রাজপথগী নাকয়েত্তা দোকান পরেং পরেং লৈরিবা, দোকান খুদিংদা মথল-খা অয়াম্বা লূরবা পোং চৈ শেম-শাতুনা থম্লিবা, লম্বেল ময়া ময়াদা ইলেকট্রিক্কী থাউমৈনা ঙাল্লিবা কয়াদ নিংথিজবনো! অদুগা রাজপথদগী খজিকুং চৎথোকতুনা খরা থাপ্পা য়েংলবদি উগনি,—উচান পাম্বীমক্ত পরেং পরেং হৌখ্রি,—অনক পদা, অথাপ্পদা, চীংথক্তা, চীংমায়দা উচান পাম্বী ভাক্তনি,—মীৎনা য়েংবদা মীৎয়েং তামথ্রিবা লমদম অদু ফাওবা উচান পাম্বী হৌখ্রি; মরক মরক্তা খাংপোকশঙ অমা অনিদং লম্না লম্না উচান পাম্বীগী মরুমদা লৈরি, লৈতেম মান্নবা কাংজেবুংদা থাপ্না শন্দোকখ্রিবা লম্ফাংদা শল, শগোল, হামেংনচিংবা য়ুমশানা শজিক চারি; মফম মফমদা চীংদগী থাক থাক নাইনা চেম্বরকপা ঈফুৎকী মুংশিরবা

খোঙ্গেম্না পূক্লিং শুঙ্গুৎলি ; অতুদগী নাকল অমরোমদা অমুক য়েংশিনখিবদা য়ুম কৈ, ফুরা দলান, লাইব্রিক তক্ষমশং, নাট্য মন্দির অসিনা পরেং লেংখ্রি । প্রকৃতিগী নিংথিজবা অমসুং থৃংশেমগী ফজবা অনিমকপু পুল্লপ্না য়েংগে হায়রবদি মাতুগী মতিকচাবা মফম শিলং অসি অমনি। সহরগী ময়ায়দা পাৎ মচা অমনা থৃংশেমগী ফজবগী থমথেংবা উৎলি। লুরবা ঈশিংনা চাংঙ্গৌ মাম্নরবা পাৎ অসিগী মপাল মপান্দা মখলমখা অয়াম্বা লৈপাল্লনা মাগী মাগী মতম্নি মতম নত্তে হায়বা রাখল তৌদনা কুম্বী কালেন নাইদনা শাৎলি— মথলমথা অয়াম্বা উরীনা উচান পাম্বী মথোঙদগী মতোন ফাওবা থুংনা য়েৎহল্লি—মচী মচীদা উরী উনা অপুংবনা কোয়শিনবা থাংপোক মনুংদা ঙানু কাংঙা য়োল্লি,—পাৎ ময়াযদা, মফম মফমদা শাৎকায়রবা লৈ-স্নুনা লৈজেংলবা লেপুং খন্না থাপ্না উবা, সমুদ্র ময়ায়দা লৈব দ্বীপ পরেংগী মতৌগুম্না নিংথিজরি ; থাবল ফরবা অহিংদা মপান্দা হোৌবা উ রা, লৈ-স্নু পাম্বীগী মমি পাৎকী ঈশিং মনুংদা তারি,—ভুংশিংনা লিরি লিরি শিংলকপদা ঈশিং ঈথক হোৌরকতুনা তারিবা মমি অতু হাইরপ হাই-হুম্বগুমনা উরি। ভারতকী মনুংদা মমিং চৎপা য়েকখোৎপা হৈবা মুপা অমনা মপূক্লিংনা শাজিন্দুনা পাৎকী মনুংদা মসিনা মফজরে হায়না চিত্র অমা য়েকতুনসু পাৎ আসগী চিত্রদগী থোইদোক্না হেনগনি হায়বা থাজদে।

অতুগা মায়কৈ অমরোমদা মহৌশাগী ফিভমগী থমথেংনা নিংথিজবা থুদমগী মরক্তা, অরাংবা চীংদোন্দগী লিক্লাই মহী চেনব-গুম্না চেস্থরক্লিবা বিদন জলপ্রপাত অসি অমনি। ভারতকী অথোইবা কবি অমনা কল্পনাগী মিৎনা য়েংতুনা মহাক্কী পুক্লিংগী অচিকপা

লমদমদা ফজবনা অসি মঙায়রে হায়না জলপ্রপাত অমা য়েকতূনস্থু বিদনগী দৃশ্যদি মাতুদগী থোইনা হস্থগনি হায়না নীংদে। কবিগী পুক্লিং লৈকোন্দা কল্পনাগী পাঙ্গল্লা নিংশিজনা থাখ্রিবা লৈ-স্থু, উরী য়ারীনচিংবা অভ মশামক্লা চিত্রকর ওইদুনস্থু তুলিকা যন্ত্রগী মতেংনা অছুক ফজনা য়েকপা ঙমদে; মরম অসিনা তাইবংপানবগী অথোইবা কবিনা মাগী লৈকোন্দা মহোশানা শেমগ্রবা জলপ্রপাত অমগা কনাগুম্বা চিত্রকর অমনা য়েকপা পোৎ অমগা পান্দম্লবা য়াবা নত্তে।

## শম্লপ্পা নৈনবা

"মাধবী" হায়বা ঊপন্যাস অদুগী মনুং চনবা ওইনা বীরেন অমসুং ধীরেননা শিলংদা লাইরিক তমদুনা লৈরিঙৈদা শিলংগী দৃশ্যগী চুম্থংনবগী মশক ওইবা অমা কবিগী কল্পনাগী শক্তিগা লোয়ননা পুথোরকপনি। সহরগী নিল খোংবা অমসুং নারক্কী অচিকপা অনিমক পুন্না শিলংদা লৈরি। প্রকৃতি অমসুং খুৎশেম অনিগী হয়াও হয়াও লৈমিন্নবা ত ঙলবা মকমশিংগী মমুংদা শিলংসু অমনি। কবিগী মিংয়েংদা শিলংগী পাৎ অসিবু অমুক্কী মতিক কঙ্গ্রে মহুদি ভারতকী মমিং চৎলবা লাইয়েকপা অমনা ফনা ফজনা য়েক্লবসু শিলংগী পাৎ অসিগী ফজবসিদগী হেনবা ঙমলোই। তাইবংপানবগী অথোইবা কবি ঈশ্বরগী খুৎশেম বিদন জলপ্রপাত অসিদগী হেন্না ফজবস্থু কনাগুম্বা লাইয়েকপা অমনা য়েকপা ঙম্বা ওইথোকতে। কল্পনাগী ফজববু মপূং ফানা পুথোকপা ঙম্বা কবি অমসুং লাইয়েকপা লৈতে। বায়েং মতেক অসিদা শিলংগী ফজবদস্থু নঙনা কবি কমলগী কল্পনাগী অঙকপা শক্তিসু ঊংলি।

---

# কলা

## শ্রীহিদংমযুম দ্বিজমণিদেব শর্ম্মা

খৃঃ ১৯০২ দা উরিপোক নাগ মপালদা পোকই। সংস্কৃততা এম, এ উপাধি ফংবদসু নত্তনা মণিপুরগী শিক্ষা বিভাগতা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎপগী মতাংদা অথোইবা দান তৌরক্লবা পণ্ডিত অমনি। মণিপুরগী শিক্ষাগী হৌগৎলকপদা ডিপুটি ইনস্পেক্টর অফ স্কুলস ওইরমই অমসুং মমৈখৎদদি ধনমঞ্জরী কলেজগী প্রিন্সিপাল কাওবা ওইখি। হিন্দুস্থানী সঙ্গীতপু কুপ্না খঙবদসু নত্তনা অথোইবা কলাকার ওইরম্বা, মণিপুরগী রাজনীতিদসু অথোইবা শরুক য়াখিবা শ্রীদ্বিজমণিদেবদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকীসু সভাপতি কয়ারক হল্লা ওইখ্রে। সংস্কৃত লোনগী অচেৎপা মুক্তমদগী য়েংথোরকপদা মৈবা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যবু মওং অমা তাহন্নবা হোৎনবা হায়বসি মহাক্কী কল্লবা মহোৎন অমনি। কোঙলবা লাইব্রিকশিংগী মরুংদা Anglo-Manipuri Dictionary অমসুং Hindi to Manipuri & English গী অভিধান শীংথাবা য়াই।

অপাকপা অর্থদা কলা হায়রগা প্রকৃতিগী মহৌশাগী লৈরম্বা পোৎ নত্তবা মীওইবগী হৈশিংবগী মতৌদগী থোকপা মহৈবু খঙনৈ। থরা পীকশিনবা অর্থদা ললিতকলা (fine arts) হায়রগা খঙনবা পুক্লিং অমসুং পুক্লিংগী কল্পনাদগী থোকপ মহৈশিংবু খঙনৈ। তন্ত্র শাস্ত্রগী মতুং ইন্না কলাগী মশিংদি ৬৪ নি। মসৈ শকপা, পুংয়েবা, লাইয়েকপা, জগোয়শাবা, মূর্ত্তি শাবা, য়ুমশাবা, কবিতা লেংবা অসিনচিংবা অসি কলানি।

মী ওইবগী ইতিহাস অসি মীওইবগী য়াথল্লা শেমগৎলকপা হৈশিংবগী মতৌগী পোৎনা পিকথল্লি। অতৈ জীবগুম্না মীওইবদি

পুকথন্না চাননবা পোৎ লৈরগা পেনবা ঙমদে ; নোংমুংশিৎ অমস্যুং মুংশাদগী কননবা মথক কুপ্পা খাংপোকশঙ অমা লৈরগা পেনবা ঙমদে। মীওইবনা বস্তুজগৎতদা ভাওন্থনা লৈতে। ঈশ্বরনা পীবিরম্বা মহৌশাগী ফজবা পোৎ ময়াম অতু উরগা মখোয়গী ম্নাখলনা ফজবা পোৎ অতৈ পুথোক্লবা হোৎনরক্লি। ফিশেৎপা মতমদা ফজনা শেৎননবা অমস্যুং ফজবা ফি শেৎননবা হোৎনরক্লি। চাননবা পোৎ থৌন্নাং ত্তৌবা মতমদা ফজবা অমস্যুং অফবা পোৎ চাননবা হোৎনরক্লি। য়ুমশাবা তারবস্যু মথক কুপ্পা পোৎ অমা লৈরগা পেন্দত্থনা ফজবা য়ুম শাননবা হোৎনরক্লি। ফজবা মূর্ত্তি অমা উরুরগা নত্ত্রগা খল্লুরগা মাত্থু য়েক্লুনা অতৈদা উহন্নবা হোৎনরক্লি। ঈশ্বরনা শেম্লম্বা জগৎত তাবদা মুংঙাইবা খোল ময়াম অসি তাবদগী মীওই-বনা সঙ্গাত পুথোকখিবনি। মতৌ অস্যুন্না কলা অতৈ অতৈ থোকখিবনি। মরু ওইবদি মীওইবগী ফজবা পাম্বা পুকচেল অসি লৈবদগী কলাশিং অসি থোকখিবনি। মহৈশিং অসি হৈবা মীওইবনা জীবশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা ক্লিভম য়োৌখিবনি ; মাত্থু ঈশিংদা, কংফান্দা নত্ত্রগা অতিয়াদা লৈবা জীব পুন্নমক্না কদোঁঙৈদস্যু য়োবা ঙমদ্রিবনি অমস্যুং মীওইবগী মথাতা পোন্দুনা লৈরগনি।

Plato অমস্যুং Aristotle গী মত মতুংইন্না কলা হায়বা অসি মতৌ তম্বা ( অনুকরণ ) অমস্যুং পুক্লিংনা শাবা (কল্পনা) অমস্যুং অনি অসিবু ফোঙদোকপদগী কল থোকই। ঐখোয়না উত্থনা লৈ, কলা হায়বসি প্রকৃতিগী চপচানা মতৌ তম্বদি নত্তে। কলাকারনা প্রকৃ-তিগী পোৎকী ফজবগী মতৌ অত্থু উরগা মহাক্না অনৌবা পোৎ অমা ওইনা পুথোরকপনি। মহাক্না পুথোরকপা পোৎ অত্থু প্রকৃতিগী

পোৎ অমগা মান্নরবসু মহাক্কী পোৎ অহুদা মহাক্কীতগী ওইবা মতৌ অমা লৈ। অহুনা কলাকার অমনা করিগুম্বা অচুম্বা পোৎ অমা উৎপা মতমদা ইতিহাসনা তৌবগুম্না ইকোক-কোকপা অচুম্বা অমা ওইনা উত্তে; মাহুগী মরমদা লৈবা মহাক্কী পুক্লিংগী ফিভম অহু উৎলি। অহুনা Aristotle না হায়রম্মি "Truth of poetry is greater than truth of history". কলাকারনা শেম্বগী থবক তৌবদা প্রকৃতিগী মতৌ তম্নবসু মহাক্না শেম্বা পোত্তা অনৌ-বগী মতৌ থরদি শোয়দনা উবা ফংই। মাহুদনি কলাকারগী গুণ।

পুক্লিংনা শাবা ( কল্পনা ) দগী কলা থোকই হায়খ্রে। কল্পনা হায়বা অসি করিনো ? সাধারণ ওইনা সাহিত্যদা কল্পনাগী অর্থদি পুক্লিংনা শাবনি। কলাকারগী কল্পনাগী শক্তি অসিদি মহাক্কী প্রতিভাগী মথা পোনবনি। প্রতিভা হায়বা অসিদি অনৌ অনৌবা পোৎ পুথোক্লবগী বুদ্ধিনি। কলাকারগী অনৌবগী মতৌ অমসুং মশাগী ওইবগী তোপত্তে প্পা মতৌ উৎপদি মহাক্কী কল্পনা শক্তিগী মথা পোনবান।

মতৌ তম্বা অমসুং পুক্লিংনা শাবা পোৎকী ফোঙদোকপা অসি কলাগী মরু ওইবা শরুক্নি। ফনা ফজবা পোৎকী মতৌ তমসনু, ফনা ফজবা কল্পনাগী মওংসু ওইসনু, মাহু ফোংদোক্লবা পাম্বৈ অহু পুক্লিং হুবা ওইদ্রবদি মাহুনা কলাগী পোৎ ওইবা য়াদে। ইং-রাজীগী কবি Shelley না কলাবু কল্পনাগী ফোংদোকপনি "expression of imagination" হায়রমই। কবি অসিগী মততা মতৌতম্বা অমসুং কল্পনাদগী মথোয়গী ফোঙদোকপগী থবক অহুনা

হেন্না কলাগীদমক্তি মরু ওইবনি হায়বনি। Wordsworth নসু য়াহৈবু য়াথলগী ফিজেৎনি হায়বদা য়ায়মদে। মহাক্না য়াহৈবু "incarnation of thoughts" নি হায়রমই।

কলাদা কলাকারগী মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা মতৌ লৈরসু মাচুদা সমাজগী ওইবা মতৌ অমা নিংথিনা উবা ফংই। কলাকারগী কলাদা মহাক্কী সমাজ নত্রগা সম্প্রদায়গী মওং মতৌ অমসুং ফিভম অদুগা সমাজ অদুগী সংস্কৃতি অমসুং পূক্নিংগী ফিভম পুম্নমক অসিগী মমি য়াম্না নিংথিনা তাই। মাচুতদা কলা অদু সমাজগী মনুংদা চৎনবা অমসুং পাম্নবা ওইরিবনি। কলাকারনা মরম অসিনা সমাজগা মরী লৈনবা পোত্তমক উৎননবা হোৎনরিবনি। সমাজগা মরী লৈনদবা পোৎ অমত্তং উৎলুবদা অফবা কলা ওইবা য়াদে। কলাগীদমক্তা কলা—"art for art's sake" হায়বা মত চৎনবা য়াদ্রিবসি মরম অসিননি।

অমরোমদা অমুক, কলাকারনা মহাকপু য়োকপিরিবশিংগী পাম্বতমক য়েংদুনা শেলগীদমক্তা কলাবু ললোন পোৎ অমা ওইনা শীজিন্নরবদি কলাগী হন্থবা ওই। কলাকার অমগী মথৌদি মহাক্কী সমাজগী পোৎকা মরী লৈনবা মওংগী পোৎ পুথোকপনি। হেন্না য়াংবা থাক্কী কলাগী মহাউ তংবা ওমহনবা অসিসু মহাক্কী মথৌনি।

কলাগী উদ্দেশ্যদি ফজবা পোৎ শেম্নগৎলগা রস ফোংদোকপনি. ঈশৈ শকপা হৈবা মী অমনা মহাক্না ফোঙদোক্নিংবা রস অদুগী মতিক চাবা রাগ থম্লগা মহাক্কী কল্পনাদগী থোকপা মখল-মথাগী মওংদা রস ফোঙদোকই। মহাক্কী ঈশৈ অদু তারগা তাব্নিবা মীগী মুংঙাইবা পোকই। লাইয়েকপা মীনা য়েক্নিবা লাই অদু

উরগা লাই অতুনা ফোঙদোক্লিবা রস অতু অউবা মীনা খঙবা ঙমই। অসুম্না কলাকার অমনা মহাক্কী পুক্লিংগী ঈথক অতু ভাবককী পুক্লিংদা হাপচিল্লগা চপ মান্নবা পুক্লিংগী ফিভম পোকহনবা ঙম্লবা অতুতদা মহাক সার্থক কলাকার অমা ওইগদবনি।

কলাকার অমনা সার্থক ওইগে হায়রবদি মহাক্কী প্রতিভা লৈগদবনি, শাস্ত্রগী জ্ঞান নিংথিনা লৈগদবনি অতুগী মতুংদা অভ্যাস তৌগদবনি। খুদমগী মশক ওইনা সঙ্গীতকী প্রতিভা লৈবা মীনা অহানবদা সঙ্গীত শাস্ত্রগী মপুংফাবা জ্ঞান ফংননবা গুরুগী নাক্তা ফমগদবনি অমসুং মতিক চাবা লাইরিক লাইশু পাগদবনি; অতুদগী অভ্যাস তৌগদবনি। কলা অতৈগী মরমদসু অসিমঙাই। অহুম অসিগী মরক্তা অমা রাৎপদা কলা মপুং ফাদে। অহুম অসি অমগা অমগা য়াম্না নক্লে; অমগা অমগা থানবা য়াদবা মরী লৈনৈ। খুদমগী মশক ওইনা ঈশৈগী প্রতিভা লৈতবা মীনা ঈশৈ শকপা হৈনদে; অতুগা ঈশৈ শকপা হৈতবা মীনা ঈশৈগী শাস্ত্র নিংথিনা খঙবা ঙমদে। মরম অসিননি কলা অয়াম্ববু থবক্কী মহৈ (Practical Art) কৌরিবা। থবক য়াওদনা কলাশিং অসি খঙবা রাই। কনাগুম্বা জগোইশাবা হৈতবা মীনা জগোই হৈ হায়ত্তনা মাতুগী মরমদা ঙাঙলবদি মহাক্কী মরমদ চোকশিনগদবনি। ঈশৈ শকপা হৈতবা মীনা ঈশৈগী মরমদা ঙাঙলবসু অতুমঙাই।

কলাশিং অসিগী মরক্তগী খরদং লৌখত্তুনা অমগা অমগা চাংদমত্তুনা য়েংবা ক্কান্নবা ওইগনি। ঈশৈ শকপা অমনা স্বরগী পাম্বৈনা রাগগী সৃষ্টি তৌই, রাগগী মতেংনা রস ফোঙদোকই। চিত্রকার অমনা রেখা অমসুং মচুগী পাম্বৈনা চিত্র য়েকত্তুনা রসগী

স্মৃষ্টি তৌই। মুর্ত্তি শাবা হৈবা মীনা মূর্ত্তি রস ফোঙদোকই। কবি অমনা ফজ ফজবা য়াহৈ য়াত্তানা রস ফোঙদোকই। অস্মুম্বা কলা খুদিংমক মওং তোঙান তোঙান্না রস ফোঙদোকই। অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা মওংসি কৃপ্পা য়েংলবদি সঙ্গীতকলাকারগী মথৌনা কলাকার অতৈগীদগী লুবা হেল্লি হায়বা তাই। মাসিনা অতৈ কলাবু হন্থনা খনবদি নত্তে। সঙ্গীত হায়বনা হন্থবা মখলগী সঙ্গীতপু খঙনরোইদবনি। সঙ্গীতকী শরুক্তি য়াম্না য়াংনা লৈবা য়াহৈগী পাম্বৈনা রস ফোঙদোকপা হন্থবা থাককী সঙ্গীতপুদি খন্ন-রিবা সঙ্গীতকী মনুং চনবা ওইনা লৌদে। তাবদা নুংঙাইবা স্বরগী বিন্যাসতা মতিকচাবা রস ফোংদোকপা অদুতবু সঙ্গীতনি হায়নিংই। অসিগুম্বা সঙ্গীতনা তারিবা মীদা রস পোকহনবা য়াম্নমক লুবা পোংনি। মিৎনা উবা লাই অমা নত্রগা অশাবা মূর্ত্তি অমা নত্রগা জগোই অমা উরগা অউবা মীগী পূক্লিংদা রস লায়না পোকপা অদুগুম্না থাঙ্গৈশেংবা সঙ্গীত তাবা মীগী পূক্লিংদা রস লায়না পোক্পা ঙমদে। উবা অমসুং তাবগী মরক্তা হীরম খুদিংমক্তা উননা খঙবগী মরমদা খুদোংচাবা হেনবা মরম্না সঙ্গীতকী খুদোং চাদবা কয়ামুক লৈরিবনি। অউবা পোত্তি মতম খরা লেঙদনা থমত্তুনা খঙনব হোৎনবদা খুদোং চাই। অতাবা পোৎতি হেক্তা চেনথি, লেঙদনা থম্বা য়াদে; অদুনা তাবমক্তদা খঙহৌদ্রবদি অদুম্মক লোইরে, খঙনবা উপায় লৈত্রে। অদুগা অমুক, লাই-য়েকপা মুর্ত্তি শাবনচিংবা কলা খরদি শেমশাত্তুনা পুম্লোই লোইরগা পুথোক্তুনা য়েংহনবগী খুদোংচাবা লৈ; ঈশৈ, জগোইনচিংবা কলা খরদি উৎপা মতমদা শোয়খ্রবদি অদুম্মক শোয়রে।

হুংঙাইবা পোকহনবা অমসুং ৱারবা মীগী পূক্নিং তেকখৎহনবা থবক্তা সঙ্গীতনা কলা পুন্নমক্তুগী হেল্লি হায়দবা য়ারোই। হীরম অসিদা কলা অতৈনা সঙ্গীতকী মনাক নকলুবা ফাওবা ঙমদে। কনাগুম্বা অমনা ঈশৈ শকপা মতমদা অতাবা মীনা ঙাইহাক্কুংগীদমক ওইরবসু মাহুদা পূক্নিং পীরমদবা য়াওদে, মী য়াম্না তিনবা তিন্দবদি ঈশৈগী গুণাগুণগী মথক্তা নির্ভর তৌই। কনাগুম্বা অমনা পূক্নিংগী অরাবা ফোংদোক্লুনা ঈশৈ শকপা মতমদা অতাবা মীগী পূক্নিংদা অরাবা পোকতবা ঙমদে। অয়েকপা লাই অমা নত্রগা অশাবা মূর্ত্তি অমনা কলা অহুদা থরাই য়াওবা মী খরগী নক্তনা মী পুন্নমক্কী পূক্নিং চিংশিনবা ঙমদে। সঙ্গীতনা মী পুন্নমক পান্নবা পোৎ ওই হায়বসিগী অরংবা খুদমদি করিগুম্বা ময়াম তিন্নবা অমসুং ময়ামগী হুংঙাইনবা শীনবা থোদোক অমগী কার্যাক্রমদা সঙ্গীতকী করিগুম্বা পোৎ অমা য়াওদবা লৈতে। অহুগা অমুকসু জগোই নাট্যনচিংবা কলানসু সঙ্গীতকী মতেং লৌই।

## শম্নপ্না নৈনবা

চেকশিন্না ইরবা বারেং অসিদা কলা হায়বহু করিনো অমসুং কলাগী পন্থুংকম করিনো হায়বহু নৈনরি। কলা হায়বসি প্রকৃতিগী শতৌতন্বা অমসুং কল্পনাগী শক্তিনা ফোংদোকপনি। ফোংদোক্লিবা অহুসু ফজবা পোৎশক ওইদবা য়াদে। অসিগুম্বা সমাজবু তাকপা কলাগী উদ্দেশ্যদি রস পোকহনবনি। কলাকার অমা ওইগে হায়রবদি পীথোকপা শক্তি (প্রতিভা) লৈগদবনি—শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈগদবনি অমসুং অভ্যাস তৌগদবনি। খায়না খণ্ডনরিবা কলা ৬৪ হায়বসিগী মনুংদা সঙ্গীত কলানা খায়দগী

খণ্ডবদা অমস্তুং রস চুপকনবদা লুই কায়না লেখক্না মত পীরি। পীরিবা কলাগী মশক অসিদা নোংচুপকী কলাগী নৈনবশিং অমস্তুং ভারতকী সাহিত্যগী মীংয়েং অমসুং নৈনবা শাস্ত্রশিংগী বাখল অনিমকী পূনশিনবা মশক য়াওরি।

---

## ধর্ম্ম-কনবা রাম

### শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী অময়ানবশিংগী মধুংদা অথোইবা সাহিত্যিক অমসুং কবি শ্রীমীনকেতন সিংহনি। খৃঃ ১৯০৯ দা ঊরিপোক্তা পোকই। মশানা গ্রেজুয়েট অমা ওইবদা নত্তনা ভারতকী মকম কয়াদা কোয়কয়বা অমস্তুং ন্যায়, বেদান্তনচিংবা দর্শন শাস্ত্র তমজুরবা মীওই অমনি। মণিপুরী সংস্কৃতিগী থাবনগী অরিবা মশকপুম্ব য়াম্না কূপশিন্না থিজিনবা অমসুং অখণ্ডবা পণ্ডিত অমা ওইবনা মহাক্না ইথোয়কপা অয়াম্বদা মণিপুর অমসুং ভারতকী মপুং ওইবা সংস্কৃতিগী মঙাল য়াওই। স্কুল কয়াদা ওঝা ওইবগী পুন্সি লেপ্লকপনা হন্দক্তা ডি এম কলেজগী মণিপুরী বিভাগকী মকোক ওইরম্বদগী পোথারি। মঙোন্না তোপ তেংন্না কাব্যগী শক্তি লৈ। কোঙলবা লাইরিকশিংগী মধুংদা "সীতা বনবাস" ( নাটক ) "বসন্ত শৈরেং" (শৈরেং) "তোম্বু লাইজিংলেম্বী" ( নাটক ) "মৈতৈ লায়রোল" ,"ভারত চন্দ্র" অমস্তুং "ভাঙ্গোর-পরেং" নচিংবা রচনাগী লাইরিকশিং অমস্তুং "মৈতৈ উপন্যাস" ( সমালোচনাগী লাইরিক ) অমস্তুং "মৈতৈ লোঞ্জল" (ব্যাকরণ) শীংথানবা য়াই। ভশেংবমক মণিপুরী সাহিত্যদা পুন্সী কংথোক্লবা মীওই অমনি। "জ্যোতিঃ" হায়বা থাগী সাহিত্য চেকোঙগী কনা কুইনা সম্পাদক অমস্তুং হৌং কুমজা ১৯৬৩ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী সভাপতি ওইবি।

কৈকয়ীগী মহাকথং রামগী অভিষেক কায়রে। রাম মপাগী রাশক ভাকুনবা বন্দা চৎলে। অক্ষৌহিনীগী জয়কার মিকপ মিরাও-থোম্না পোলোইনবগুম অযোধ্যাগী ঈরাং পিনা থম্নরে। অযোধ্যা মপি খংথক থকউ তমখিত্রমাল্লে। রামনা বন চৎখিবা মতুং তঙ্কক্কি-স্তুবা নুমিৎকী অহিং য়ুথক অনী মৈবদা মপা দশরথ মচা কায়নবগী পুঙমদনা রানা পুরম্নবা মৈচাক কোক্তুনা চৎখ্রে। মচা রাম হিংনা কায়নবগী অরাবমকস্ম পুঙমদনা লৈজরিবী মহানগরী মপুরোইবা শিনা কায়নবগী মৈশা অমুকস্ম লাংলে। মরী-চৎপা শাগেগা পান্দম্নবা অরাবনি। অরাবা শকখঙনরুরবদা অনংবা কোম্নদনীংঙাই কারি লৈ। রারে, রানীংঙাই পূম্নমক রারে; কপ্লে, কপ্নীংঙাই পূম্নমক কপ্লে। মহাক্কী অরাবা উবদা ঈরাউখোল্লোয় হরাউ-ঈচেম্নরবী সরযু অরাখোল্লোয় রা-রা চেস্থরি।

দশরথ নিংথৌগী শ্রাদ্ধকৃত্য মমা-পোকপা মপুগী কোন্নুংদগী ভরত কৌরুত্নুনা পিগী নোংলক্তা লোইশিল্লে। মপুরোইব-লৈত্রবা নুপী-ওইবীনা মচাগী শেগা থি। অতুনা অযোধ্যানগরী ভরতকী-শেগা থিরক্লে। বশিষ্ঠনচিংবা ব্রাহ্মণ-ঋষি পূম্নমক্না ভরতকী অভি-ষেক-কী অফবা নুমিৎ য়েংত্নুনা থৌরাং পূম্নমক লোইরে।

হয়েং অভিষেক নুমিৎনি। ভরত-তা হৌনবী মঙ্গলাচার পূম্নমক তৌনবা তাক্লে। মমাগী নুংঙাইতবা, মপাগী কপ্নীংবা, ময়াম্বা-মনাও মতৈমগী রাবনা য়ৈহৎতুনা শঙ্গাই মন্নুংদা তাত্নুনা লৈরবা ভরতকী মফমদা তাশোম্না থম্মোইদা লেংবগা মাম্নুনা থোক্লে। অত্নুবু নগরীগী দি মশাগী চঙনফম থিজবা হৌনবা থিজরকপনিনা জ্ঞান লৈবা ভরত করি নুংঙাইতবা উৎলুবা তৌদনা মথঙ্গা রাখল

তৌরকই, 'ইপা লৈত্রে ; ইপা শকপা ইয়াম্বা লৈরি। ইয়াম্বা লৈনা ঐনা সিংহাসন কাহনা য়ঘুশাগেগী লোনচৎ ইহাকথংদগী কায়বদি য়াদে। ইয়াম্বা লৌরুহনা নিংথৌ হাপ্তবা য়াদে; ঐগীনি লাঙলিবা পোৎলমশিং অসিমক্কা ইয়াম্বগী অভিষেক তৌগনি—শোয়দনা তৌগনি। ধর্ম্ম-কনবা ইয়াম্বনি ; চহী শুদনা বন্দগী হন্সি য়াগদরা! ধর্ম্মগী মরমদা মচা ওইবনা মপাগী থোগাই শিনবা য়াই, ঐনা ইপা শকপা ইয়াম্বগী মহুৎ শিন্দুনা উকু শেৎ জটা পু চহী তরামরি বন চৎকনি।

নোংঙাল্লে। ভরত যজ্ঞ-সভাদা থোক্লে। মমাগী মহাকথং অযোধ্যানা লণ্ড-ভণ্ড ওইবগী হুংঙাইখিদবা মৈথুনা, রাহনা উম্নবা হুমিৎ-থাগী মঙংগুম, কাহৎলবা মহাক্কী মায়থোংনি। অসুম কাহৎলবা মায়থোংদা ঈংলবা মঙাল অমা ফাওরি। অতৈ করি অমগী নত্তে, মহাক্কী থম্মোই-হুংথুপ্পনা ভাল্লিবা ধর্ম্মগীনি। য়াচংবগী লৈচিল-লান্সিংনবা ঈংলবা ধ্রুবগী শকফম্না অমদি শরৎকী নোংফাই-মায়খুম্নরবা থাজগী শকুম্না ভাবোক্কী পুক্নীং হূবগুম, মহাক্কী মায়থোংনা সভাগী পুক্নীং শুমখি। মমা-থাগোম্নরিবা অঙাংগী অরোবা থোনফম ঙমজনা হুংশিরবা থোঞ্জেন্না—'কুলাচার্য্যনচিংবা গুরুশিং পূম্নমক, লৈবাক্কী সুমন্ত্র প্রজা খিবিকমক তাবিসি, ভরত ঐবু পোকপী মরায়বকথীনা পোক্লবী ইমাগী মহাকথং ধর্ম্ম-লৈবা ইপানা মথৱায় ধর্ম্মদা কৎলম্লে ; ধর্ম্ম-চেনবা ইয়াম্বসু ইপাগী সত্যগী তেংবাংবা বন্দা চৎলম্লে; ধর্ম্ম থঙবা ইনাও ইয়াম্বা শেনবা ইল্লম্লে ; ধর্ম্ম-লৈবী ইতৈমা ইয়াম্বগী ধর্ম্মগী শরুক য়ারম্লে। হৌজিক্তি ঐগী থোগাই লাক্লে। ইপা-শক্ল ইয়াম্ববু বন্দগী লৌরুহনা ইপাগী

থুভম অহাঙব মেন্দুনা মপু-পান্দ্রবী অযোধ্যানগরীবু চঙনফম পীনবনা ভরত ঐহাক্কী ইশরুক্লি। ঐগী অভিষেকীনি লাঙবিরম্লিবা পোৎলমশিং অসীমক্লা ইয়াম্ববু লৌরুদুনা অভিষেক তৌনগনি। সভা পুম্নমক লোইবিনবা তৌবিরো। ঐগীদি লোইদুনা থোকচরক্লবসিনি।' লাউথোরক্লে ভরত। রাকম অদু তাবদা সভা পুম্নমক চপ মান্নবা ঙক্খি; খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা চপমান্ননা লাউনরকখি "সাধু সাধু!" 'জৈ রঘুবংশগী জয়, জৈ ভরতকী জয়' পুম্নমক হৌগৎপা মান্নখি।

চৎলে ভরত ময়াম্বা লৌবা। শগোল-শামু খোঙমী-দোলাই—চতুরঙ্গ ইল্লে। অযোধ্যাগী কুপী-নিপা-অঙাং অহল লোইনা চুপতুনা চৎলে। কনানা রঘুবংশগী মগুণ শকই; কনা অমনা ভরতকী মগুণ থাই; অতৈ কনা অমনা দশরথগী মগুণ থাদুনা লাউই। মখোয়গী ঈনিন্না নোংথক নোংথা পুমনিল নিনখি। অসুম্না লাকপনা সরযু লাল্লে; তমসা তুংওইনম্রে; ভরদ্বাজগী আশ্রম থনম্লে। রামচন্দ্রনা লৈরিবা চিত্রকূট পর্ব্বতকী মন্দাকিনী-তোর্ব্বান-তাবা বন উরক্লে :

চিত্রকূট নকশিল্লক্লে, ভরত রামচন্দ্রগী আশ্রমগী শান্তিভঙ্গ ওইগনি কিবনা লোয়নরক্লিবা চতুরঙ্গ অমদি কুপী-নিপা, অঙাং-অহল, প্রজা পুম্নমকপু লাপ্লপা থনম্লগা মখোঙনা মনাও শত্রুঘ্নদগা লোয়ননা ময়াম্বগী খোঙ্গুল লৌবা লাক্লে। লাপ্লপা থম্মি হায়বদুমঙাই, যোজন তরানীথোই শাংবা, অশুম পাকপা অযোধ্যা মহানগরীগী প্রজা অমত্তা চিথহৌদনা লাকপনি। অদুগী মথক্তা মপান্দগী ব্রাহ্মণ-ঋষি, নিংথৌ-প্রজা কয়া য়াওরক্লিবনি। মীগী সমুদ্রনি। মীনিন্না

মারাওথোন নোংথক-নোংখা পূমনিম্নি। মীয়াম উত্রিবা, অচীকপা য়াহিপ্পা বনগী শা-উচেক করি তথরুদনীঙাই লৈ! শান্ম-নোংশা-কৈদগী হৌনা লৈথুন-হিপ্পা জীব পিশক পিশক ফাওবা মায়কৈ-শনাই খঙদনা চেনবা হৌরক্লে; লঙজা-কাকয়েন্দগী হৌনা কৌজেং-কৌয়া ফাওবা খারো-লাইরৌ খঙনদরে। অচীকপগী য়াতা ওইরবা বনভুমি রণক্ষেত্র শক্তুম্নখরে। ঈরাং অত্ত উবদা রামগী য়াথং মতুং ইন্না লক্ষ্মণ উজাউ কাহনা য়েংঙকপদা অযোধ্যাগী ফীরাল ময়াম্না বন-তাবা হুংশিংকী ঈপাক্তা ইপোম্নবা উখি। মবুক্তা চিংনবা পোক্তুনা উথক্তগী পরপ পরপ কূমথরক্তুনা ময়াম্বগী মফমদা উরুবা পূম্নমক চিংনবগা লোয়ননা তমখি। চিংনবা-অথূকপা-অকিবা-শক-খঙনত্রবা রাম মোমোন নোকতুনা নীংঙাইদনা হান্নগী মতমগুম অতুম ফমহনা লৈখি। অচীকপা থানা মশাদা চীকচবা নত্তুনা অয়েংবা থম্মোয়দা শান্তিগী ঈরা খিকপগুম রামগী অঈংবা শকফম্না লক্ষ্মণগী থম্মোই ঈংখি।

ঙহাক্কী মমুংদা উকু শেং জটা পুরবা ভরত-শক্রুঘ্ন অনী উরে। রাম মনাও অনী উবদা মনাওগী প্রেম্না ফুক হৌগত্তুনা মপাম্বোম অনী তিংথোকতুনা চেম্থোরক্লে। মনাও অনীশু রানা থিরকপা ময়াম্বা উবদা চেন্সিন্নকতুনা মথোঙদা তুররে। রাম মনাওশিংবু কোনথংতুনা চেজেং চেজেং কোল্লগা মকোক হুংশি হুংশিনা নাল্ল-নাল্লহনা হুংশি-পিরোয়নবা রাহৈনা "ইবুংঙেঙা, করম্বা রাথনগী মথা পোন্দুনা নচিন-ননাওনা উকু শেং জটা পুরিবা? ধর্ম্ম-লৈবা ইপানিংথৌনা, মচা চাক্করবী ইমাশিংনা অমদি অযোধ্যাগী প্রজাশিংনা কদায়মথৈ য়াইফরিবা? করম্বা অপাম্বনা পুহনা নচিন-ননাওনা রারবা বনভূমি

অসিদা লাক্লিবা ? ইয়াম্বনা অমদি ননাওনা নংগী করি কান্নগদবা লৈবা ? তম্মু, হায়নীংবা পুন্নমকস্তু অপনবা লৈতনা ইয়াম্বদা হায়ুয়ু' হায়রকই রাম ভরতকী মফমদা।

ভরত ময়াম্বগী হুংশি-থুন্নবা মপাউখোল তাবদা, অরাবা থম্মোইনা রাবীহৈবা মফমদা অরাবা পোকথোকচগুম, হুংগী অরাবা মপাউ পুন্নমক হীক্লা, তীং-শোক্লা তন্নকই।

ভরত—'ইপানিংথৌনা ফীরোয় অমতা ঐখোয় ইচিন-ইনাওশিংবু খোল্লকই। চইন অমতা ঐখোয় ইচিন-ইনাও পুন্নমকপু তন্নকই। ঙসি সত্য-চেৎপা ইপানা নখোয় অনীদা উকু খোল্লম্মে; ঐখোয় অনীগু করিগী শেংলোই ? ঙসি ধর্ম্ম-কনবা ইপানা বনগী উহৈ রাহৈনা নখোয়গী চইন তন্নম্মে; ঐখোয় করিগী শরুক য়ারোই! অহুনা নঙনা শেংপা শেংপনি; নঙনা চাবা চাবনি।'

রাম—ভরত, ইয়াম্বগী ইবুঙেঙো, অরাম্বদা চাক, খোরাংবদা ঈশিং মীগী মবুক ঈংননীংঙাইনি। রান্নবা নয়াম্বগী বন খোঙফমদা নংগী হুংশিবা নপাউখোম্না ওইরিবসিগুম ঈংনরিগদরা! অহুবু, ইবুংঙো, খোইখোইনরবা শম্নাংন' লৈতেংলবা নংগী নকোক্তা সনাগী কিরীট, মোইবুং ওংদা মাল্লবা মহাকী নঙক্তা বৈজয়ন্তী মালা, নীংথিজবা নাফম অনীদা মকর-কুণ্ডল, শামু-নাতাল ঙমজনা নীংথিজরবা নপাম্বোম অনীদা সনাগী তাল, খুজেং অনীদা সনাগী খুজি, পুম্বুম্নরবা খুদোল তরাদা সনাগী মণি থাল্লবা খুদোপ, নীংথিনা চেংলবা নখ্বাংদা সনাগী মেখলাগা কোম্নরবা কন্নং ফি, খুজেংদা খুজি, খোঙশাদা

খোঙজোপ. নশাদা কত্রংগী সনা-হৎপা নম কোম্নবা নংগী থাঙমদনা নীংথিজন্নবা শকক্ম—ইয়াম্বগী মিৎকম্না খোরাঙিঙ, ইয়াম্বগী থম্মোইনা পামজৈ; শেৎলুগবা ইবুংঙো! অদুগা অমুকম্ন নহাক্তি অযোধ্যাগী যুব ... ... ... !

ভরত—ভ্রাতঃ! তাকপীরিবা ফীজোন নোংমা ঐহাক শেৎপা য়ারম্মি। ঙসিদি মদু থোক্কে। মপা ওইবনা চৎপা ধর্ম্ম মচা ওইবগীশুনি।

রাম—ইবুংঙো! নহাক্কী অহীক-লৎকরুবা, পিরোয়-মতৎনবা, রাজবা রাঙাঙনা তমসি কদায় তমঙমদবা, তমগন্নসি কদায় থিংঙমদবা অরাবগী মপাউ অমা নহাক্কী থম্মোইশুংদা ফারিবা উরুবনা ইয়াম্বগী থম্মোই পুবা ঙম্মোইদোরে। তমথোক্লোগবা নহাকপো ... ... ...

ভরত—নহাক নোংমা অযোধ্যাগী মপুগা মচানি, ভরত কৌনা ননাও ঐহাক্কীনা সিয়াম্বনি; ঐগী অচাং ওইরিবৈগীশু মথোককাবা মতমগীশু মরাইনি, ঙসিদি নহাক মপু পান্দ্রবা নগরীগী চঙনফম্মি অদুগা মপ লৈত্রবা ভরতকীনা ..... ...

রাম ভরতকী রা লোইনা তা। ঙমখিজে। মপা লৈত্রে হায়বা অরাবগী পাউ মনাওনা পংতম তম্বা ঙম্মদ্রবা অদু উবদা মপাগী রাখিশন্না 'ওক্লে ভরত' হায়রম্লগা 'পিতঃ' হায়না কৌহনা লৈমায়দা তাথরে; লক্ষ্মণসু জানকীশু হাইথথরে। ভরত ফোংনা পেম্না কপ্লে; শত্রুঘ্নশু ফুনগৎতুনা খাঙলম্বা হৌজিক্তি মথোন খোক্লা কপ্লে।

রাম ঙহাক অস্মুম্না তুরুরগা মনাও লক্ষ্মণগা পিণ্ডদানগী গঙ্গা তাম্না চৎলে। বনগী অফংবা উহৈ-রাহৈনা পিণ্ডদান কৎলুহুনা আশ্রমদা লাক্লুনা মনাও অনীগা অমুক তিন্নররে।

রাম লাক্লবদা ভরতনা মথুং লোম্নরহুনা হায়রকই।

ভরত—ভ্রাতঃ! ইমানা জ্ঞান-লৈতবী মুপী ওইবনা মঙোন্দগী হেন্না অমুক লৈত্রবী মস্থরাগী মরা লৌরুহুনা ইপাগী মফমদা অমদি নহাক্কী নফমদা চংথিবা অকনবা শাক্তং পুন্নমক ইমানি হায়না ঙাকপিফম থোকপ্রা নীংঙি। মপা-লৈত্রবা মনাও-ওইবগীময়াম্বা অহন্না মপানি নহাক্না হেন্না খঙঙিবনি। মপা-ওইবনা লৈত্রবদা অহন-ওইবা মচানা মপাগী থৌগাই পুফম থোকই হায়বা নহাক্কী নফমদা ঐহাক্না করি অমুক নীংশংলু-নিঙাই লৈ? রঘুবংশগী ঈ অমতনা মপা-শকপা ময়াম্বা লৈরিঙৈদা মপাগী থুভম কাথিবা তৌদ্রি। ভরত হায়বা ঐহাক্না ইপা-শকপা ইয়াম্বা নঙ লৈরিঙৈদা—নংগী নখোঙ পায়হুনা রাশক্লিবসীনি—নিংথৌ কদৌঙৈদশু ওইরোই। ইপানা কোইরম্না ইপুন শেম্লম্বা অযোধ্যা নগরী মপু পান্দনা মাঙলগদরা! নহাক্কী রাথম্নি; নহাক্কী ধৰ্ম্মনি।

রাম মনাওগী রাঙাং তাবদা মুংশি-মোমোম্নবা রাহৈনা মনাওগী মকোক নাল্ল-নাল্লহনা হায়রকই।

রাম— ইয়াম্বদি ইপাগী রাশক ঙাক্তবা য়াদে। মচা-ওইবনা মপা ওইবগী মফমদা তৌফম থোকপা ধৰ্ম্ম মপাগী শিব চঙবনা করিশু শকওনবা লৈতে। ঙসি ইপা লৈত্রে। লৈত্রবশু

ইপানা ইমাগী মকমদা য়ারম্বা ইয়াম্বগী চহী-তরামৃরিগী বনগী খোঙফমদি মুৎপা য়াদে। নহাক অযোধ্যাদা হন্দুনা ইপানা পীরম্বা থুভম নঙনা কোইরু।

ভরত—ইপানা রাশকখিবগী দমক নঙনা বন চৎতুনা ইপাগী ধর্ম্ম ঙাক্লি। ইপা-শকপা নহাক্না বন চৎকম থোকপগী দমক নচা-শকপা ননাওনা বন চংকনি। নহাক্না অযোধ্যাদা হন্দুনা নিংথৌ ওইবিয়ু। অতৃগা অমনা ইপানা মহাক্কী রাশক মতুং ইন্না অযোধ্যাগী সিংহাসন ঐঙোন্দা পীরম্মি থল্লবসু ঐনা ননাও অমা ওইনা ঐনা ফংজবা পোৎ নঙোন্দা কৎলি। দান লৎনবা তৌহৈদে হায়বসু নহাক্না হেন্দোক্না থঙজিবনি। পোকপদগী ঐহাক নংগা নরোয় ওইতুনা লাক্রবনি; হৌজিকসু থরায়গা হকচাংগা শেৎনত্রিমথৈ ভরত ইয়াম্বগী নরোয়নি। হল্লসি ভ্রাতঃ! ঐনা নখোঙ অনী পায়হুনা হায়জরি।

রাম ননাওবু চেজেৎ কোল্লহুনা 'রাম কৌবা ঐহাক্না নহাকপু ইনাও ওইনা ফংজবা অসুক লাইবক ফৈ হায়নীংঙাই লৈতে। ইপানা শক্লম্বা রাশকশু ঙাকনি; নহাক্কী দানশু লোগনি, ঐ লোরবনি। ঐনা ইপাগী ধর্ম্ম ঙাকপা চহী তরামরি বন্দা চৎলিঙৈদা নঙনা ঐগী শরুক শিন্দুনা অযোধ্যা ঙাকউ। ইয়াম্বনা মতম চানা হল্লক্তুনা নংগা অমুক পাম্মিন্নরগনি। চৎলো, হৌজিক নঙ পাল্লম্মু' বিদায় তৌরক্লে।

ভরত গতি লৈত্রেন মযাম্বদগী থুরুম অনী নিরে। থুরুম মকোক থোংঙহুনা হায়রকই, 'নহাক ইপানি। ইপাগী য়াথং

ইকোক থোংনা পুরবনি। নহাক্না ইপাগী সত্য ঙাকপা চহী তরা-মরি বন চৎলিঙৈ নহাক্না পীনখ্রিবা থুরুম অনী অসি লাৎতুনা নহাক্কী লৈবাক ঐনা পুন্নমগনি। অসিমদি ভ্রাতঃ, কাউগনু। ঐহাক নহাক্না হল্লক্ত্রিমথৈ ঙসিগী কীজোন অসি হোংঙরোইদোবনি। চহী তরামরি হেক শুবা সুমিত্তা নহাক্না অযোধ্যা য়োরক্ত্রবা ঐহাক মৈদা চোংশিন্দুনা শিগনি।'

মচিন মনাও পিগা পিগা চীল্লোক্লরে; বিদায় তৌনরে। ভরত হনথরে। মপাগী সত্য ঙাক্লবগী দমক মথোঙ থোংনা হন্না চঙজরক্লবী রাজলক্ষ্মী ঈরায় লায়না বিদায় তৌহুনা খাংপোক য়াহিপ উক্ল মোনথাংননা লেলহৌরে শুক্লবা বন্দা

ধর্ম্ম-কনবা রাম।

**শম্নপা লৈনবা**

মহাকবি বাল্মীকিগী মহাকাব্য রামায়ণগী হৌরকপগী সুংশিনবা মতাং অমা য়াম্নমক ময়েক শেংনা লেখক্না নীংশিজরবা লোন্দাদা পুথোরক্লি। বাশক ঙাক্লনবা হোৎনবগী মপুং ফারবা পুন্সীগী শক্তম ঙরা উৎলি। রাম-চন্দ্রমু মপাগী বাশক ঙাক্লনবা চহি ১৪ বন্দা চৎলগনি লায়না থোরক্লি। ভরতমু মানা নিংথৌ ওইফম থোক্তে অমসুং ময়াম্না ওইগদবনি লায়বা বাশককীদমক অযোধ্যাগী প্রজাশিংগা লোয়নবা রামচন্দ্রবু কৌশিনজরি। ভরতনা হায়রজবা য়াবীত্রবদা ময়ামগী থুরুম অনি কোকথক্তা পুরক্তনা অযোধ্যাদা ময়ামগী শরুক শিন্দুনা নিংথৌ ওইগনি হায়না হল্লকপা—ভরতকী মুত্তি ফজবদা হায়নীংঙাই লৈতে। ভারতকী বাংলবা সভ্যতাগী মপুং ওইবা শরুক অমদি মী পুম্নমক মাগী মাগী মথৌ তৌবনি। মথৌ তৌবা হায়বা অসি বাশকমু ঙাকপনি। থাদোকপা—ত্যাগনা মপুং ওইরবা পুন্সীনি।

Bhani Sana devi

# কল্পনা-স্বয়ম্বর

## ( নোক্লিং ৱারী মচা )

### তোংব্রম গীতচন্দ্র সিংহ

খৃঃ ১৯১৩ দা শেগালখী কোনজেং হাজারী লৈকায়দা শ্রীতোংব্রম গীতচন্দ্র সিংহ পোকই। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা জি. সি. তোংব্রা হায়না মিংথোন্দুনা ড্রামা কয়া, অঙ্ক অমগী লীলা কয়া, রচনা অমসুং শৈরেং-শিং ফাওবা ইতুনা মণিপুরী সমাজবু নোক্লা নোক্লা ৱাখল থলহল্লি। ড্রামা ইবা অমা ওইনা ময়াম্না শীংথানরি। মহাক্কী ড্রামাশিংদা হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজগী অশোনবা, অপঙবা অমসুং অন্ধ বিশ্বাস কয়াবু থৌরবা বুদ্ধিগী মতেংনা মীয়ামদা পুথোক্তুনা অনৌবা সমাজ অমা শেম্লকপগী কল্পনা তৌরি। মহাক্কী ফাগিদা নোংচুপকী সাহিত্যগী জর্জ বর্ণাদ শোগী ফাগীগা মণিপুরগী থাদোক্লবা ঙমখ্রিবা শুমাংলীলাগী ফাগীগা অনিমক তিন্নরি অকোঙবা লাইব্রিকশিংগী মনুংদা "মণি মমৌ" "মেত্রিক পাশ" "মৈতৈ চনু" "তাইবং পাঙ্খৎ" "হিংমিন্নবা" "লমজা পরশুরাম" অসিনচিংবা নাটকশিং, "অঙ্ক অমগী লীলা", "লীলা মচা তরুক" অমসুং "ৱারেং মথল মথা" অমসুং শৈরেং ৱারেং শিংজু অসিনচিংবা অসি অথোইবনি। অনুবাদ সাহিত্যদসু ওথেল্লো, হেমলেট অসিনচিংবা মহাক্কী দান লৈ। মহাক্কী সাহিত্য প্রতিভাবু শীংথানবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা জি সি তোংব্রাদা ইহান হান্না যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল পীখি।

ইবোবী শর্মানা ৱারী অমা লী। কনানা অহানবদা লেংথিবা ওইরিদনো থওদে। অতাবা ঐনা অমুক শম-না লীজরি, অপাবনা অমুক লীথোকপিথো হুংডাইবীরবদি।

থায়না নিংথৌগী মজাইবেম্মা ফজখ্রবী অমা লৈরম্মই। মতিক মগুণ লৈমনগ্রক্তনা মপুরোইবা মপা চাবা থিবা খঙজ্রে। মন্ত্রীশিংগা তান্নরগা নিংথৌনা লাউথোরক্লে—স্বয়ম্বর-তৌবা তারে। কংগ্রেস, কম্যুনিষ্ট, হিন্দু, মুস্লিম, চৌংমচা, তম-মচা, মৈতৈ, ময়াং থায়রোই— তৈথন সভাদা য়াওবিবা য়ানি। নিংথৌ মন্ত্রীনদি মখোয়গী পার্টিগী মীদা নক্তগা মনাই অচানবদা মকোক পান্দ্রবস্থু পীনিংবা জাৎনি, চৌংথুবগী মতৌ তমক্তনা মজা ইবেম্মনা য়ারোইদ্রা অমদি লৈবাক মমাংদা টেণ্ডর নোটিশ থোক্ক্বদি ফজরোইদ্রা হায়বগী নিপা খুদিংমক মতিকপু লৈরবদি ইমাক ওইবা য়ানি হায়বা শাই। বরগি মতিক্তি করি করি লৈবা তাই ?— লৈবাক মীয়াম্না তানদ্রিবা রারী হুমিৎ হুমনি লীবা। ঙম্মগা মমাক ইবুংঙো, ঙমদ্রগা মরূ কোক্লগা মীনাই লোইশংদা পুন্সি চুপ্পা লেনবা।

মহে হৈবা মতিক লৈবা, নিংথৌমচা, মন্ত্রীমচা কয়া কয়া লাইবক য়েংবদা মায়থীখরে। মথন্নায় চাওবা, মীচম পাখং, ফজবী পাম্বা লিশীং লিশীং মীনাই ওইখ্রে। করম্নো কনানা লোরগবা! লৈবাক কয়াগী পাখং কয়া কয়া মৈয়ানবী মপেনা থৈদেন থাংমৈ উতোংদা মোংফম থিবগুম অরাফম তাখ্রে।

জুরারদ অঙম্ব অঙম্বা মখৈ মাঙোন্দগী পুক্তন থারম্মগ মঙাক্ত-শিখিব চাওবগী মচা চাওক্তন মমা চাওবীদ হায়—"ইমা, ঐ লাইবক য়েংঙরগে!"

চাওবী—"করি রারী লীরুগদৌরিবা ? নংস্থ নপাগী মতৌ তমক্তন লাইবক য়েংনিংলক্রব্রা ? ইরা রাদনা খংহুং হুংঙাইবা নরাইবক নত্তে ঙাওশিন্নস্থ।"

চাওবু—"ঐখোয় বাজিগী য়ায়ী হেক্ত লীক্করগা লোইরে ইমা।"

চাওবী— "কায়রোই অঙাং, নখোয় বাজিবু মশক খঙদবা, মাগী শেপ্পা, শেল পুনব মরৌ······খঙদবা মী তাঙই লৈবাক অসিদা।"

লমহেনবা মপাগী মচানি চাওবু। মমানা হায়বা ইন্দনা কোক্নুং য়ৌখরে। মাগুব ময়ায়দা গুরুং চঙহনা য়ায়ী লীজগে হায়রুরে। নিংথৌ মন্ত্রীনচিংবা সভানা য়াবিরে, মমিং মথা লৈক্কম ইশিনখরে। চাওবু ব্যাস আসন্দ ফমহনা য়ায়ী হৌখরে। —জয়-মুনিনা হায় তাত্রা শ্রীযুৎ পরীক্ষিৎ নিংথৌকা অমত্তা য়াওদনা চাওবুনা হায় ঐখোয় বাজিগী শন অঙৌবা পোংমা লৈরম্মি; মাহুনা লৌ পরী ৫০০/৫০০ নোংমদা খোইবা ওম্মী। বাজিনা উবা লৌউহু লৈবাক্পা কুম্মে ওইনা য়েংনৈ। থবক শুপনি চংকনি কনামত্তা নীংশিংনদে। হিয়াং তাম্নবদা তিনবা মীবুদি বাজিনা য়েংতা শাজৈ, ওইদা লাঙ্গোল পায়রগা মচিন্না অর তিতি লাউহনা লৌ খোইবা, য়েংবা লাকপা পাথং লৈশাবী অহন লম্মনগী মশীংনা হেল্লি। লৈবাক্কী মী পুম্নমক মানা লৌ উরগা চাগনি হায়বগী মতাগুম য়েংহনা ভাইহনা লৈ।······ নোংমতগী য়া নত্তে······ থা ৯ লৌউবহু ভাবোক রাজে······বাজিনা লৌ উবসি উবি-হৌত্রা? পাউ তাবিহৌত্রা লৈবাক মচা ইবুংঙোশিং!

ময়াম্না খুম্মি "তাদে, তাদে ········· উহৌদে" ·········

খরনা—"নখোয় বাজিদি জুয়ারীনি ········· লৌ উদে"—খরনা "মাদি শন জুয়াদি হায়রুবু হৌদোং নাম ফাওব লোইখিদে" ······

চাওবু—নোংমদি লৌ পরি ৫০০ দং উবনা পেন্দ্রহনা ৭০০ উগে

হায়ত্থনা ঐখোয় বাজ্জি ইবুংঙোনা শাজৈ খরা কল্লপ শন অনীত্থদা থাবরু— শন অনীত্থ বাজ্জি হুন্দোক্লম্মগা পাইখরে। রো রো রো ............ বাজ্জিনা থাম্মি—তাদনা পায়খরে শন অনীদো— লাঙ্গোলত্থনা লৈবাক্তা খোৎলগা বাজ্জিনা লাঙ্গোল খোঙ্গুল লীত্থনা তাম্নবসি লৈবাক ৪০০/৫০০ লান্দুনা চৎলে। তাম্নবা ঋংজ্রে মুমিৎ তারে। বাজ্জি ইবুংঙো রারত্থনা য়ুমদা হল্লক্লে,—ইমানা শুবা পেরুক কাংশুত্থ খর চারগা তুমখরে। ··· ··· ঐখোয় বাজ্জিগী শন পোৎমত্থনা বাজ্জিনা তুম্মিদৈদা লৈবাক লখা কয়াগী লৌ খোইরুই হাম্নবসি তাবিহৌব্রা লৈবাকমচাশা! ময়াম—তাদে, তাদে।

চাওত্থনা মুমৎতুগী রারীত্থ শন অনীত্থনা লৌ খোইরুবা লম্নশিংগী বর্ণনা তৌবদা লোইশিনখি। ময়াম্না অমুক্তা তাব্রিবা রারীনি হায়ত্থনা থাগৎনখি। অনীগুব মুমিৎতা চাওত্থনা ব্যাস আসন্দ রারী লীম্নগে হায়ত্থনা ময়াম খুরুম্বদা ভাবোক্না খুবাক খুত্থনা থাগৎনরম্মি। চাওত্থনা হায়—তাবিয়ু সাহিত্যপ্রেমী থিবিক :—

কদোমদনো ঐখোয়গী মাঙখরিবা শন অনীত্থনা লৈরমগদবা অসি হায়ত্থনা ঐখোয় বাজ্জি তুম্বা হৌগৎলি মনীংলোমদা। ঐখোয় বাজ্জি য়াকাইবগী জগোই ঈশৈনা বাংলাগী মাঙ্গোল্দা শুমাঙদা লাঙলিবা ময়ামত্থ থৌশাদনা লোম্না থোকখরগা শম্বোংদা ফম্মুই রাথল তৌত্থনা। কেপস্তেন, গোল্ডফ্লেক থকখিদে বিড়ি মতেক অম থরুই—বাজ্জি ইবুংঙোত্থ। ইমা বাজ্জি লেঙখৎখরে খঙলত্থনা শন্দংখা মপাদা য়াল্লিবা পৈয়া উতোংত্থ অকবা পৈয়া অমত্তা খনগে হায়ত্থনা হৈদোকপদা মাঙখরে হায়ত্থনা বাজ্জিনা রারিবা শঙ্গাউ অনীত্থ পত্রাক লাউনা তারকই। থবক

লেংকোৎ পোলাং পুহ্না চঙলকপদা ভাবোকবৃন্দস্থু বোম তায়্রম-দাইদা কোমম্নুংদা লাম্মী লোৎপগুম্না চৌকই। ব্যাস আসন মনাক্তা লেংকোৎ পোলাং থম্লগা চাওম্নুনা য়ায়ী হৌরমদাইগী মীয়্যামদা মকোক নোল্লি। অহল লম্ময়া মঙ্গল ওইয়্যু হায়্রনা বর পীনবী। মপা খঙহৌবা কনানা মাগা মত্তাও শান্নথি বাজি কৌ তাকপিবা য়াওই। ফিরান মমাই চুম্মিড়ৈ মরুপ য়াত্তে মীরমলেন্দা। পলেম মানবী য়াগনবী কনানা পায়ী নংবু ঙসি করম থোক্লগবা হায়্রনা মুংশা মপী শাংনহৌবা য়াওই।

চাওম্নুনা য়ায়ী হৌই—ক্বা চাদে, হৈক্রু অকংবা মচেৎ অমা উম্মগা। ইপা ইচা ঐথোয় অহুম্না লোকপা মরু মরাংস্থ য়োনবদা লুপা ক্রোড় ১০ শীংলি। কৈবাক লৈবাক্তুগী সওদাগর কয়া কয়ানা লৈথি। মতুগী শেলতু শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা থম্মিথি, ঐনা পাথং কারকপা বিবাহ কর্ম্ম য়ারকপা মতমদা পীবিনি তাকপিথি। লৈবাক প্রজা তাবিহৌব্রা? তাহৌই তাহোদে ধর্ম্ম য়েংহ্নুনা খুম্বিয়ু হায়্রনা চাওম্নুনা মথুৎ লোম্নহ্নুনা প্রজা বৃন্দদা হংলকই। মপু নিংবা অপঙবা প্রজা ময়াম্না "তাহৌই, তাহৌই" হায়্রনা মায়কৈ মরীদগী লাউন-রকই। নিংথৌ মন্ত্রী ইঙক ঙক্লিড়ৈ চাওম্নুনা য়ায়ী লোইজরে হায়্রনা সভা থুরুমই।

স্বয়ম্বরগী শেজ্ঞাবা জজশিংনা কল্পনা দেবী লুহোংবা মতিক চান্ত্রে, অতাবা য়ায়ীনা লোইশিল্লে লাউথোকই! চাওম্নুনা য়াকৎ-লম্মি মজাইবেম্মা পীবিরোই তোকপীয়ু, ইপানা থম্লম্বা লুপা ক্রোড় তরাহু ফংজরগে হায়রম্মি। মমাই মুশিল মুশিল্লবা নিংথৌনা কেশিয়ারদা ক্রোর তরা পীখো, মচাম্নুপীদি পীরোই, লুপা হায়রম্মি

ইকাইখাঙদগী। কেশিয়ারনা ত্রেজুরী হাংহুনা য়েংবদা ক্রোড় ৫ দমক ঙাইরে। অরাংপা ক্রোড় ৫তুগী মহুৎ মজাইবেম্মনা শিনবা য়াগত্রা হায়না নিংথৌ মন্ত্রীনা হংবদা চাওহুনা ব্যবহার কায়নিংদবদগী তল্লপ্পা য়ারে। স্বয়ম্বর চাউনা তৌহুনা য়াম্না লেম্না কল্পনা দেবীনা চাওহুগী মঙক্তা কুন্দো পরেং হুকখি।

## শক্লপ্পা নৈনবা

বারী অসি ইচম চম্না হুংঙাইবনি। কল্পনাগী অঙকপা শক্তিনা বারীবু মপুং ফানা হুংঙাইহল্লি অমসুং কল্পনা দেবীমক্তা অরোইবদা লুহোং-বসিমসু লেখকী ফজবা কল্পনানি। হুংঙাইরবা বারী অসিদা নোক্লিংবগী তংন থান নৈত্রবা অমা শিংলিগী ঈচেলগুম্না চেল্লি অমসুং সমাজগী করপ-সনগী মখেক অমসু কাগিনা উৎলি। ইতা তাদবা বারীদা ভাবোক্লা তাহোই হায়ঙিন্দুনা কল্পনা দেবী পীদনবগী থোরাং অমসুং তাহোই কায়ক-বদগী নিংথৌনা লুপা ক্রোড় মঙা অমসুং মঙা অমগী মহুৎ মচানুপী কল্পনা দেবী পীখিবা তশেংনমক হুংঙাই। কল্পনাগী তশেংনমক মপুং ফানা হুংঙাইবা অমসুং নোক্লীংকনবা কল্পনা স্বয়ম্বর বারীনি।

---

অসীগুম্বী থৌশানদ্রবী খম্বুগী অহানবা পুন্সীগী মতাং খরদং পাঠকশিংগী মাংদা নোল্লক্না পুথোকচরি।

*  *  *  *  *  *

খম্বু খম্বা অনীমক নিংথৌঙম্বা অঙম্বা থূমন পুরেনবগী মচানী, মমানা ভাংথরেমনী। খম্বুনা লুতুং শমজি থাকলিউঙে, কুম্নং নাদা চিল্লিউঙে মৌপ্রানীপা খম্বনা থোম্লাং মহাউ কাউজিল্লিউঙে পলেম পম্হৌ কেংনখি। পলেম পম্হৌ থাইনবা কুইজিল্লিউঙে মোইরাংগী অঙম অথৌ নংথৌন মটীন মৌপাবু পলেম পম্হৌ রাংপগী অরাবা মশক খঙহল্লমদে,— মোইরাংগী চাউবা থাংলেন অনীনা মচাদগীম্সু হেন্না পুন্না য়োকখিরম্মী; অমগা-মদা মপাগী অচৌবা পূক্কে মিতাবা মীগী চীনবান থোইশা তৈবা মথোক মাচানম্সু রাংলমদে।

অঙ্গবু চাউগ্রা থগোইগী নোংদম্না পীককিংবা খম্বনা মীগী মশাই তাংবা পাম্লমদে, কপ্পগী লোইবা নাইরমদে। মসীনা মরম ওইদুনা পীকজিনী খম্বুনা মেংকুপ অমত্তসু পূক্নিং পোথাকম খঙলক্তে। ভন্নিংগে খাঙলম্মী, ফজবা অঙাংগী নিঙাইদা মপা শক্না নাউকোন-থানা চাউবা থোংলেন অনীগী মপুক্তা করি থনখিগদগে হায়বসু অপীকপা মপুক্তা খঙলম্মী। কারণ্স খঙান্দ্রবা মীরোন ভাঙনবা য়াদ্রিবা থবনাদ মাঙু পূম্নমক কনিংসু পঙদে কুচন্ন কুইর অশুম ফজবা ঙেল্লকই। লাইবক থানা খম্বু ভাইদঙ মীরোন শুজবগু নজিল্লিউঙে করম্না চাউগ্রা নোংদম্না ভাইদঙ চাউজাউদনী হেল্লবা অরাবা কোকথোং অাদ পুর্হল্লিবনো?

ভাইওঙ মপুদি কনাগী মীচঙ চঙদে, কনাগী চীরোন কোদে. মানা থুংশিবা নৈতে য়েংথীবা য়াওদে ঈশ্বরদি মৈগুম্বনী—মনাক

নক্তবা মীনা অশাবা মনিল ফংদে থক থক নীক্তুনা থাঙই, মনাক্তা চঙজরুবা মীনা নিংথম্বা কোকই, মনিল ফংই। অতুনদা তাইবঙ মপুবু লাল্লি হায়নবা মরমস্থ লৈতে অতুবু—পু-পাং শুক্রবী থম্নবু অসিগুম্বা অরাবা অসি ফংহন্নবা মাগী মপোক অমদা তৌখিবা, লঙজখিবা অরানবা থবকশিং অতু থম্নগী মপূক্লিংদা তৌনীংহনগ্রিবা করিগীনো?—মসিদস্থ থুম্লিঙাই রাক্তে মাতুদি—অরানবা তৌনীংলিবা মপূক অতুস্থ মান তৌজবনা ফংলরিবনি—মাতু ঈশ্বরগা মরী লৈনদে।

অচুম্বস্থ ওইসন্ন—মীনা মীগী অরাবা মতৌ য়েংঙমদ্রগা ঈশ্বরদা তাইনবা মহৌশানি, মরম অতুনা ঐখোয়স্থ হায়বা তাই—পু-পাং শুজক্রবী অপীকপী মুপী মচা অমদা করিগী অস্থক রাহনবনো?

থাঙবা ভন্নক্তবী থম্নুনা নোংমদি লোম্না চেল্লক্লে, পম্বৌ সঙ্গাই অচৌবা অতুদা চঙতুনা ইহাঙ হাঙনা অপীকপা মৌপ্না কোন্দুনা লৈরে। অঙকপনি—মশাগী ময়ুম চঙবদগীদী শম্বা কপখিদ্রে; মথস্তা কোয়না শান্নথরে—মপূক শাম্নকপা অম দ তুম্লিঙলকপা মতম নত্তনা অমুক্তস্থ কপখিদ্রে। করিগুম্বদা থম্নুনা মৌপ্নাগী অকপ্পা শকফম য়েংনীংদূনা থোওইনা কপ্পবা তৌরক্তাওবদা নোক্তুনা তোকলে। অদুবু পীক্লবস্থ চাউরবস্থ মী য়াম্নবস্থ য়ামদ্রবস্থ অস্থম্না লেনবদি য়াবা নত্তে মীগুম্না চীহ্লাউ থিত্নুনা চাদ্রবস্থ শিদনবতদি চাবা তাই। মৌপ্না মতৌ য়েংতুনা লৈবতনদি মশাগী অমদি থম্বগী অরাম্বা কোকহনবা ঙমদে। মপাগী সঙ্গায় অচৌবা অতুদি মথীবোঙ য়াওদবা লীলাগী উরোক পাংথকনী—। মতম অমদা পুরেনবা সঙ্গায় হায়নরম্নবস্থ হৌক্তিক্তী লমজাগী তুঙকমনি, লায়রবীনা কোল্লবনি

মওঙ মতৌদা কজরবদু লায়রণগ নত্রগা লায়রথাংপোকশঙ হায়না মখিং থোনবদা লাক্ৰবনি—হয়না য়েংবদা করিমু তাদে; করিনা চয়া ভমগনি ?

মোইরাংগী থৱায়দি লোক্তাকনি; লোক্তাক লৈমনা অয়া অনং কয়াবু মথাদা কোনবী, চাদবনা শিরগদবা মীবু লায়না মবুক থলহল্লী। পীকলিবী থম্‌মু লোক্তাক লৈমদা চঙজদুনা য়ানা মথয়ায় হিংনবা হোৎনরে।

লোঙাল্লমদাই কয়াদা থম্বনা মপূক লাম্বনা কপ্লক্রবদা মৌপ্ৰা নমদা হল্লগা অকি অথং লৈতবী থম্‌না মপাল থোক্লূনা লৈকাইদা থোম্লাং ইনবীনবা য়ুমথোঙ কয়া চত্তুনা কিনা কিনা হৌদোকপা তাথি। ভূম্বা থুগায়বগী শাউবগা মিগ্নুংশি থঙনদবগা কনাম্ম থোঙ হাংদোকপিরক্তে, হূয়ানবীনী শায়হনা হূইহুম থৌজিনবীরকই—অম্মম তৌহনা ইমা লাউহনা চেল্লকপনস্সু কোজ্ঞায়নী। অহিং মমৈদা লোক্তাক্তা কূমহনা নাহোং মচিদা ঈশিং চোৎলগা থোম্লাং শাহনা মৌপ্ৰাদা পীথকথিবনা কয়া অমনি।

খুবাক কুয়োন হবমথৈ অপীকপী মহাক্লা লৈকাইগী ফোম্মু লঙহনা কংলকপা চেংকুপ্না মপূক কয়া থম্নখিবা! অহল্লগী মমায়বা কাওবনা কয়া নমজা নমথেক শীজিন্নবিখিবা—হৈনজদবী থম্‌না কয়াগী মতীক য়ানা থাঙজবা তাথিবা! অতোনবগী য়াকৎকম লৈজদে, য়েংবীনবা য়াওদে, ওৎপা নৈবা পূম্নমক থয়ায় পান্দবা পোৎকুম অমদি ময়োন থোক্তবা পামেলগুম ভূমিন্না থাঙজবা তাই, মাম্লম্না থাঙবনা মাগী মতম লাক্তিৰা কাওবা থাঙজনব' চীঙ্‌লাইগী থূয়াদা নিজবা নঙনা উপায় লৈরমদে। পীক্লবদু পীক্লা থম্‌দু

মসিমদী মুম্না থঙৈজে—মানা কনাদসু মমিংনা কাওবা হঙংনা য়েংজদে।

নোংমা অয়ুক্তা মানা মৌপ্ৱা পোত্নুনা লোক্তাক্কী কম্বোং থর্না শিজক্লরগা হল্লকপদা মায়থকপা নিংথৌ মনাই অমনা থেংজনবীরগুনা লৈমায়দা থরো থরো ওনখি মথুত্তগী কম্বোং মথৈন্দু লোইনা চাইথোকখি। মশাগী চৈনা থোশাদনা কপ্লিবা মৌপ্ৱা শিনকপু থেমজরিঙৈদা নিংথৌ মনাই অত্নুনা থীনা হায়ত্নুনা থমু্তগী মরানলা মাগী মকি মোংহনবনী হায়ত্নুনা থুবাক্না থাবীরম্নগা চৈনা চৈনা চংখি। মপি মতুম মতুম তানা চৈনা থাওজবী থম্নুনা রা-হৈ অমা ফাওবা হায়জবা ঙমহৌদে—চৈনা ফংবা মফমদা তনৌবী মথুংনা নানজত্নুনা নীপা অত্নুনা চংশ্রবদা মথন্তা শোঞ্জহৌই—"অসৌনীদকো হে তাইবঙ! ইচীন ইপ্ৱাবু অচৌবা ঙাগী থায়াত্তা তাদুনা লোক্তাক ওথাগুম্নদী মাঙহনবীগনুকো হে থাংজৌং!"

থোইমুনা ঙংবগী সুংশিবা মথোনদগী হেম্না সুংশিনা মনাক্তগী অঙাংত্তনা তাননবা ঙংবা নাউগুম ঈশৈনা রানা তুমহনশ্রবা মপাম্বোম মোনথাঙনরিবা মৌপ্ৱাবু চিংনা য়েংলগা মমিত্তা লোইবা নাইদনা মপি শিন্থৈজে। মথন্তা শোঞৈ—"নরান লৈজদবা নারা নহাক্না কৰিগীদমক লায়রবী নচেমগী শেগা তাংলবা করম্গা লঙজবা নপাপনা লোক্তাক লাইজনা অপীকপা নপুক থম্মরবা! মোন্দুম মোত্তেক মথক্তা য়াত্তাবদা নগুণনা মহেল্লগদবা—সনা লুপানা লৈত্তেংবদা নহাক্না মথোইরগদবা নহাক্না কদী মরক্তা নীঙাইদনা লশিং তৌনগুম য়াতারিবা—অরা অনা থঙজিবা নহাক্না করিসু থঙজত্রবসু নচেম ঐনদি করম য়েংগনি?" থম্বনা থজিত্তুং লেঙলকপদা মীকপ

খোক্লবোই নিঙলবী খম্বুনা মোপ্‌বাগী মশা নান্দুনা নান্দুনা নাউগুম ঈশৈ অমুক শক্লকই—"হা-হুম। হা হা হুম হুম হুম—হুম হুম। হা হুম য়াত্তারো ইচেমগী মণি য়াতারো।"

মপানা লোইরম্বা মমাগী অউন ষণ কাওজাউ অমা লৈ, মমিং "ঙাঙবা নিংথি পামহৈবা" হায়না কৌই। খম্বুনা তাজহৌই, মখানা হায়রম্মী মচু ঙাঙঈ হায়দুনা "ঙাঙব।" য়েংবদা ফজে নীংথিজৈ হায়দুনা 'নিংথি," অদুগা মমানা লুনা পাম্না তৌজে হায়দুনা "পামহৈবা" কৌথি। নোংমদি থাঙ্গরাকপগী ইংখোল্দা মনা মশীঙ চাপ্রে হায়দুনা খম্বুবু কৌরগা চৈবীরে। চৈরগম্বু তোক্তে—অঙাং পোরিবা নাহোং ফীজৌন পায়দুনা খঙহৌদনা চিংথিবদগী শেম শাহৌত্রবী খম্বুনা মোপ্‌বাবু কোনশিনবা নংহৌজে —লৈমায়থক্তা ঈক্ লাউনা তাদুনা রাম্বপ্রে। মশক মচু মাঙ্‌প্রে— মোপ্‌বা মতৌ উবদা খম্বু লয়াই শাংখ্রে। খম্বগী লয়াই লেম্ফুদা ঙমজবা মপাঙ্গল শীজিন্নদুনা রানা শাংনা কামলে, শাংনা শাংনা কপলকলে, হীক হীক কপ্পা তোকপা ঙমদ্রে; অতোনবদা মানা মহেল্লবী খম্বু খাঙবা ঙমশিল্লক্তে, মমীগ্তা পি মতুম মতুম লোইথা নাইদনা তারকলে। লাকচথিমনবা মতৌদা নোংশা মচাগুম ঙংদুনা থাঙ্গরাকপদা হায়রকই—"হুংশি খঙদবা!— নবুঙোনী খঙদরা অঙাং অসে? ষণ চঙবা ঙমদনবা ইংখোল শম্বন খাবা নখুৎ তেকপ্রা? কনা লৈতে তৌবরা?—মথক্তা লাই লৈ হায়বা কাউবরা?"

অপুম্বা শাউনীংবগী মতীক অকি অখং খঙদনা মচীন পোন্নদী চৈজরুবা শাই অদুবু মনমদা কি মতং অমা কাওবা কুপ্নিঙাই

লৈত্তবা মৌপ্‌ৎগী তরক তশোন মতৌ উবদা খীন্দনা অমুক পিনা পুমচোৎ চোৎখরে। মতম অসিদা খাঙ্গরাকপদি চৈনা চৈনা কোজুং কাখ্রে। খাঙ্গরাকপীনা অহনবা ওবোং অমা পীবিরে। খম্‌বা মরাক অমা লৌরগা মরাক নামা অমনা হঙ্গনখ্রে হায়রকই—"পলেম শকপী! অহেনবা চরৈ পামজদে, নচাগী নহোং কংজরে, পলেম শক্না চানবীবা নচাগী পুন্সীদা কাউজরোই।"

ময়ুমদা যণ হোইহনা পুরে, নহান মখৈ মাবু চহু থিরুবা ওমদে, ওসিস্থ মাবু য়ুমদা পুরগা করম তৌগনি—খনবদা রাখল লাম্বা কংদে। অনৌবা শজীক খরা কোয়জরে যণদ' পীজরে কপ্পা কপ্পা হায়রকই—"ঈপা ওাঙ্‌বা! নঙ্‌বু নচানা লোইবা ইতীক নত্রে, রারৌগন্থ, পস্থৌও ননীং থুংনবা অনৌবা চাক্তাকম থিখরো, মোইরাংদদি লৈরগন্থ, মহুকনবা লমদমনি, নাপী কাওবা চৌক্লম্‌গন্থ।" অসী হায়হনা হোইদোকখ্রে। মীরোল খণ্ডবগুম্না যণ অদুস্থ থাপ্পা চৎখ্রে। অস্তুম তৌনা ওাঙ্‌বা নিংখিনা লোক্তাক খোঙ্‌বান্দা তপ্পা তপ্পা অস্তুম চৎখিবনা তামথিহনা মশক উখিত্রবদা মশক উদনা মাণ্ডদা চৎখ্রবা ওাণ্ডবা অহুগী মনাক য়েৌনা চৎখিনবা মতাগুম অশাংবা শোর হোন্দুনা মপি তৈখোক্তুনা য়েংহোই।

অস্তুম্না মতম খরদংগী মহুংদা মীরোন ওত্রিবী খম্বুনা তাইখণ্ড মৈশা পুম্নমক মখল গুনা থাঙহনা রাখল পল্লেপকম খঙ্‌দনা লৈরি টৈণ্ডদা মোইরাং থাংজীংনা অরাবা মতৌ য়েংবা ওমশিল্লকহনা খম্বা খম্বুগী মপাগী মরূপ কবুই শলাং মাইববু থারক্‌ুনা মচীন-মৌপ্‌ৎবু ময়ুমদা পুহনা য়োকহনবীখ্রে। লৈত্ত লায়রগী মরমদা হজীক্তদা খম্বুনা অরাম্বা কোকখোং হাইফেৎ য়াংজরেদী হায়ববু মিপাইগনবী

মপুক্তা মৌপ্ৰাগী য়াখল্লী থাদোকচবা থক ঙমদে, পুন্সী অসিদা থাদোকপা ঙম্নকখিগনি হায়নস্থু নীংদে। মশাক্না পামজরিবস্থু মাসিত্তনী য়াখল অসিতগা লোয়ননা মপুন্সী লোমজখিনবা চাঙ্ কাদা মিংকুপ খুদোং চঙজবী থম্ৱ্নি।

শলাং খুন অসিদদি মচীন-মৌপ্ৰাগী মীগী অরাংপা লৈব্রে—মতৌ অসী উবদা তাইবঙ্ মালং পান্দা অসিগুম্বা মওঙ উবা ফংগনি হায়না মঙ ফাওবদা মঙ্লমদবী থম্ৱ্দি পূমঙক ঙকখ্রে। মকম অসিদদি মচীম্নাউ, মপা মচামক্তনা পীক থনখ্রে। অহুক য়াম্বা মা পুম্নমক অহু মাখোয়বু লূনা চান্না তৌবীদবা অমত্তস্থু য়াওদে—অতোপপা তোপ্তবা লৈত্তে, ঈচা মীচা নাইবগী তমথীরবা মতৌ য়াওদে, তোল্লি থঙনা তুহৎপা শা-ঙাগী লৌচৎ উবা ফংদে। করুই শলাং মাইবনস্থু মচীম্মৌপ্ৰাবু মাগী মচা নত্তে হায়রবসী কনাদস্থু থঙ্হন্দে অথঙবমথৈবুস্থু মীচাবোক্সী হায়হন্দে। অস্নুম তৌনা মাহাক্না থম্বতগী হোৎনতুনা মতম লেনবা উবদা ঙসিত্তদা থম্ৱ্না মায়থোং মকায়্নামজবা ফংলে।

নোংমা নোংমগী চাউশিল্লক্লে। মৌপ্ৰা মতৌ য়েংবদা থম্মোই থনজরবী থম্ৱ্স্থ মতমগী খোঙ্লৈ মতুংইন্না মপুং মরৈ কাজিল্লক্লে। খঙ্হৌদনা লাক্তুনা মাবু তাক্তনা মশাবু লাঙ্গোয় চনশিল্লবী যৌবন কৌবী লাইরেম্বীবু উবদা চুপ্সা থম্মোই মিপাইজখি। তাইবঙ মী অমত্তস্থু শক মাঙদে, পূক্লিং তিম্নদে, তৌথোরকপস্থু তোঙ্গাদ্রে; কনাগুম্বী চুপীনা মথোন কাবগী মতম অসীতবু খোরাংনা ঙাইনৈ. অমত্তা নত্তে অনীত্তা নত্তে—চুপী ওইবী মপোক্তা পোকপী মথৈদি মত্তাং অসীত্তবু পান্না খোরাংনবা মক্তনী। পুংগক চাউবীশিংনা

মথোনকাবী লৈশাবী থুনা ওইনীংই ; মপুং মরৈ ফারবীশিংনস্থু মতম অসীগী মশাগী মওঙ্ অসিদগী মথাঙ. অমা হোংনীংদে ফীবম অসিদা অস্থুমক লৈনীংই। পূম্মক মতম অসীতবু লুনা চান্না য়োক্লনা থমনীংই মরমদি মথোন কাবা মতমদি মীনস্থু লাইনস্থু পান্নবা মতাংনি।

অহুবু লায়রবী থম্নদি মশাগী চাউশিল্লকপা থিংঙমদবা মতৌ উবদা মীওগী পি কাংজত্রে, মানা থল্লী—"ঐনা মতম অসীদা ঐশা কয়া কনজহনা লৈগনি, ঙাকপিনবা কনা লৈ? তাংজহনতা লৈগদবী তাংজবীগী জাৎতা পোক্লবী ঐঙোন্দা অঙাওবা অঙাং অমনা থাদোকপা য়াদনা নপলি। অহুগীস্থু মথক্তা ইমান্নবগা মীমান্নবা শেৎপা চাবা ফংলোইদবী, শম ফাওবা নীংথিনা হাৎচবা ঙম্লোইদবী ঐনা মতাং অসিদা করি তৌগনি?" মমৈথংদা থনবমথৈ থল্লগা কপ্পুনা হায়রকই—"মথোন কাবী লাইরেম্বী! নঙবু ঐনা লোইজবা ইতৌক নত্তে—ঐদি লমজানি ইপাঙ্গল লৈজদে। হে য়াইফবী! য়াইফবতনা নঙগী শরুক্নী; ঐগী কাদা শাইদাংবা নগুণ ময়েং তাগনি। চৎলো শকহেনবী! ইপাম মোইরাং লমদমদা লোক্তাক লৈমা খোঙ্বান্দা লৈমরোন গুনা লৈবনী। তরেৎ শেল্লা তিংহনা নঙবুতবু কোয়না থিবনী। মাখোয়না নঙবু নগুণ ঙাক্লা চৎকনি—লায়রবী ইকাদদি নক্লরগনু। অমরোমদা ইপ্রা পিশক অমদা ঐগী থরায় হকচাং লুপথ্রবীনি নঙগীদমক থাইদোকপা ঙম্লরোহ। য়ারোগনু য়াইফবী। মিত্তা পি লোয়ননা নঙবু বিদায় তৌজরি।"

কনানা তাবিগনি? মিংকৌ পিনা মতমবু ফাজিনবা, হন্দোকপা

য়াগদবা লৈবরা ? অদুবু অপঙ্‌বী থম্ম্‌না হায়জরগা য়াগদবোই থন্দুনা হায়জরি, চৌঙ্‌থক্তা ; ঈচম চমজবী চৌঙ্‌গী নুপী মচাশিংগা তিমরুবদগী অসি য়োনা থঙ্‌ত্রমাল্লে ? অশেংবমক মতমনা নত্রগা মথোনকাবী লাইরেম্বীনা থম্ম্‌গী পিগী মমল পীবিখিত্রে—তাশিন থঙশিন্নদনা হেম্নদুম খুবম চেৎনা লৈতাখ্রে।

মওঙ্‌ অম্দুম্না মহুনিংথৌম্নু নোংমা নোংমগী মপুং মরৈ ফাবা হেল্লক্রে—পানথৎলকপা থাজগুম য়েংবদা মচেগী থম্মোই থনজরে। ঙাওশিল্লকপনম্নু লাক্লবা ঙমশিল্লক্তে, মাবুতবু হোৎনবদা অহল ওইরবা কবুইগী হুংশা শোর হোম্দোক্লবা মতম কাওবা লৈখিত্রে। অসুম তৌনা অঙাং ওইরিঙৈগী অরা অনা পুম্নমক কাউথুনা হুংঙাইবা ইপোম লাংজরিঙৈ অসিদা নোংমদি থঙহৌদনা অরাবা মমি তাররে। মীওইবা পুন্সীদা অরাবনঃ য়াম্নগা হুংঙাইবদি ঙাইহাক্কুগীনি। অদুবু মিৎকুপ অমত্তং হুংঙাইবা ফংবদা মমাঙ্‌গী চহী ১০ গী অরাবদু লায়ন কাউরৈ। ঐথোয় তাইবঙ্‌মীগী শীচম্ভী মসিনী। অরাবা হুংঙাইবা অনী অসিদি য়াম্না চান্নবা তিন্নবা পোকমিন্নবা মচৌম্নবাউনি ; কৈদৌঙৈদসু মিৎকুপ অমত্তা থাদোক্লদে। অরাবগী মন্নুংদা হুংঙাইবা—হুংঙাইবগী মন্নুংদা অরাবা লেঙদনা লৈ। লোইবা নাইদবা অরাবা, লোইবা লৈতবা হুংঙাইবদি তাইবঙ্‌দা ঙসি কাওবা ওইখিবা লৈত্রি।

মচৌম্মোপ্‌গীসু হুংঙাইবা মিৎকুপ লোইরক্লে ; ঙাইহাক্কং হুংঙাইবদা অরাবা পুম্বা কাম্ভবগুম অরাবা মমি হেক তাবা হৌরক-পদগী হুংঙাইরম্বসু থঙ্‌হৌদনা কাউশিল্লকই। চৌঙ্‌গী মমাম্নবশিংগা শাম্নবদা, লোয়নবদা, কনবদা থৌবদা, হৈশিংবদা থম্বনা পুম্নমক্কুগী

খোইদোক হেন্দোকই। মাগী মতৌ অসি উবদা মপুক কত্তবা অঙাং থম্বনা মহাকপু নমথনীংলম্মী। মথকপু মখানা চিংথনিঙ্বা লাই হাক্তকুগীনি, থম্বমু মখাথংবশিংনা চিংথনিঙবা হোয়রকলে। মতৌক লৈবা অকাওবা মী পুম্নমক্কীদি অসুম্না অয়েংবা য়াম্মী, তিংখং চুম্বোতনা মখোয়গী খোঙ্থাকম্মী।

মমৈদা মপা মপা, মমা মমাদা হংনবদা কবুই শলাং অসি থম্বগী অপোকপা মপা নত্তে, শলাং মাইবীসু মমা নত্তে,—থম্বগী মপা মমা মশক থঙ্দে হায়বসি শেংনা থঙ্নরক্রে। তানজা ঙাইহৎনা লৈরকলে নোংমদি থম্বগা মাখোয়গা নিঙাই শাংদানয়রকপদা হান্নদগী শেম শান্নরুবা অঙাংশিংহৎনা ঈরায় লায়না হায়দোয়রক্রে মাহুদি মপা মমা মশক থঙদবা মীগা মখোয়গা শামরোই; কবুইদি মপা নত্তে, খাজত্রগা কবুই মশামক্তা হংজরু। মথরায় শোকপনা হেন্নবা থম্বনা য়াহৈ অসি হেক তাবদা মমান্নবা চীঙ্গীবা অঙাং পুম্নমক অমত্তা খাক্তনা ফুরমলে। শিরবসু করে খনহৎনা চামা লাকলবসু পারগে হায়না চোংথোকখ্রে মতৌ য়েংবদদা কিরবা অঙাংশিং অহ মায়কৈ থঙদনা চেম্নখ্রে। কল্লক পেম্না ফুরুরবসু মখোয়না হায়দোক্লম্বা য়াহৈ অহুনদি নৌরিবা থম্মোয় লকাদা অথৌবা তাশোন্দগী হেন্না খৌনা খিনখ্রবনা মাহুগী চৈনাদি পুবা ঙমত্রে—কম্না চেম্নহুনা মচেমগী মথাদা মমায় লোত্তুনা তোকপা হৈত কপলয়ে। মৌপ্‌া মত্তোদা ঙক্রবী থম্মুনা অঙাংগী মকোক নাম্না নাম্না হংলকই— "ইপ্‌াবু কনানা লাকচয়কপগে, কনানা করি হায়বিরক্রবগে, হায়মু করিগী অহক নপুক হুংশিনা কপপগে?" থম্বনা হীক হীক কপ্তনা

মতেক মতেক হায়রকই "মখোয় মথৈনা অপ্পাবু ঐগী ঈপা নত্তে হায়। হায়ৱু ঈচে অশেংবরা ?"

অসি হায়না হায়না ঈরা চেনবা মমিৎ অনীমক কৃপ্তনা হঙৎনা মচেগী মায়থোং য়েংলকলে অমস্তুং মচেনা করি খুম্লকপা নিংদোন পীং পীং চোংনা ভাইহুনা লৈখরে। খম্নুনা করি খুম্লকনি—শুন্দা মমিৎ থমহুনা থিংগমত্রবা পিগী ঈফুৎনা মশাগী চায়রুং চোংহন্দুনা থরায় পান্দবা নুংগী মূর্তিগুম চপ লেপ্তুনা লৈখ্রে। মচেগী খুমদবা মতৌ অহুনা পীকলিবা খম্বদা অমুক্কা হেন্না চিংনবা হেন্হনথরে প্রোক প্রোক চাকপা হোরকলে; খম্নু মৌপ্না মতৌ য়েংজবা ঙমদ্রে। ফনা তরুহুনস্থু মচেনা খুম্লকনি থাজরক্তুবদা মচেবু কোল্লম্বা থা-দোক্লুনা খঙহোদনা কবুইগী নাক তান্না চেনখ্রে অমস্তুং কবুইগী মতমপাক্তা চোংশিন্দুনা মঙক্তা কোন্দুনা হায়রে "অপপা! নঙ্ ঐগী ঈপানিকো—খঙগনি মখোয়. উন্নরিমথৈ ফুগনি, হাৎকনি, লোকথাদা লংথগনি, মপা ময়াম্বা থোরক্লবস্থ তেম্না কাপ্তুনা লোইনবা হাৎকনি কো অপ্পা ?"

মাগী অপ্পাস্থু পূমঙক ঙকখ্রে; খম্বনা করিবু খঙ্নীংলিবনো হায়বদি থম্মোইদা পাল্লে। অহুবু হংথরুরগা থম্মোই কায়বা মশক অমা ওইরক্তুনা মমৈদা মচাগী মতৌ য়েংবা ঙম্লকলোইদবা অহু থনবদা, খম্বনা ভাঙ্লিবা শক্লিবহু থোইনা তাদবগুম লৈথোকপা তাথি। খম্বদি অমা লক্রগা অমা খঙ্ত্রিবমথৈ তোকপা মীওই নংলমদে, অমুকস্থু হন্না হংলকলে—"হা অপপা ? মখোয়না মচীন্থীবনিকো, হায়য়ো, সে অমুক্তা মানি হায়য়ো।"

কবুইনা উম্নে থাঙভমদবা অরাবা অমনা মচাগী পোত্থাকম থঙ্দবা মতৌ ওইরে। মাগী রাহৈ অমত্তংনা মপূক কাজনবা, চান্ত্রবা নাম্না থম্মোই ঈঙ জনবা লাঙ্তক্লনা ঙাইরি। পম্ববা ঙম্লক্তে মচাগী মকোক্কী লুমাং লাম্ল নাম্লভূনা তপনা থেম্না হায়রকই "করিগী নমান্নবদা শাউরুরি? লাই মচাগুম্ব নচান নৌপ্ৰাবু ঐগুম্বগী ঈচা ওইবা হোনবরা? অতুগা... ."

অপোকপা মপান্নক্লী নীংলম্বা মপা অতুমক্লা মচ নত্তে হায়ব' তাবদা থংপেক থংনা থম্বা লেংথোকখ্রে, রাহৈ মথা তারমক্সে মচেগী নাক তান্না অমুক চনখ্রে মতাক কনুংগী মচা নত্তে—মীচাবোক্কী হুংশিবাহ্ননা য়োকাপিবনী হায়ব হেক তাবা ফংাগনা 'মিংকুপ্তগী থম্ব' লৈফম থঙত্রে মীগোন থা ক্রুইদেগী লেরক্রবা ওন্ন খোইনা চাংথক অতুদা মাগী খোঙ থাকম অমত্তম্ন লোথদ্রে, মেতাল অন্নাবগুম্না শাখ্রে মফম অত্তুগী হুংশিং নো হুম্না মতু পানবা লিনগুম্ন চৌকখ্রে। মিংকুপ অসিদগী হোন' কবুইবু লশক ঙনবা অমুক হন্ন ঙমখিখ্রে উনদনবত্তা নাকোক্ট থৈতুনা খাঙ্খ্র, অংাইডবা লৈফম লৈত্রে। মপুক্তা লোইবা নাইদবা র হং মথন্তা হংজরকলে "অপপানা ঈপা নক্সবা কনানা ঐবু পোক্লম্বা? ঈচে অসিস্থু পোকম্নিম্ললী ঈচে ওত্রবরা?"

অডাংগী লোরবা থম্মোইদা খনফম থঙ্দবা অন্নাবা ইকাইবা অমদি হুংনাঙ্বা ম্নাথলনা লোইবা লাইদনা ঙৎপম্ভ উবদা মচে থম্ননা হেম্ন লৈফম থঙ্খিদ্রে। অসুম্না নহান' অহন শাজরক্রবী মচেগী রাপল পল্লেপফম থঙজাদ্রডে কাহৎলবা থম্মোইনা নান্না মায়থোং লাংশিল্লবা খম্বনা থঙহৌদনা তক্লরে হায়রকই—"চৎল-সিবা ঈচে।" কদাইদা চৎসী হায়রিবনো থম্বনা থঙদে অত্থুবু

মঙগী লৈবাক্তা ওইরবসু অমদদি চত্তবা য়াদে মফম অসিদা লৈরবদি কুন্দুনা শিগদৌরি। মফম অসিগী মী শা অমদি উ ৱা পূম্নমকপু মহাক্না ঈকাইজরে; পূম্নমক অসিবু উদনবা অঙাং অমনা কয়া কুইনা থাঙবা ঙম্মগনি। থাঙবদা শিগদৌরক্রুত্তনা হায়রকই—“চৎলসিবা ঈচে।”

তাবদা থম্মোই কায়থরে। থম্বনা উরে—লমজানা কৈদৌ-কৈদেসু লমজা ওইবা তোকপা য়াদে। তাক্কুনসু নৌরিবা থম্বনা মপূক হোংউ হায়বা য়াগদবা লৈত্রে থঙলবী থম্বনা সুংশা মপী হোন্দুনা চীংঙ থাংজীঙদা চঙ্জরে অমসুং অনৌবা পুক্সি অমা অমূক হোংগে লেপখ্রে। নোংমগী অহিংদি কবুইবু অমসুং লমলক্কী শা-উচেক ফাওববু খঙহল্লমদনা মচীন্মোপ্‌ অনীমক লোম্না চেল্লক্রে। ফোংনা কবুইদগী বিদায় লৌত্তুনা চৎপা ঙমখিদ্রে—লাম্নরবী থম্বগী মমিত্তা মপি কংননবা মতমদি ঈশ্বরনা থম্বীরমদ্রে। থম্বসু কপলে, মচেমসু কপলে; মখোয়না কবুইবু মপান নাইদনা সুংশি, কি, নাউথী শাই—মাবু কায়নবা য়াখলদা মচীন্মোপ্‌গী থম্মোই পুবা ঙমদনা য়ায়—অত্তবু লৈফম লৈত্তে চত্তবা য়াদে। মখোয়না মপাম মোইরাং লমদগদা অমূক হন্না চঙলকলে, ঙসি ফাওবদা মপাগী সঙ্গাই অচৌবত্থু কুম লায়নানা শিগদৌরবা মীগুম্না ভৈরা হুমদাংগী মরক্তা অপৎপা ই থর থরদং কুপ্তুনা লৈরম্বা উরে। য়ুমথক্তা নাপী মক্তুনা ইশং শংখ্রে, ইমুংসু মাঙ্গোলসু উপান মচা মচা অমদি নাপীত্তনা পূমথন থনখ্রে, থোঙ য়াওত্রে, ফক্লাং অকোয়বা মচি মচিদা কীস্থ-খ্রে; অসি ফাওবদা থুম অসিনা অসুম্মক লেপ্তুনা লৈরম্বা উবদা মচীন্মোপ্‌ অনীমক ঙক্লখ্রে। চাউবা থোংলেন অনিগী অকনবা

য়াথংনা মোইরাংগী মী অমত্তুনা ইংথোল অসিদা মখিৎনা ফাওবা কয়া য়েংশিনবা ঙম্মদে হায়বা মচীন্মোপ্‌্রানা থঙ্‌জদে।

মতম অসিদগীদি খম্বা থোইবী লীলাগী অহানবা মতাং হোরক্লে। মচীন্মোপ্‌্রাবুদি মতম কুইনা শিথ্রবনী তাইবঙ্‌ মালং অসিদা মখোয়গী খোঙ্গুল মুৎথ্রবনী হায়না থাজনরবা মোইরাংগী মী মখৈনা মচীন্মোপ্‌্রাবু অতোপ্পা লমজাশিংনী হায়না নীংলে, পুরেনবা সঙ্গাই অসিদা চুম্না শাইদাংজবা ওইরমাল্লে পঙলৈ লৈজবনী খন্দুনা কনানসু থোশাবীদ্রে। মসিনা মচীন্মোপ্‌্রাগী ঈঙ্‌না লৈজবা ফংনবা লম্বী অমা ওইজখরে।

খম্বা চাউরে, পাখং ফাজিল্লকলে, অশোনবী মচেনা তানবনা মপূক থনবা রারকলে। খন্নুনসু ঙম্বমথৈ হোৎনৈ চৌঙ্‌দা শীঙজা লাংলগা অশীৎপা মমলনা চাক ঈনশাং লৈজবা অরাৎপনা লোক্তাক লৈমদা চঙ্‌জবা অস্তুম তোনা হোৎনজবা শাবনসু মোপ্‌্রাগী মপূক থলহনবা ঙম্লক্লে। অতুম ওইহ্নুনসু মহাক্না মোপ্‌্রাবু কৈদৌহ্নুংদসু মিৎকি কারন লালহন্নীংদে, খন্নুনা তাইঙ্‌ মী পুন্নমকপু কিজৈ মাগী হুংশি লাংদগী মোপ্‌্রাবু নোংমত্তুসু থাদোক্লিংদে। লমগী চেক্লাবু পোনদা ফাজিন্দুনা খম্বদা হৈনদবগুম খম্বনা মচেতবু কিহ্নুনা ঈমুংদা রানা লেনবা মতৌদা ফনা য়েংঙমদহ্নুনসু খন্নুনা মিপাইজবী পূকচেম্না মোপ্‌্রাবু তাইবঙ্‌ মীরক্তা থাদোকপদি ওইখোক্তবনী। শিরবসু শিসত্তু ১০০ মুবী শাশীং অমগী পাজল লোয়ননা মথন্তুনা নোমগনি মোপ্‌্রাতবুদি নোংমতসু হুংশি লাংদগী থাদোক্লোই। অহুবু মথন্তুনা কয়া ঙমগনি? নোংমদি খন্নু কোক্তা মোনগা তাইনখরে অয়ো চৈনা ফংহ্নুনা ওন্না থোইনা থাঙখরে। খম্বনা

মচে মতৌস্ত য়েংঙমদা মপূক লাম্বস্ত ফাঙমদা রাখল লংজিন থিবা হৈবা মীওইস্ত নত্তা লময়ায়দা উত্রাকনা হীপ্তুনা খাঙ থরে। চীঙদা চত্তুনা শীং চল্লুগে মচে-দা তক্লরকলে, মচেনা য়াদ্রে। "অত্নদী থুল্লক্তা শিল্লঙবা চৎকে—ঙম্নরোই, পূক লাম্বনা শিগদোরে নঙবুস্ত পীজনিঙাই করিস্ত লৈতে" হায়দুনা লৌচে তুংগোল অমা পায়দুনা থম্বনা ময়া কাবা নংত্রিডৈে মপাল থোকখ্রে।

অনাবা চৈনা কাউরবী থম্বুনা অশোনবী মপুক্লীংনা চৎথোকপ্রিবা মৌপ্বাবু মতুং কোয়না ইম্নত্না হীরী কোনজখি। অসুম্না মশক উহন্দনা মৌপ্বাগী মতুং ইন্দুনা রানা চৎলুরবী থম্বুনা মৌপ্বাবু মাগী মনাক্তা অমুক চিংলকুবা হোৎনরমই, হন্না হন্না হোৎনৈ হন্না হম্না নাম্নোকই। খাঙবা ঙমদ্রে তুরোয় ঙাম্রোয় থোরকলে, খরাই থোঙ্গান্দা লেপ্তুনা মমিৎ কৃপ্তুনা মৌপ্বাগী লম্বী য়েংখরে। মিপাই চাউবী মপুক্লীংদা হুংশা থীবা হেল্লক্রে—থাংজীংগী থুয়াদা মিংকূপ থূদীং মৌপ্বাবু কথোক্লক্রে। অসুম্না ঙাইহাক মমিৎ উইশিন্দুনা মৌপ্বাগী লৈফম থিরিডৈে অমসুং মনাক্তা চিংলকপা হোৎনরিডৈে খঙহৌদনা মত্নিংথৌ থোঙ্কেল তারকলে। থৌরাংজরবা "ইচে" মিংগৌ তাবদা অশোনবী মায়থোং মকারামজরে। মমিৎ পাঙথোক্তুনা চিংনা য়েংজরগা মৌপ্বাগী অকনবা মশাদা কোন্দুনা ইমুং চঙলক্রে।

থম্বনা চয়োম ময়াম অমদী ঙা ময়াম পুরকপা উবদা লায়রবী থম্ব লরাই শাৎখ্রে হংলকই—"কদাইদগী নো ময়ামসে? মরাল লৈজদবা মীগী মপোৎ লাক্লকপরা নত্রগা—" শাউবনা মশা নীক্লবী

থম্নুনা থম্মোই পায়দুনা লুকথখ্রে। থম্বনা নোকমি নোকমি তৌদুনা হায়রকই—"অসী হেক্তা হায়বা। উদ্রসে ঐগী হকচাংসে, হুজিক ফাওবা ৱারিবসে? মীনা ৱানা মুক্ৱা শান্নদুনা মনা ফংজরকপসিবু সে—ঐদী লাম্বনা শিগদোৱে নঙ চাহৌদ্রি হায়দুনা চারক্তি্বনী, ইল্লো সে" হায়দুনা মচেগী মাঙদা ময়া লাওনা কাথোক্লুনা ঙাইখরে। মখোঙ খঙজবী থম্নুনা চরোম ফাক্লুনা চাক ঈনশাং লোৱগা লাম্না ঙাইৱিবা মোপ্ৱাগী ময়াদা ইনবীৱে। থম্বম্ব অচৌবা মথুংনা চাক ঈনশাং লোদুনা মচেমগী চখোম ইল্লক্লে। হুজীক্তদা থম্ন নোক্লক্লে—মচেনা নোকপা উবদা থোনা ফংলবা থম্বনা অতং অথম লৈতন মচেদা ইনশিল্লকলে—নাবগী চানিংদবনে, অচৌবা চখোম অদু য়োংপা ঙমদবনি থম্নুদি ৱাবনা শিগদোৱে য়োল্লবম্ব থম্বনা শাউগনি। মঙৈদদি থম্বগী মথুং পায়ঙুনা থামলে, ওক্লে নঙগী অমুক ইনবীৱগে।

অশুম তৌনা লমজা অনীনা পাক চাউৱবা তাইবংদা খঙবিনবা লৈতনা, য়েংবীনবা য়াওদনা, মখোয় মশেল অৱাংপনা য়োমহুনা, লৈতবনা কোয়হুনা ৱানা ৱানা, মথৱায় লৈতানা শেগায়ৱবা য়ুম অমগী মনুংদা অহিং কুংথিল, নোংজু কুংশা পুৱমক লেনজৱি।

কবুই থুন্দা লৈৱিঙৈ শলাং মাইবনা থম্ববু থুংশু থুংলাই পুৱমক শীজিন্নবা তম্বীখি—শৱিং শৱাং হৈহনখি—নীপামচা অমা ওইবগী হৈবা হৌনবা শুনা মতীক চানা তম্বীখি। অকনবা চাংয়েং কয়াদা নৌৱিবা থম্বনা নাম্থোকচবা ঙমখি। লোয়ন লোয়নবা মচেনা মোপ্ৱাগী মৱমচং শেমজখি। "অৱানবদা থৌফৱোই

অচুম্বদা কিফরোই চঙ জরকপা হাংফরোই, মীগী মপান্না হিংফরোই”—মচেগী য়াথং আসি থম্বনা মাগী পুন্সিদা নোংমতস্থ কাউথিদে।

কালিদাসকি শকুন্তলানা মচানিপা ভরত য়োকখিবা অমসুং বাল্মীকিগী সীতানা লবকুশবু বনদা মী ওংহনখিবা, অতুগা থম্মনা থম্ববু য়োকখিবা মওঙ মান্নদে। শকুন্তলা অমদি সীতাদি মপু-রোয়বদং রাংপা অমসুং থম্মোইম্নুংদা কায়না মৈরি চুবতং নত্তনা অতৈ করিস্থ রাংখিদে—মথোয়গীদি তাংজফম লৈরম্মী: শেংনা চানবা পীবিনীঙাই রাংলমদে, মশা মশাগী রাথনস্থ লেপচবা ঙম্নবী ঙাক্তনি, থম্মদি মাতু পূম্নমক অমতস্থ য়াওদ্রিবীনি। থম্মদ লমজানি, লমজানা লনজা য়োকপনি; অতুগী মথক্তা অঙাংনি। তাইবঙ পানবদা চংনরিবা রারী লাইরিক্তা অমদি অফাওবা কবি কল্পনা ফাওবদা মাগী মওঙ অসিদী পঙনা খোক্কদবা নত্তে। অরাবদস্থ থম থেংখিবগুম্না মাতুগী মহে ফংনরকাদস্থ মানা থম থেংনা রাংল-গদবী থম্মনী।

### শম্বুপ্পা লৈনবা

ভারতকা সাহিত্যদা মোইরাং লমদমগী মহাকাব্যগী শক্তম ওইরিবা থম্ব-থোইবীগী বারীদা লমজা থম্মগী হৌরকপা অমসুং ওইথবা মপুন্সা তশেং-নমক অতাঙবনি। মহাক্কা মোপ্পা থম্ববু কমদোনা য়োক্লকপগে কাম্বদুগী থম্মোই শোক্লবা মশক অমা লেখকনা পুথোরক্লি। অতুবু মাগী কনা লৈজ-রবস্থ চয়া কয়া কেম্নবস্থ থম্মদ হুপীনি—মোপ্পাগী হুংঙাইনবা হোৎনবদা মপুন্সী কংথোক্লবী মৈতৈ চহুগী কিদমনি। থম্বনা মহাক্কী থুংঙাইবনি, থরাম্নি অমসুং পুন্সীনি। মোপাদা পীখিবা পাঙ্তাক—“অরানবদা

থৌকরোই, অচুম্বদা কিকরোই, চঙজরকপা হাংকরোই, মীগী মপামা হিংকরোই" হায়বা অসি থোনা কবা নুপী অমনা হায়গদবনি। খম্বনা মুপারক্তা মপুং লৈবা অতুক খমন্সু মমাশকনী হুপীরক্তা মপুং লৈ। মণিপুরী সাহিত্যদা কাউরোইদবা চরিত্র অমনি।

---

Bhani Sana রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর

## মহারাজকুমারী বিনোদিনী দেবী

খৃঃ ১৯২২ দা কোম্বংদা পোকই। লৈখিদ্রবা মণিপুরগী মহারাজ চূড়াচান্দ সিংহগী মচা নুপী ওইনা কলিকাতা অমসুং শান্তিনিকেতন নচিংবা মফমদা লৈকহুনা ইংরাজী শিক্ষা অমসুং চিত্রকলা নচিংবা তমখি। মহাক গ্রেজুয়েট অমনি। মণিপুরী কলা বিদ্যা চাওখৎনবা হোৎনবদা অমসুং থোইদোকপা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মণিপুরীশিংদা খুঙহন্নবা হোৎনবদা মহাকী তোপ তোপ্পা দান লৈ। মণিপুরী সাহিত্যদসু বারী মচা অমসুং ড্রামা ইবা অমা ওইনা শীংথানরি। হৌজিক ফাওবদা লাইরিক অনি কোওলে —বারীমচা খরগী থোমজিনবা "নুংশাযরক্তা চন্দ্রমুখী" অমসুং ড্রামা মচা খরগী পূনশিনবা—"অশংবা নোংজাবী"। মহাকী বারী মচাগী লাইরিকী-দমক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা খৃঃ ১৯৬৭ তা মতোন্দা "যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল" পীখি।

রবীন্দ্রনাথকী পুন্সিদি মচু লাংলবা ঈশৈগী শাংলবা পুন্সিনি। মাগী লাইনিংবা—ফজবা। মহাক্না চীন্দা বাঁশি থোং, খুত্তা লাঙ্গোল

পায়, সাহিত্যগী লৌবুক্তা থাক্ত থারুবা মহৈ মরোং পুম্বা মরিক চুমখি। মহাক্কা শৈরেং লিশিং অমা হেন্না, ঈশৈ লিশিং অনি, রারীমচা মরিফুতরা, নাটক কয়া, উপন্যাস কয়া, মতুগী মথক্তা মখল মথেলগী খুৎই কয়া থনমতুনা মশাগীতা ওইবা চাউরবা লাইব্রেরী অমা ঐখোয়দা পীরম্মী। মাগী সাহিত্যগা মরী লৈনবা লাইরিকশিং ( bibliography ) মফম অসিদা ইবা ওইথোক্কে। মহাক্কী অসিগুম্বা চাউরবা সাহিত্যগী দলালবু য়েংলুরগা মহাকপু কনানি হায়না ফোংদোক্কনি ? গীতি ধর্ম্মী ওইবা ( Lyrical ) কবি অমা ওইনা মহাক্কা চাংদম্নবা য়াবা অমদি মঙোম্দগী অহেনবা পোক্তি হায়রবস্থ য়ায়। রারীমচা ইবা অমা ওইনা পৃথিবীগী রারীমচা ইবা অফাওবা মীওই অহুমগী মফুংদা অমনি হায়না শীংথানরি। মসিগী মরমদা কনাগুম্বা অধ্যাপক অমনা হায়খি— 'নোবেল প্রাইজ' ফংবা তারবদি মাগী রারীমচানস্থ 'নোবেল প্রাইজ' অমা ফংবা চুমই। মসি পূন্নমক্কী মথক্তা মহাক্কী সাহিত্যগী সমালোচনা পারগা খঙবা ঙমই মতুদি রবীন্দ্রনাথনা কয়াগী মতিক কূপ্পা, সাহিত্যগী মরমদা উশিনখিবা অমদি মহাক্কা রাখল মান্নদবা সাহিত্যগী মীওইশিংবু কয়াদা চেকশিন্না অমস্থং মীফুংশিগা লোয়ননা য়েংখিবা !

মহাক্কী ঈশৈ, মহাক্কী স্বদেশ প্রেম, মহাক্কী রাজনীতিগী রাখল অমদি অরাংবা দর্শনবু নীংশিংলুরগা মহাকপু লূ-তোংনা শাবা মী অমা ওইনা খনবা ঙমলক্কে। অহুবু মহাকস্থ মীনি— মাদি মীবু ফুংশি, পৃথিবীবু ফুংশি। মহাকপু ঐখোয়না অথোইবা মানবধর্ম্মীনি হায়না খ্বাইদগী হেন্না 'সন্মান তৌজনিংই, ঐখোয়গী

ইরক্তা পুশনজনিংই। মহাক্না ঈশ্বরবু থম্মোইদা ফাওরকপা মতমদা অস্নুম্না থল্লি—ঈশ্বরনা মাবু তাইবংপালবু মুংশিন্নু হায়না য়াথং পীরি। কবিনা শকলকই—

শিজনিংদে ঐদি ফজরবা তাইবংপালদা
হিংজনিংই ঐদি মীওইনা মীরক্তা

অমুকস্মু হায়রকই—থম্মোইবু মুংশিবগীদমক নত্রবদি করিগী নংনা নিলহল্লি ঈশৈনা অয়ূক্কী অতিয়াবু। করিগী ওকলবা থরান-মিচাকনা অতিয়াদা থোক্লিবা, ... ... ...

অসিগুম্বা মী অথোইবা রবীন্দ্রনাথকী মপালগী শক্তমবু থঙবনা মশক থঙবা ঙমদে, মম্নুংগী শক্তমবুস্মু লাম্বদা ফংবা ন্নায়। মম্নুং মপাল তূনা থঙবনা কবিগী মফমদা অচুম্বা সন্মান উৎপা তাবনি। কবি মশামক্না হায়খি—নংনা করিগুম্ব' কবিবু তশেংনা শক থঙগে নীংলবদি নহাক্না মহাক্কী পুন্সি ইতিহাসকী ন্নাংমা লান্না য়েংবা তাই ... ... ...

রবীন্দ্রনাথপু মশক থঙনবা হোৎনবা অরায়বা থবক নত্তে। মহাক্কী মশক মানুনবা ন্নাহৈগী তুলিনা য়েকপা মথৈদি ঙম্বা য়ায়; অত্তবু মহাকপু ফোংদোকপদি শাংলবা স'ধনা অমগী মথৌনি।

থ্বায়দগী নুঙাইবা অমনা অসিগুম্বা অঙকপা মী রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, ঐথোয়গুম্না মীগী মরক্তা পোকলকই. ঐথোয়গুম্না অরা-নুঙাই, অচুম-অরানগী য়ুমফমদা চাউরকই। মহাক্কী "জীবন স্মৃতি" পারগা ঐথোয়দা অপেনবা অমা পী। মীওইবনা কনাগুম্বা অমগী মিংচৎকী তালিকা অস্নুম পাবদগী করিগুম্বা মতাং অমদা অশোনবা

নম্ৰগা অশোয়বা মকম অমা থেংনবদা মুংঙাইবা অমা পোকই; মত্তু মাবু কল্লক পেন্দুনা তৌবা নত্তে—মাগীমু ঐ:খোয়গুম্না অশোনবা মতাং য়াউরি খল্লুবদা ঐখোয়দা নকশিল্লক্লবোই নীংই।

রবীন্দ্রনাথনা পোকখিবা শাগৈ ঠাকুর পরিবার অসি শান্দিল্য গোত্রগী রাঢ়ীশ্রেণীগী শেংলবা ব্রাহ্মণনি। পরিবার অসিনা নিপাল-শুবা শতাব্দীদা কনৌজদগী লাক্লুনা গঙ্গাগী য়েৎ থংবা নাকলদা লৈবা রাঢ়দা খুন্দাখি। তরেংশুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদা পঞ্চানন কৌবা মবুধৌ পুরেন অমগী হাকতক্তা যশোহর থাদোক্লুনা গোবিন্দপুরদা য়ুম হোংখি। মতম অমুরাইদা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীগা মরী লৈবা হৌনরক্লুনা লন-থুমদা অমদি মতিক মগুণদা শাগৈ অসি চাউখৎপা হৌরকই। শাগৈ অসিগী ইনাক খুল্লবা নীলমণিনা ১৭৮৯ দা চিৎপুরদা জোড়াসাঁকো হায়না খঙনরিবা চাউরবা য়ুম অসি শাখিবনি। শাগৈ অসিগী মিংচৎকী অমদি চাউখৎপগী অয়োবী থাক্ অসি নীলমণিগী মশুনূপা দ্বারকানাথ ঠাকুরগী হাকতক্তা উবা ফংই। মহাক্কী মতিক মঙাল, পুকচেল চাউবা অমদি চাদিং তৌবদা হাল্লেংদবা অসিনা মরম ওইদুনা মহাকপু 'প্রিন্স দ্বারকানাথ' হায়না খঙনখি। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, প্রিন্স দ্বারকানাথকী মশু মুপানি। মথংদা মহর্ষি দেবেন্দ্রনাথকুম্না ঋষিবু মপাবুং ওইনা ফংজখি। অসিগুম্ব' মগুণ চেল্লবা মপা মপু অমদি মচিন মনাওশিংগী মরক্তা চাউরকপনা মতুংদা ওইরক্কদৌবা মানবধর্ম্মী অমসুং দার্শনিক রবীন্দ্রনাথকী মরম হুনখি। মসিগী মথক্তা পীথোরকপা কবিগী মগুণগা লোয়ননা রবীন্দ্রনাথ পোকলকই।

রবীন্দ্রনাথ ১৮৬১ গী মে থাগী তাং ৭ তা জোড়াসাঁকোদা পোকখি অমসুং ১৯৪১ দা নোঙ্গাখি। মহাক অসি মচিন মনাও তরামঙাগী মসুংদা তরামরি শুবা অঙাংনি। হায়নবা রারী অমা লৈ মতুদি মচিন মনাও ময়ামদগী রবীন্দ্রনাথনা কুচু থরা লৈশিল্লি। ঠাকুর পরিবারগী মী অয়াম্বা কুচু য়াম্না পাল্লী। রবীন্দ্রনাথনা পিক্লিঙৈদা মচে অহল সৌদামিণীনা ইরুজবা মতমদা হায়খি,— "ঐখোয় রবিদি কুচুদবু পান্দে হান্নবনি তাইবংপাল ঙালহন-দৌরীবনি।" মচীন্দবু লাই তোংবরা?

রবীন্দ্রনাথনা ইজবা "জীবনস্মৃতি" হায়বা নীংশিং লাইরিক্তা মাগী পিক্লিঙৈগী পুন্সিগী মওং অমা লাকশিনবা ঙম্মী। মখোয়গী ইমুং অদো মপালথোংদগী উবদদি বিদেশী ওইবা চৎনবী কয়া পুশল্লবোই নিংই অতুবু মসুংদদি মশাগী ওইবা হৌন লৌচৎ থাদোক-লমদে। অকে অমৌগী অয়োৰী থাক য়োনা মবুধৌ দ্বারকানাথনা পুখৎলম্লবসু অঙাংশিংগী চায়োক নাওয়োকতা মতুগী মমি ঙাহন্দে। অঙাংবু থক কৈদৌঙুংদা কেথোকহন্দুনা মাঙহন্দে। "জীবনস্মৃতি"গী মতাং অমদা রবীন্দ্রনাথনা অসুম্না হায়—চাবা থকপদা কেথোকপা খঙলক্তে, শেৎনবগী ফি অসুকী মতিক য়ামলমদে মতুগী মশীং থারুরবদি হৌজিক কালগী অঙাংশিংনদি ইজ্জৎ মাঙবা য়াবনি হায়না সুংশা ঙীগনি…… ..

পীক্লিঙৈদা মমা মপাগা য়াম্না নক্না তোৎনবা ফংলক্তে। য়ুমগী মনাই মশনগী শাসনগী মখাদা চাউরকই। নোংমা মখোয়গী মীনাই শ্যামনা মশা কোমথোক্লিংবদগী অঙাং রবীন্দ্রনাথপু খোড়ীনা

লৈমাইদা লৈই চিংহুনা মমুংদা লেপহল্লগা হায়, “মসিগী রাংমা লানবা য়ানদে। খোড়িগী রাংমা লাল্লবদি খুদোংথীবা লৈ।” অর্থাৎ রবীন্দ্রনাথনা সীতা লক্ষ্মণগী লৈই লাল্লুবদগী খুদোংথীবা থোকখিববু নীংশিংহুনা রানা থাওখি। মপালগী তাইবংপালবু উবা ফংবা খোংনাও মচা অমত্তুংদি কংজরম্মী মহুগী মপাদা লেপচংরগা মপালগী তাইবংবু য়েংহুনা মতম কয়া লেনখিবা, মতম অহুগী রাবু নীংশিংহুনা কবিতা কয়া মতুংগী পুন্সিদা ইখি।

ময়াম্বশিংনা স্কুল কাবা উবদগী রবীন্দ্রনাথসু কপহুনা স্কুল কাখি। অহুবু মতম অহুগী স্কুলশিং অদো মানা কৈগুম শগুগী মত্তৌগুম হৈনরমদে। মহাক্না মতুংগী পুন্সিদা থাজখি মহুদি মহৈগী শগু লিংখৎপদি প্রকৃতিগী তম্পাক্তা লিংখৎকদবনি। থরায়বু অফা অপুনবা লৈতনা থাদোক্কনা মহৈ তমগদবনি। মসিগী রাক্কম অসিবু মরু ওইনা পুশিল্লক্কনা মাগী শান্তিনিকেতনদা অনৌবা মওংগী শিন্দমশগু লিংখৎখি।

অহল লম্মনগী মরুম থুপ্না অশুম লৈরম্বদগী মপা ইবুঙোগা লোয়ননা হিমালয়গী লমদম কয়া কোয়রুবদগী কবিগী পুন্সিদা অনৌবা য়াওন অমা উবা ফংই। মতম অদো মহাক চহী ১২ তা মশায়রি। হিমালয়গী পাক চাউরবা মহৌশাগী শকফমবু উরুরবা তুংগা থগহৌদনা কবিগী পুক্নিংদা ফাউখি—মহাক মপুং ফারে, অমুক অপুন লাংনা পুনদরে। মসিগী তুংদা অমুক হন্না রবীন্দ্রনাথনা চেকপলনা কোয়শিনবা স্কুল কাও হায়বা য়াখিদে।

রবীন্দ্রনাথকী কবিতা, ‘কবি কাহিনী’ মানা চহী ১২ শুবা মতমদা অহানবা ওইনা ফোঙলবসু, মানা শৈরেং ইবা হৌবা অসি

চহী ৭ তা ঙায়রিঙৈদগী হৌরকই। কবিতা ইবদা মাগী ইমুং মচুং অমদি শাগৈ-নাতৈনস্থু মাবু য়াম্না থৌগৎপিরম্মী। মতম অসিবু নীংশিংহুনা মানা হায়—শজী মচানা অহানবা মচী হৌগৎলকপদা অফং অকংবদা ৱাইবগুম ঐস্থু ঐগী অনৌবা কাব্যগী ইথিলনা উৎপাত তৌবা হৌথি।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ময়াম্বা য়াইমা সত্যেন্দ্রনাথ ঠাকুর ভারতকী অহানবা সিভিলিয়াননি। ময়াম্বা অসিনা আহমেদাবাদতা জজ্ ওইরিঙৈদা মনাওবু পুহনা মতম খরা থমখি। ৱাখলদি মপালগী ইরাং খরা তম্বীরগা বিলাত থাহুনা মহৈ তমহনগে অসিনি। মতম অহুদা মাগী মতৈমা জ্ঞানদানন্দিনী অমস্তুং অঙাংশিং লোইনা বিলাততা লৈখি। বাদশাহগী মতমগী চাউরবা অমনবা দলাল অমদা জজ্গী য়ুম ওইরম্মী। রবীন্দ্রনাথনা মতম অয়াম্বদা মতোমতা দলালগী মতুংদা লেপ্পী, উথি—ৱাংলবা চেকপলদা সাবরমতী তুরেলনা ওহাক ঙাথু থেংথুরম্মগা লৈঙোই লমদা ফাওহুনা চেনখি। অচিকপা ৱাঙাঙদবা দলাঙ্গী থোঙ্গেলনা কবিগী পূক্লিংদা ইহুল ইথক কয়া হৌহনখি। মহাক্কী ফাওরবা 'ক্ষুদিত পাষাণ' হায়বা ৱারীমচা অসি শাহিদবাগকী লিরবা দলাল অসিদা পোকখিবা ৱাখলবু ইবনি হায়না থাজনৈ। মতম অসিদা বোম্বাইগী পাণ্ডুরঙগী ঈমুংদা ময়াম্বনা রবীন্দ্রনাথপু মতম খরা অমুক লৈহনখি। পাণ্ডুরঙগী ইমুং অসি নোংচুপলোমদগী হৌনলোনচৎ চপ চানা খঙবা ইমুং ওইরম্মী। রবীন্দ্রনাথপু তম্বীবগী ভার অসি ইমুং অহুগী নিঙোল আন্নংনা লৌরে। রবীন্দ্রনাথনা মাবু "নলিনী" হায়না মমিং থোনখি। নলিনী হায়বা মিং অসি কবিগী পূক্লিংনা খ্বায়দগী পামজবা মিংনি

হায়না থাজনৈ। মতম অসিদা নহা ওইরিবা রবীন্দ্রনাথনা ইশৈ কয়া শকখি অদুগা নলিনীনা থরায় য়াওনা তায়। নলিনীনা থাগৎলি, কবিগী খমোইদা ইথক হোৎহনখি। মতুংগী পুন্সিদা কবিনা নলিনী হায়বা মিংলেন অসি শিজিন্নদুনা শৈরেং কয়া ইখি। নোংমা নলিনীনা রবীন্দ্রনাথতা হায়---নংদি নশক য়াম্না ফজে হয়েং নকোই খাক্নমুকো। অদুবু ওন্থোকপনি, হায়বা ইন্দ্রবা রবীন্দ্রনাথকী মাইথোংদো নলিনীনা পুন্সিদা উবা ফংখিদে। ওন্নোনা নলিনী তাইবংপান্দ থাদোকখি। নলিনীগী নীংশিং চৈনাথোলবু রবীনান্দ্রথনা পুন্সিচুপ্পা খাওখিবরা হায়নসু চিংনৈ।

খৃষ্টাব্দ ১৮৭৯ দা রবীন্দ্রনাথ বিলাততা চৎতুনা মহৈ তমলে। ঈশৈ পামলবা রবীন্দ্রনাথনা মতম অসিদা পাশ্চাত্য সঙ্গীতকা শকখঙ-মাইখঙনবা হৌরকলে। মহাক্কী সুরগী ঈপাক্তা অনৌবা পাশ্চাত্য সঙ্গীতকী ঈনোৎ হাপখি। মাগী 'বাল্মীকি প্রতিভা' হায়বা নাটক অসিদা মরু ওইনা পাশ্চাত্য সঙ্গীতকী জ্ঞান অসি শীজিন্নখি। কবিগী পুন্সিদা সাহিত্য অমদি ঈশৈগী ঈফুৎপু তত্তুনা শিন্থখিবদি মাগী ময়াম্বা জ্যোতিরিন্দ্রনাথ অমসুং কাদম্বরী অনি অসিগী মপালদগীনি। মানা ময়াম্বা অমসুং মতৈমগী মফমদা পুন্সি অসিমগী লমন তোল্লে হায়না মাগী "জীবনস্মৃতি"দা শেংনা ইদুনা থম্মী। মগুণ চেল্লবা ময়াম্বা জ্যোতিদাদানা পিয়ানোদা সুর কয়া পাল্লি- মনাউবু ঈশৈ লেংহল্লি। রবীন্দ্রনাথপু অঙাংনি হায়দুনা মীরায়বা তৌদনা তাথোক তাশিন তৌবীদনা রবীন্দ্রনাথনা সুরগী অতিয়াদা ময়েক্কী মশা পান্দুনা পাইবা ওমখি। মহৌশানা মখোয়গী ইমুং অসি ঈশৈ নোংমাই পাম্বা ইমুংনি— অদুগী মথক্তা

ময়াম্বা জ্যোতিদাদানা উৎসাহ পীবনা 'গানের রাজা' ঈশৈগী নিংথৌ হায়না ময়াম্মা কৌবিখি। করিগুম্বা মতমদা ঈশৈ পাম্বা কবিনা হায়—ঐবু কবিনি হায়না সম্মান পীবিবগী মহুত্তা 'গানের রাজা' হায়না কৌবিবনা হেন্না পামজৈ। অমুকন্সু হায়—ঐগী ঈশৈদি লৌবুক্তা লমহাংদা শকহৌগনি, নিলহৌগনি।

রবীন্দ্রনাথকী পুন্সিদি শাংলবা সাহিত্যগী ইতিহাসনি। করিবু লংথোকলগা করিবু থুনগৎতুনা পনগনি? পূক্লিংনা পাম্বা নত্রগা থমোইদা পানবা মতাং থরা পনবা তাবনি।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরদি কবিদা নত্তে দার্শনিকনি। কবিনা নোংমা জ্যোতিরিন্দ্রনাথ অমসুং কাদম্বরী দেবীগা লৈমিন্নরিবৈদা ওন্থোকপা মঙাল অমা থমোইদা ফাওখ। পুন্সিদা অঙকপা থৌদোকনি। অযুক অত্ত কবিনা বারান্দাদা লেপতুনা কুমিৎ থোরকপা য়েংলম্মী। খঙহৌদনা পূক্লিংদা চাউরবা মঙাল অমা ফাওখি। মীকুপ অমগী মনুংদা য়ুখল পুম্বা হ'ইদোকখিত্তনা তাইবংপাল অমা উবা ফংখি। কবিন' হায়—ঐগী থমোইদা মরোল নাইনা কুপলিবা অরাবগী য়ুখল অমা লৈরম্বা অদো মীকুপকী মনুংদা ফাওদোক্তনা ঐগী লকাকুংদা তাইবংগী মঙালনা শীনবা থুংনা শীনখি। কুমিৎ অত্তমক্তদা মাগী "নির্ঝরের স্বপ্ন ভঙ্গ" হায়বা শৈরেং অত্ত ইকুৎ অত্তদগী ঈচেল ওইনা শিন্থখি।

চহী ২১ শুরকপা মতমদা রবীন্দ্রনাথনা মৃনালিণী দেবীগা লুহোংত্তনা মচা মঙা পোকপা ফাওবা লৈমিন্নরম্মী। অসিগী তুংদা অরাবা। মাগী নূপী কায়নবা, মচা কায়নবা পুন্নমক অসিনা মরম ওইত্তনা রবীন্দ্রনাথনা অশি-অনাগী চৈনাথোল খাঙবা তাখি।

থক হায়নিংদে উখ্রুল য়ৌয়গা নোকপা ঙাক্কনি। তাংখুলদি অয়াবা খঙদে, য়ায়বস্মু নোক্কবা হৈতে। তাংখুলগী লম য়োরবদি ঐখোয়স্মু নোক্কবা ঙমদে।

উখ্রুল য়ৌবদা অপিকপা সংসার অমা হোই। মসিনা পোষ্ট ওফিস, মসিনা কো: ওপরেটিভ সোসাইটি, এস: ডি: ও:গী বাংলো, থানা, আসাম রাইফলস, মৈতৈগী দুকান লোইনা উবা ফংই। সরকারগী য়ুম শঙ পুন্নমক লোইনা খঙই⋯ খঙদবা লৈতে। খঙবদা কাম্নদবা য়ুম লৈতে; লোইনা খঙই লোইনা উই। অঙাং মচা অমা ডাকঘর চৎলুচো, ডাক্তর চৎলুচো হায়বদা লোইনা খঙই। ডাক্তরস্মু মশক খঙই। লোইনা খঙনৈ। পি: ডবলিয়ু: ডি:গী কেরানী কৈদৌঙৈ ইম্ফাল চৎকদগে ফাওবা খঙই। অমগা অমগা লোইনা শক খঙনৈ। উনবদা চাক চারবরা? কোয়গেরা? নত্রগা কাগেরা কুমগেরা হংনদবা য়াদে। তাঙখুল লোম্দা হায়বদি ফাজাইরা? য়াওথুইকিরা? কাকিরা? তাওকিরা? থা অমুক লৈরগদি ঐখোয়স্মু থুমই য়াওথুইকে! কাকে তাওকে। চাক চাবগা কোয়বগা অনি অসিনা খ্বাইদগী মরু ওইবা থবকনি।

উখ্রুলদদি কদাইদা চৎপনো হংবস্মু য়াওই; মাওদদি কোয়-গেরাদগী হেন্দে। নৌরিঙৈদা মুমিৎ ৭। ৮ নিদংদি মী খঙনদবগী খরা রারমই। খরা লৈরগদি অমস্মু খঙন অমস্মু খঙলক মুংঙাইরকই। অপিকপা লমনিনা অমগা অমগা মরীস্মু ইথোক থোক্করমই। রারী শাবা মুংঙাইরকলে। অহুমক্তদা থা ৬। ৭ লৈরগা নোংমদি হেড ক্লার্ক হায়বা অমদি ভাব তাত্রে। ময়াম পুন্নমক 'হেড ক্লার্ক হেড ক্লার্ক' হায়দুনা অহুম ঙাঙনৈ। ঐদি হেড ক্লার্ক খঙনত্রবস্মু

কন্নি ভৌগনি হায়ত্না থওইহৌদে। মমৈদদি হেড ক্লার্ক অসি অচৌবা মরু ওইবা থগুদবা য়াদবা অমা ওইশিল্লক্রে। হেড ক্লার্ক থগুদবসি ঐ ইথন্তা ঙাইরমলে। ঐ ইকাইরকলে। হৌজিক্তা হংগ-দবস্থ সুংঙাইত্রে। ঐগী থগুদবা উৎথোক্তনা ইথন্তা থিজত্না নোংমদি হেড ক্লার্ক মশক থগুলে। মশক মতৌ ফজরবা তপ্পবা এস: ডি: ও: অফিসকী হেড ক্লার্ক ওইরমলে। মহাক্কী মপানা উখ্রুলদা থন্নাইদগী ইহান হানবা খৃষ্টান ওনবনি। হৌজিকস্থ য়াম্না কন্নি। থবক কন্নি। অতুমক্তদা হেড ক্লার্ককী মশাগী মিংদি থগুলকত্রে। উখ লদা লৈরিঙৈদদি মত্থ থগুবস্থ কান্নরমদে।

মী পুম্নমক অমগা অমগা লোইনা থগুনৈ। থগুবদা কান্নদবা অরেম্বা মী লৈতে। উখ লমক চাউরবা ইমুং অমনি। য়ুমদা লৈবস্থ চৎথোকপস্থ চাউরবা ইমুং অমগী মপুংদনি। করিগুম্বদা তনবস্থ লৈ। ইম্ফালদা থগুনদবা পোকপদগী শক থগুনাম্রবা মীয়ামগী মরক্তা চৎপগী সুংঙাংবত্থ নিংশিংলকই। করি করিগুম্বদা মীয়ামগী খোন্নাংবস্থ লাকই, খাঙবা ঙমদে। উখ লনা ঐবু জেলগুম্না ফাত্থনা থমই। উখ লগী দোষ নত্তে মণিপুরগী চাওখৎত-বগীনি। লম্বা থোং ফৎতবগীনি। উখ লগা ইম্ফালগদি চুম্না চৎলবদি মাইল ২০ ওইগদ্রা; অদুবু চৎপদদি নোংমা চগুই। উখ লদা থৎক্কী চৎতবা য়াদদনা চৎলিঙৈদদি, উখ ল কদোমদা লৈবগে হায়বা ফাওবা থগুলমদে। উখ লদগী ইম্ফাল চৎপস্থ চৎতবা য়াদত্থনা চৎপা ঙাক্তনি। ঠিকাদার ঙাক্তনি। দুকান্দার ঙাক্তনি।

লম্বী থোং ফরম্নবদি উখ লদি য়াম্না ফজরবা সহর অমা ওই-

রমগনি। মী মথল মথল লৈরমগনি। লম্বী থোং ফত্তবদগী ব্রিজার্বদ এব্রিয়াগুম্না পৃথিবী পুম্নমক্তগী তোঙাম্না লৈ। অপিকপা সংসার অমা ওইনা লৈ। উখল দ্বীপ অমনি। মণিপুরমকস্ু দ্বীপ অমনি। উখলনা মতুগী মন্থংদা লৈবা দ্বীপনি।

মীদি য়াম্না হৈশিংই। নহারোন অয়াম্বা কারবার তৌই; ঠিকা তৌই। নম্রগা অফিসতা অচৌ অচৌবা পায়গল্লি। অফিস-তস্ু কারবারদস্ু থবক পুম্নমক্তা য়াম্না হৈ-শিংই। থৌনা ফনা থবক তৌই। পৈশা য়াম্না তানশিল্লগা ঈংনা মুংঙাইনা পাম্লিংই। ষ্টৈন্দারড অক লিভিং পামই। ইম্ফালদগী উখল য়ৌরকপদা ইঙক ঙকপা মফম অমা লৈরমই—উখলদগী ইম্ফাল হেক য়ৌরকপদস্ু ইঙক ঙকপা তম্পাক অমা লৈরমই। উখলদগী ইম্ফাল য়ৌবদা ইম্ফাল য়ৌবগী মুংঙাইবা অতুগুম্না ইম্ফালদগী উখল হেক য়ৌবদস্ু উখল য়ৌবগী মুংঙাই। তাংখুলগী মাইথোংদা অরাবা য়াওদে।

উখলগী তুকান্দা ময়াম তিন্নফম উন্নফম ওই। ইথম্তা লৈবগী হেক হেক রারকলবা মতমদা তুকান চংলি। তুকান্দা ময়াম ফমতুনা রারী শাই। রারী লৈত্রবদি তুকান্দা য়োল্লিবা পোংশিং অতুগী মরমদা শাই। 'মেদ ইন ইণ্ডিয়া' হায়রবদি পোং অতু থাজনদে; 'মেদ ইন ইউ এস এ' হায়রবদি য়াই। কলিকতাদা শাবা মেদ ইন ইউঃ এসঃ এঃ ওইরবস্ু য়াই। উখলগী তুকান্দা কুইনা ফমলবদি তাংখুলগী তিন অয়েবী উরক্কনি। চুম্নগী কেরোশিন তিন্দা থরা য়াম্না চন্নবা ফুদোক্নবদগী অস্নুম চংনখিত্নুনা তিন অসি হৌজিক্তি য়াম্না চাউখোক্লে। থুমুককুম্না পোল্লে; কোইরল কোয়রে। চুম্নগী

তিন অমগা মথাইরোমদি কজনা চল্লে । খরা থাপ্পা লমদশী চেং আলু-নচিংবা য়োল্লুবদা তুকান্দারশিংনা তিন অসি পুথোকই । মী পূম্নমক খঙনরকপদগী হৌজিক্তি কয়া কান্নব্রে । সুপী অমদা ঐনা আলু তিন্দা কয়া পী হংবদা খুমলকই অয়েবীদনা তরুক মথাই, য়েদবীদা মঙা । অতুমকপু তিন য়েথোকপদা অহৈবা হৈতবা খরসু লৈরি । তিন্দা পোং ওল্লিমখৈ 'তিন অয়েবী, য়েদবী' অনি অসিদি খরা লৈখিগদৌরি । ইস্কাল য়োনা চৎতুনা য়েথোকউবা তিন লৈ। মৈতৈগা তাংখুলগা অমত্তনি সের পাল্লা পামদে, অহৈ অহৈবনা খরা য়াম্না লৌনবা চৎনৈ ।

নোংমা সুপী অমনা ঙা খরা পুরকই । মমল য়ানদতুনা চৎখরে । ঐসু চল্লকখিগনিদ' শিকি অমত্তং চিংনবদবু হায়তুনা লৈরমই । হায়রিঙৈদা ঙাইহাক চৎথোকলুরগা তৌজরো তৌজরো হায়তুনা পুরকই । খরা ওইজৈ হায়তুনা সু'ঙাইনা লৈহৌই । সুপী অতু চৎখরগদি খঙলকই ঙা অমা ব্রাংলমই । মুপা অমদা মখায়দা য়োল্লমই । হৈ-শিংবতনা লাকচৈ । মীবু পঙই হায়তুনা লৈথোক-উবা ঐতনা পঙবা ওইরমলে । থৌজান হৈবা ঈশ্বরনা মী পূম্নমকপু পঙহন্দে । মহাক্কী থৌজাল্লি সুমিংকী মঙানগুম্না মকম পূম্নমক লোইনা য়োই

চীংদা চৎলগা হনৌ নৌনা খঙলকই মকম খুদিংমক্তা ওইজবা পামদবা মী লৈতে । ইস্কালদদি য়াম্না হেন্না উই । মী য়াম্বগীনি থবক য়াম্বগীনি । কারবার তৌবা মকমদা, ঠিকা সপ্লাই তৌবা মকমদা কো-ওপরেটিব লৈবা মকমদা অফিস থানা লৈবা মকমদা মী পূম্নমক জাং অমত্তনি ; চীং-তম লৈতে । থায়জনিংবা খরতনা

পুন্নমক অসিদগী খ্বাইদগী থমোই শোকপদি মাগী সাহিত্যগী ঈপাক্তা তৎতনা ইনোৎ হাপলম্বী মাগী মতৈমা কাদম্বরী দেবীনা খঙহৌদনা শিখিবা অসিনি।

জাতিগী মনিং তম্বগী লানফমদা রবীন্দ্রনাথকী থৌদাং তরাইবা নত্তে। মহাক্না মহাক্কী কবিতানা, সাহিত্যনা, রচনা কয়া কয়ানা খুৎলাই ওইহনা মনিং তম্বগী লানফমদা কল্লবা লাম্মী অমা ওইনা লেপখি। জাতীয় সঙ্গীত "জন গন মন" রবীন্দ্রনাথনা ১৯১২ দা লেংখি। মতম অসুম্বাইদা মানা মমৌ মুপী প্রতিমা দেবীগা লোয়ননা ইউরোপ যাত্রা তৌবা মতমদা "গীতাঞ্জলি"গী কবিতা খরা লোয়নরম্মী। চহী অসিমক্তদা ইংরাজী গীতাঞ্জলি বিলাততা ফোংলে। ১৯১৩ দা ভারততা হল্লকলবা তুংদা চহী অসিমক্তদা সাহিত্যদা "নোবেল প্রাইজ" ফংবগী পাউ ফংখি।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর মহাত্মা গান্ধীগী অচেৎপা অমম্বুং থাজবা মরূপনি। মহাক্কী রাজনীতিগী রাখল কয়ামুক চেৎলমবগে হায়বহু ঐখোয়না খুদম অসিতনম্বু তশেংনা খঙবা ঙম্মী। মহাত্মা গান্ধীনা মহাকপু "দি গ্রেট সেন্টিনেল" হায়না মিংথোল পীখি। থাঙ্গৈশেং-বমক মহাক ভারতকী রাজনীতিগী রাখলগী থোঙশঙবনি। অতুঙৈ অমৃতসরদা বৃটিশ গভর্ণমেন্টকী সিফাইনা জালিয়ানওয়ালাবাগতা শান্তিপূর্ণ ওইনা তিনজবা ভারতকী মীয়ামদা নোংমৈ কাপখিবা অত্তগুম্বা মীসুংশি হৈতবা থৌদোক্তা কবিগী থম্মায় শোকখি। রবীন্দ্রনাথনা ১৯১৯ গী মে তাং ৩০ গী নোংঙালমদাইদা ভারতকী বড়লাটকী মফমদা তমথিবা মীহাৎ অসিবু অকনবা প্রতিবাদ তৌহনা চিঠি অমা ইখি। চিঠি অসি থাখিবা মতমদা কনাদম্বু

থঙহনখিদে। চিঠি অতুদা—ঐহাক ময়ামগী মরক্তা য়াওহনা অরাবা থাঙবনা চুমলে থল্লতুনা বৃটিশ সরকারনা পীবিখিবা নাইটহুড থাদোকলে অস্তুম্না ইরম্মী। চিঠি অসি রবীন্দ্রনাথকী দেশপ্রেমগী ময়েক লাল্লবা খুদমনি।

মানবধর্ম্মী রবীন্দ্রনাথনা মাগী তোপ তোপ্পা ধর্ম্মগী লম্বী অমা পুখোকখি। মহাক্কী ধর্ম্মদি স্নুরগী ইপোম, তাম্বাগী ঈথক অমস্তুং উৎসবকী কজবনা ফিজোল ওইরবা ধর্ম্মনি। মতুগী মথক্তা চৎনবীগী য়ুমফমদা আন্তর্জাতিক ওইনা হিংনবা থনম্মী।

বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথনা সাহিত্যগী অতিয়াদা মপুং ফানা ঙাল্লম লগা অহল ওইরবা মতমদা তপ্না তপ্না মাঙখি। কবিগী পুন্সিদা শিন্নমদাইগী তেল্লবা মতম ফাওবদা সাহিত্যগী খুদোল লানথোকপা লেপলমদে। ১৯৪১ গী এপ্রিলগী তাং ১৪ দা কবিগী অরোইবা জন্মতিথি শান্তিনিকেতনদা পাঙথোকখি। ডাঃ বিধানচন্দ্রনচিংবা ডাক্তর ময়ামগী মরাহৈদগী অহল ওইরবা রবীন্দ্রনাথপু অপরেসনগীদমক শান্তিনিকেতনদগী কলিকাত্তাদা পুখি। কবিনা থঙবগুম তোই মসিনা অরোইবা খোঙচৎনি। অতুবু কবি অমা ওইনা 'অশিববু' যজনা কোনশল্লি হায়রম্মী মমোদা—অহল ওইরবা উপালদি লৈ অমস্তুং ঊনা কেন্দুনা তপ্না তপ্না কংশিল্লি, ঐস্নু নোংমা কংলগনি........অস্তুম্না কবিগী পুন্সি লৈরাং মালেমদা চোইজাইননা বেল্লমদাইদা মাগী স্নুংশিরবা শান্তিনিকেতনবু অমুক্তং অরোইবা মিংয়েংনা য়েংলম্মী। জুলাইগী তাং ৩০ দা কবিবু থাং থারে। অহল ওইরবা কবিনা চৈনাখোল অতুদগী অমুক হন্না কনথৎলকপা ঙমখিদে। আগষ্টকী তাং ৭ শগোলশেন সুমিত্তা লংলবা

হুমিং অমা মমশিনখি। নিল্লকলে কবিনা অয়োইবা হুমিত্তা শকপিয়ু হায়না ইরম্বা কবিতানা ঈশৈ ওইনা—

"মাংদা শান্তিগী ঈপাক
থাদরো হি, হে হিনাউশাবা… …।"

## শম্নপ্পা নৈনবা

নীংখিজনা ইরবা বারেং অসিদা "মচু লাংলবা ঈশৈগী লাংলবা পুস্তক" ওইখ্রবা বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী পুস্তিগী শকলোন কয়াবু পুথোকলি। অসিগুম্বা পুস্তি অ'িবু চপচানা থডগে হায়রবদি কবিগী বাহৈ মতুং ইন্না মথাক্কী পুস্তি ইতিহাসকী বাংমা লাম্না য়েংবা তাই। অসিমকপু কবিগী অঙাংওইরিঙৈদগী হৌনা অয়োইবা পুস্তি ফাওবগী শম্নপ্পা মথক অমদি নৈনরি। কবিগী ঈশৈবু মুংশিবা, স্বদেশ প্রেম, রাজনীতিগী বাখল অমসুং মানব ধর্ম্মীনা মপূং ওইবা কবিগী দর্শনবু লেখিকা অসিনা নৈনরি। পুম্নমক অসিগী মথংদা নোংমগী অয়ুক্তা বারান্দাদা লেপ্তুনা নৈরিঙৈদা হুমিং থোরকপদা পুক্লিংদা ফাওবা চাঙরবা মঙাল অসি পনবা য়াই—মসিনা রবীন্দ্রনাথপু পোকপদগী ওইরকপা কবিনি হায়বা তাকপনি। অমুকসু জালিয়ানওয়ালাবাগকী ব্রিটিশ লান্মীনা থুৎলায় পায়ব্রবা ভারতবাসী-শিংবু কাপ্তুনা হাৎপগী মতাংদা "নাইটহুড" থাদোকপা কবিগী স্বদেশ প্রেমগী অযৌবা খুদম অমনি। তশেংবমক "স্বরগী ইপোম, জাম্বাগী ঈথক অমসুং উৎসবকী ফজবনা ফিজোল ওইরবা" রবীন্দ্রনাথকী ধর্ম্মনি।

---

# চৌংদা মান্দা

## লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ

খৃঃ ১৯২৫ দা মাইকুলদা পোকই। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী নহারোল কবিশিংগী মপুংদা শীংখানবা মাবা অমা ওইনা মহাক্না মীংচৎ লৈখি। চহি কয়াগী মমাংদা ফোংখিবা মহাক্না শৈরেং মচা—"লৈ লাংবা" হায়বা অমনা মহাক্না তোপ তোপ্পা কাব্যগী প্রতিভাবু মশক তাকপা হৌখি। পুন্সিগী থুম্নবা মশক কয়াবু সুংশিনা অমমুং শুংঙাইনা মশক য়েকপদা মহাক্না থাগৎনীংঙাই ওইবা শক্তি লৈ। মায়েং মচা ইবদসু মণিপুরী সাহিত্যদা শকখঙনরি। হৌজিক ফাওবদা অকোঙবা লাইরিক্কি—শৈরেং মচা খরগী খোমজিনবা "মা অমত্তা হায়গে তেলঙ্গা" হায়বসিনি।

উখ্রুলদগী ইম্ফাল চৎপা ইম্ফালদগী উখ্রুল চৎপা অরেম্বা খোঙচৎ থক ওইদে। ফন য়ামনা চৎলে অতনবা পোক্কে হন্না হন্না উরবা দৃশ্য য়েংনিংদবা লৈতে। ফন য়ামনা শাথিবা লম্বীনি অতুবু সুংঙাইবনা হেল্লি। নোংজু পাম্বাদা ওলদ রোড চৎলবদি লাইফ ইন্স্যুর তৌদবা ফত্তে। অতুগী মথক্তা ঐদি লম্বী স্লিপ তাবা থঙদে গাড়ী বেরা তৌবা থঙদে হায়তুনা নোংমা নিনিগী চানবা পুদনা থক চৎতে। কম্বল অমসু বরাবর পুই। ইতত্তুনা কাম্নবা লাকই। হায়হৈদবা য়াই, করিগুম্বা এক্সিদেন্ট থোকখ্রবসু হায়তুনা ঐগী ত্রঙ্ক-বেগনচিংবদা মিং ঠিকানা ফজ ফজনা থাই। ঐগী ফোঙদ্রিবা কবিতা য়াওথি; মাতুগীদমক সুংশা থিজে। অতুন্নদি ওইরগা চৎপদদি ওনথোক্না সুংঙাইখরে। লম্বীদা লেকপসু য়াওদ্রে। কোক্তা ত্রঙ্ক পুতুনা চৌংগী লম্বীদা মাইল ৭। ৮ চৎপা য়াওখ্রে। লিতান্দগী উখ্রুল (মাইল ২৪) খোঙনা য়ৌবা য়াওখ্রে। অতুবু পূম্নমক অতু সুংঙাইতে

থায়জবনি চীং-তম অমত্তনি। থরা শিংবনা থরা পঙববু চাদবা লৈতে। অকনবনা অশোনববু তুহত্তবা লৈতে। চীং-তম অমত্তনি।

উখ্রুলদগী থরা থাপ্না লৈরবা মতমদা নিংশিংলকই—তাংখুল মুপী—হৌনবা খঙবদা মশক মত্তৌদা অরাবা খাঙবদা তাংখুল মুপীনি। অতিয়াগী থরানমিচাককুম্না শেংলবী তাংখুল মুপীনি। অরাবা খাঙবদদি তাংখুল মুপীগুম্বদি অমুক লৈররোই। মুপীনা লৌ উই, মুপীনা য়োংপাক্না য়ান্দুনা লৌ খোই। লৌ খোইবা হুনবা পেংবা লৌ লোকপা পূম্নমক মুপীগীনি। ফৌ হোনবা মতমদদি মুপা থোরকপা উই। উখ্রুলদা তাংখুল মচা ছাত্র অমগা ঐগা লৈমিম্নে। য়াম্না হৈ-শিংই। মাগী ময়াম্বস্থু উখ্রুল হায় স্কুলদা ক্লাস নাইন তমই। মখোইগী ময়াম্বা অহল্না যোরহাটতা তমই। মখোয় পুম্নমক অতুগী মচন অতুদি লাইব্রিক তমদে। করিগীনো হংবদা 'রি' না হায়—ঐখোয় পূম্নমক লাইব্রিক তম্বা ঙমলিবসি মহাকস্থু তমলবদি করমনা ঙমগনি? মহাক্না ইমাগনা লৌ উত্রবদি ঐখোয়দি করি চাগনি? করমনা লাইব্রিক তমগনি? মহাক্না রা ঙাঙনবা ঙমদে। নোংমা ময়াম্বা অহল অতু যোরহাটতগী থুংলৈ। মপা মচিন মনাও পূম্নমক মচন অতুস্থু য়াওনা ওকপা লাকই। ময়াম অতু পূনবদা থরাইগী মচন অতু কয়ামুক মুংঙাইরমগনি। মবুং অহন অতুনা তমলুরিবদি উখ্রুলদস্থু নত্তে ইম্ফালদস্থু নত্তে যোরহাটতনি। লংকৈদগী হল্লকপগী করিস্থু রাস্তে—বেডিং সউনগী সুট কেশ য়োংকী ত্রঙ্ক ঙাইহাক লাঙলগা থুনা য়ুম য়ৌনিংলক্নে। উখ্রুলদগী মাইল মরি চংকদবনি তপথবা কান্নদে; রারী শাবদি লম্বীদস্থু শাবা রাই হান্নদনা বেডিং ময়াম অতু মচন মুপী অতুগী মথক্তা মবুংশিং অতুনা

মথং মথং লোইনা থাঙ্গৎখ্রে। মপা মচিন মনাওশিং অতু য়ারী শাহ্নবা শাহ্নবা চৎখি। মচন অহনা খ্বাইদগী মাঙ থাই।

ইথক্তা শোন্দুনা লৈহৌই ঐনা। তাংখুল নুপী! তাংখুল নুপী!

### শাম্নপা নৈনবা

নীংথিজনা য়েক্লবা য়ারেংগী খুংয়েক (রম্যরচনা) অসিদা দ্বীপকী মথক ওইনা লৈরবা মণিপুরগী মসুংদা লৈরবা উখ্রুল দ্বীপকী "অশিকপা সংসার" গী অবা নুংঙাইগী অমসুং নুংশিরবা শকফম অমা পুথোরক্নি। "মায়থোংদা অবাবা য়াওরবা" তাংখুল জাতিগী নুংশিরবা অমসুং নুংঙাইরবা পুন্সীনা লেখকী পুম্নোমদা কাউত্রমদ্রব মাম তারে। "খরানিচাক্নুম্না শেংলবী তাংখুল নুপী" গী থবক লোম্বগী অমসুং ওইক্লবা থাদোকপগী মুন্তি অমদসু লেখক্না ভাক্ত কৎলি। অতুগা অাশংবনা অপঙবরু চংদবা লৈতে; অকনথনা অশোনবরু তুক্তবা লৈতে—চাংতম অমতান হায়বা লেখকী রাকম অসিমসু তাবদা নুংঙাইবদসু নত্তনা অচুম্বা অমনি। মাঙইবা হায়বা অসি জাতি অমত্তনি হায়বা শাব অতুগী ইঙ্গিং অতু য়ারেং অাসগী মতাং মতাংদা নীংথজনা উৎলি।

---

## ভারত চনুগী আদর্শ

### কুমারী থোইশ্নী দেবী

খৃঃ ১৯২০ তা য়াকেংবম লৈকাইদা থোইবী দেবী পোকই। মণিপুরগী শীংথানবা য়াববী লেখিকাশিংগী মনুংদা অমনি। রচনা অমসুং য়ারী কয়া-মুক্না নুপী ওইবাশিংগী ককররবা শকফম অমা পুথোক্লবা তত্তনা হোংনরক্নি।

মণিপুরগী সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনরি। অকোঙবা লাইব্রিকাশিংগী মনুংদা "মিরাবাঈ" অমসুং "কাম্বন্ ঈহৌ" অমসুং "রাধা" অমসুং "থ-শি-ঈ-চন" হায়বা মণিপুরী উপন্যাস অনি শীংথানবা য়াই। অসি নত্তবা লোখকা আসগী টেক্সবুক খরসু লৈরি।

ভারতবর্ষ হায়বা লৈবাক অসি এশিয়া মহাদেশকী মনুংদা লৈবা লিরবা লৈবাক অমনি। লৈবাক অসিগী সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিসু অরিবশিংগী মনুংদা অমনি। যুগ কয়াদগী হৌনা লৈবাক অসিগী মীশিংনা বিদ্যা মখল কয়া লৈনরক্তুনা জগৎপু জ্ঞানগী মঙাম্না ঙালহল্লক্লি। ভারত অসিমক জ্ঞান বিজ্ঞান কয়াগী হৌরক-ফম্নি—ত্যাগ, সাধনাগী যুমফমনি। ভারতকী বিদ্যা, সাধনা, ধৰ্ম্ম, শিক্ষা -দীক্ষা সতী ধৰ্ম্মগী মিংচৎ,—অঙকপনি ঙসি ফাওবা মুত্রি। ফাও-রবা মুনি ঋষি কয়ানা ভারতকী আদর্শ তাক্লি। ভারতচনু কয়ানসু মখোয়গী আদর্শ থনম্লি। ভারত চনুশিংদি মপুং ফারবা জ্ঞাম্না লৈতেংলবী মমা ওইবগী হুংশি-হৈবী পুকচেল্লা শল্লবী অমসুং মশাবু মুন্না মশক খঙজরবী ঙাক্তুনি।

শ্রীরামচন্দ্রনা লৈবাক ঙাকপা, প্রজাবু লুনা নীংবা, ধৰ্ম্ম ঙাকপা অসিনচিংবা মথৌদা পুক্নিংচঙবগী রারী পৃথিবী ইতিহাসতা অনি শুম্রবনি। শ্রীরামগী তাঞোই সীতাদেবীনা মহাকী সতীত্ব ধৰ্ম্মনা জগৎকী মুপী কাওলুপ্পু লমজিং পীবিরম্মি। সাবিত্রীনা শিরবা মপুরোইববু অমুক হন্না হিংগৎহনখিবা—ভারত নত্তনা অসিগুম্বা দৃশ্য অসি কনানা জগৎকী করম্বা মফমদা উথ্রবগে? করম্বা লৈবাকী 'সতী'না মপুরোইববু নিন্দা তৌবা তাবদা মথরায় থাবা ঙমখিবগে? মশা পুম্বা পুমথরহুনা নীংথায়গদৌরবা মপুরোইবদা

থৱাই হাপ্লা ঙমখিবসি বেহুলা নত্তনা করম্না লৈবাক্তা করম্না চন্নু পোকখিবগে ? দময়ন্তী, নীলা, চূড়ালা, রন্তিদেবী, দ্রৌপদী, চিন্তা, পূমনমক লৈমা নিংথৌকোন্দা শাৎচবী রাজকন্যা ঙাক্তনি ; অত্তবু মশানা য়ানা অগদি খঙনা লম্বীগী চাকনিবীগুম অরা-অনা কয়া খাঙখিবা, ৱারী অমদি লাইরিক্তা লেঙম্রবা প্রমাণ ওইরি। মপুরোইবা মমিৎ তাঙিঙ হায়তুনা গান্ধারীদেবীস্সু মমিত্তু ক্লিনা ফাজিন্দুনা মিৎ তাঙবী শাখি। অসিগুম্বী মপুরোইবগী অরা-মুংঙাই থোঙচৎ থুঁদংদা লোয়নন চংমিন্নরবী অমসুং ধর্ম্ম ক্ষেত্রদা থৱায় হকচাং লুপ্লবী ভারত চন্নু কয়া'মনি। কর্ম্ম ক্ষেত্ররোমদা য়েংলুরবস্সু শীংথাবদা মতিক চারবী ভারত চন্নু কয়া লৈরি,—রাজপুতনাগী থৌনা ফরবী চন্নুশিংগী 'জোহরব্রত' হায়বদি মুপীগী ইকাই খুমনবা ঙাক্লবগীদমক মৈসুংদা চোংশিন্দুনা মথৱায় থাদোকপা, মোমোন নোকপা মায়থোংনা মপুরোইবা অমসুং মচাবু লানফমদা যেক্লবা মায়োক যাক্লনবা মঙ্গলাশীর্ব্বাদ পীদুনা থাখিবা,—খঙদবা কনা লৈরমগনি। চান্দবিবি, ঝান্সীগী রাণী মথুক্তা খুৎলাই পায়দুনা য়েক্ল মায়োক য়াখিবা—ইতিহাসকী ৱারী ওইনা লৌরশিন্না ? নত্তে, তশেংনমক ভারতকী থৌনা ফরবী চন্নু ঙাক্তনি। ত্যাগকী মর্য্যাদা য়েংলুরবস্সু,—ধাত্রী পান্নাগী ৱারী তাবদা ঙসি ফাওবা মিত্তুগী পি শিন্থদবা কনা য়াওগনি ! অসুমনা নিংথৌগী মহারাণীদগী হৌরদুনা মীনাই-মুবী ফাওবদা ভারত চন্নুগী আদর্শ তত্তুনা উবা ফংলি। শমনা হায়রবদা ধর্ম্ম অমসুং কর্ম্ম ক্ষেত্র অনিমক্তা ভারত চন্নুশিং অসি করিগুম্বা লৈবাক অমতগা চাংদমনবা য়াদনা লাক্লি। অসিগুম্বা ভারত চন্নুগী আদর্শ অসি মাঙখিগনি

হায়বগী চিংনবনা স্বামী বিবেকানন্দনা লাউখি,—"হে ভারত, কাউগনু নহাক্কী নুপী জাতিগী আদর্শ,—সীতা, সাবিত্রী, দময়ন্তী। কাউগনু নহাক্কী সমাজ,—চাউরবা মহামায়াগী শকমনি।"

অতুবু ঙসিদি কদায়,—ধর্ম্মক্ষেত্রগী নুপীনা কদাইদা! কর্ম্ম-ক্ষেত্রগী নুপীনা কদোমদা! হৌজিক্কী বিজ্ঞানগী যুগতা লৈরিবা নহারোলশিংনা শোয়দনা হায়গনি,—রুশিয়াগী নুপীনা নোংমদোল খেৎনা পাইতুনা আতিয়াগী থাব্ মথুৎনা লাম্বা ফংলবা মতম অসিদা সীতা, সাবিত্রী, দময়ন্তী অমসুং ঝান্সী রাণীগী মফম লৈত্রে। অমুকসু হায়গনি—হৌজিক্কী সমাজ অসিদা মাধবীগী স্বার্থত্যাগকী মফম লৈত্রে, উরীরৈগী জগৎনি। কয়াদা থীনা হোংথ্রবা রাখম্লো! চুম্মি, হোংগনি, সমাজগী খোঙচৎ হায়বসি মতমগী মতুং ইন্না অমদি মীওইবগী জ্ঞান হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না হোংই। অদুবু হোংবা হায়বসি ফত্তবা, চুমদবা থবকশিং অমদি নীতিবু হোংবনি. অঙ্কবদি মতম পূন্নমক্না লেঙদনা থম্নবা হোংনরিবনি। অদুগা অমুকসু লৈবাক অমগী সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগা লৈবাক অমগীগা য়াম্না খেন্নে। লৈবাক খুদিংনা মাগী সংস্কৃতি মাঙখিদনবা কন্না হোৎনৈ মরমদি—লৈবাক অমগী মশাগী সংস্কৃতি অদু হেক মাঙখিবদা জাতি অমা ওইজবগী শকতম অদুসু মাঙখ্রবনি হায়না লৌনৈ। সংস্কৃতি হায়বসি শমনা হায়রবদা লৈবাক অমগী হৌনবী, চৎনবী, কীজেৎ-চাকচা, রাঙাং শাঙাং, য়ুম্নে কৈরৈ অসিনচিংবা কয়ামুক পূনশিল্লগা ওইরিবনি খুদম ওইনা হায়রবদা মৈতৈ নুপী অমনা শাড়ী শেত্তুনা শিন্দুর নমতুনা চৎলবদি মৈতৈরা ময়াংলা হায়তুনা মুন্না য়েংনৈ অমসুং থন্নে। মসিদগীসু ঐখোয়না মুন্না খঙবা ঙম্লে

ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী মচেৎ অমত্তুং মাঙবদা জাতি অমা ওইবগী শক্তম মাঙিঙ হায়বসি। অমুকস্থু নোংপোক অমস্থুং নোংচুপ অনিগী সংস্কৃতি অসি অঙকপা ফংনা খেন্নখ্রবনি, নক্লবা শুকয়া য়াদবনি। ঐখোয়না কদৌঙৈদস্থু নোংচুপলোমদগী সীতা নত্রগা সাবিত্রীগুম্বীগী ন্নারীদি তাবা ফংলোই অদুগা 'কিন্নর'গুম্বগী ন্নারীদি তত্তনা তাবা ফংগনি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি নোংপোক অমস্থুং নোংচুপ অনিগী মুপী অসি থম্মোই, ন্নাখল অমস্থুং হৌরকফম খেন্নবনি। অদুনা নোংচুপলোমদগী ঐখোয়না লৌবা তারবস্থ ঐখোয়গা চুনবা অফবা লমচৎ-ব্যবহার, ন্নাখল কয়াদি লৌবা য়াই অদুগা ঐখোয়গা পকশিন্নদবা মতু তৌরুরগা হিন্দু সমাজদা অমাঙবা ওইবা থবকশিং অদুদি ঐখোয়না লৌরুবা নাল্লি।

ভারত চন্নুগী খ্বায়দগী ফজবা আদর্শদি 'সতীত্ব' অসিনি। চন্নু অমা ওইরগা সতীত্বগী গুণ অসিবু চেন্দ্রবদি থরায় য়াওদ্রবা হকচাংগা অদ্মানি। 'সতী'গী অর্থদি ঐখোয়না ইচম-চমনা মপুরোইবা অমদগী হেন্দবা মুপী অদুবু সতীনি হায়না লৌনৈ। মসিস্থু থোইনা কায়বা নত্তে। অদুবু মতুদগী হেনবা সতী অমনা চেনগদবা গুণ থরস্থু লৈরি, মাদুদি—প্রেম, ভক্তি, শ্রদ্ধা, হায়বদি—মুংশিবা, নোল্লুকপা, থাজবা,—অদুম আসমক সতী ওইবী মুপী অমনা চেনগদবা গুণ-শিংনি। হায়রিবা গুণশিং অসি মুপী ওইবীশিংনা পুন্সিগী থাক অনিমক্তা চেনগদবনি,—ময়ুমদা কুমারী ওইনা লৈরিঙৈদা মমা মপা অমস্থুং অহল-লমনশিংগী মফমদা মুংশিবা, নোল্লুকপা অমস্থুং থাজ-বগী মিংয়েংগা লোয়ননা য়েংগনি। ময়ুম পাল্লবা মতমদনা মপু-রোইবগী মফমদা য়েংগনি। চন্নু অমনা সনা, লুপা, মণি, মুক্তা,

কয়ামুক্তা লৈতেংহনস্থ সতীত্বগী গুণ অসিবু য়াওস্রবদি,—উকংদা লৈতেংবগা অম্মানি। অহুবু অরাবদি বিজ্ঞান্না অহুক্কী মতিক চাওখৎলক্লিবমখৈ ধর্ম্ম অমস্থং আদর্শগী রাখল হস্থরকপগুম তৌরি। অহুনা ঐখোয়না কিদবা ঙমদে মহুদি,— বিজ্ঞান্না চাওখৎলকপগা লোয়ননা অচুম্বা অমস্থং ফজবা হায়বহু মাঙখ্রগন্রা! ধর্ম্ম অমস্থং আদর্শ মাঙলবদি মীওইবগী লমচৎস্থ লৈরক্লরোই। ধর্ম্ম অমস্থং আদর্শ হায়বসি য়াওদ্রবদি পুক্লিংগী লমচৎ শেমগৎপা য়াদে, পুক্লিংগী লমচৎ য়াওদ্রবদা বিজ্ঞানগী মফমস্থ লৈরোই, মরম অহুদগী ভারতকী রাষ্ট্রপতি রাধাকৃষ্ণনমক্তা হায়খি,—'ধর্ম্মদা য়ুমফম ওইরগা বিজ্ঞানগী জগৎ শেমগৎকদবনি।' অহুনা বিজ্ঞানগী জগস্তা ধর্ম্ম অমস্থং আদর্শগী মফম লৈতে হায়বদি মহুদগী হেন্না লানবা রাফম অমা লৈররোই। মস্তাং অসিদা ঐখোয়না পন্নিংবা রাফম অমস্থ লৈরি মহুদি, হৌজিক্কী যুগ অসিদা মূর্ত্তি পূজা তৌবনা করি কান্নগদগে হায়বা কাঙবু অমস্থ লৈরি। মসিগী পাউথুমদি নোংচুপ্পা নোংপোক্কী ধর্ম্মবু মূর্ত্তি পূজা তৌই হায়হুনা নিন্দা তৌরকপা মতমদা স্বামিজীনা ফজনা পীখ্রে,—মূর্ত্তি পূজা তৌবা হায়বসি ঈশ্বর ফংনবা লম্বী অমনি, ভারতকী চৎনবী ধর্ম্মগী মতুং ইন্না মূর্ত্তি পূজা তৌদবা য়াদে। মাঙদা মূর্ত্তি অমা থমহুনা পূজা তৌরবদি পুক্লিং অমস্থং রাখল চোইথোক্তে, মহুনা পাম্বে ওইহুনা ঈশ্বর ফংগদৌরিবনি। স্বামীজীগী রাঙাং অসিগী মতুং ইল্লবদি হিন্দুগী মমাঙেঙদগী হৌনা চৎনরক্লিবসি, অর্থ য়াওদবা, মপাম্বোংগী মিংকী কুম্মৈ ওইনবা অমত্তা নত্তে, মপুং ফানা অর্থ চেল্লবা অমস্থং কান্নরবা হৌরম ঙাক্তনি। অহুনদি ভারত চনুগী

'সতীত্ব' হায়বা আদর্শ অসিস্থ থাদোকপা য়াত্রবা ফজরবা গুণ অমনি। থোইদোক্লা ভারত চনুশিংদি ধর্ম্মগী চঙজক্কম ওইরক্লি। নুপীগী ধর্ম্ম অমস্তুং আদর্শ হায়ববু 'সতীত্ব' হায়বা গুণ অসিদগী অতৈ অতোপ্পা অমা লেত্রে। যুগ কয়াদগী হৌদ্বুনা ভারত চনুশিংগী পৃথিবী শিন-থুংনা ফাওরবা 'সতীত্ব' ঐখোয়না গুসি মাঙহনবা চুমদে, কনগদবনি।

হৌজিক্কী সমাজ অসিদা রাহং অমা তত্তুনা থোরক্লি,—নুপীগা নুপাগা অধিকার চপ মান্নরবা যুগ অসিদা নুপীশিংনা সতী শাদ্বুনা করিগী নুপাগী মখা পোল্লুগনি। অসিগুম্বা অরানবা ব্রাখল কয়াগী লমজিং মখাদা চৎপদগী নোংমা নোংমগী সতীত্বগী গুণ অসি মাঙশিল্লকপ্রা হায়না খল্লি। সতী হায়বসিগী অর্থদি মপুরোইবগী মখা পোনবা হায়বা নত্তে. অমরোমদা থম্মোয় শেংলবী, অক্ষবা থবক্তুনা মহাক্কী ওইরিবী নুপী অদুবু সতী কৌগনি। সতীদা অতাঙবা গুণ কয়ামরুম অমস্থু চেনবা উই মদুদি, Will Power, Patience অসিনচিংবা। 'Will Power' হায়বসি ঐখোয়না মৈতৈলোন্দা হায়বা তারবদি 'নীংবগী শক্তি' নত্রগা 'সাধনা' হায়বা তাই। অসিগুম্ব নীংবগী শক্তি অসিনা সাবিত্রী অমস্তুং বেহুলানা শিরবা মপুরোইবশিংবু অমুক হন্না হিংগৎহনবা ঙমখ্রিবনি। Patience হায়বসিস্থু অথাঙ কনবা হায়বা তারে। সীতা, চিন্তা, দময়ন্তী, —কয়াদা অরাবা থাঙথ্রবনো,—অরাবশিং অদু মপুরোইবগা লোয়নননা থাঙমিন্নরিবনি, অদুনদি সতীশিং অসিবু করম্না নুপাগী মখাপোনবীনি হায়নগনি? মতাং অসিদা নুপী অমনা মপুরোইবগা লৈনরিবা মরী অদু শম্নপ্না অমুক্তুং য়েংসি। নুহোংবা মতমদা

মুপানা শেংলবা বেদগী মন্ত্র শোল্লগা মৈবু সাক্ষী ওইহন্দুনা হায়রি—"নংগা থরায়গা ঐগী থরায়গা, নংগী শরূগা ঐগী শরূগা, নংগী তোংশাগা ঐগী তোংশাগা অমসুং নংগী উনশাগা ঐগী উনশাগা তিন্নরবনি; থরায় হকচাং অনিমক্তা নংগা ঐগা অমতা ওইরবনি।" মুপীনা হায়রি,—"ধ্রুবমসি ধ্রুবাহং পতিকুলে ভূয়াসম"—হে ধ্রুব, নহাক্না লেংদনা লৈবগুম ঐসু ইপুরোইবগী শাইগোন্দা, লেঙদনা লৈজগে। খুদম অমা অনি অসিদগী ঐখোয়না উরে মহুদি—হিন্দু শাস্ত্রগী লুহোংবগী ধর্ম্ম অসি কয়াদা শেংব্রবনো. পৃথিবীগী করিগুম্বা লৈবাক অমদা লুহোংবগী মন্ত্রদা অসিগুম্বা অরাংবা থাক্কী ভাবনা থম্বসি য়াওদে।

মথক্কী রাকম থরা অসিদগী ঐখোয়না তশেংনা উবা ফংলে, মুপাগা মুপীগা অনি অসিগী মরীসি কয়া য়াম্না নক্নবনো হায়বহু। ময়াম্না খঙনবা মওংদা অমুক হায়রবসু য়ুম পাল্লবী মুপী অমগী মফমদা মপুরোইবা হায়বসি শকফম কয়ামরুমগী মওংনি,—অরা-মুংঙাই অনিমক্কী মরুপ্নি, লমজিংবনি অমসুং শ্রদ্ধাগী মশক্নি। মপুরোইবশিংনসু মখোয়গী লোয়নবীশিংবু পুন্সিগী অথোইবা মরুপ, অরা-মুংঙাইগী ঈথক ঈরৈ কয়াদা লোয়ননা তাউমিন্নগদোরিবনি হায়না লৌগনি, মতম লৈবখিবিক্তা মহাক্কী লোয়নবীবু মুংশিবা অমসুং চানবিবা মিংয়েংনা য়েংবিগনি,—অমম্বা রাথনগী কান্নব্রবা—মুপীদি মুপাগী ওৎফম্নি, শান্নপোৎনি, মুপাগী সেবা তৌহুনা মখোয়গী মপুন্সি লেনগদবনি হায়বা চুমদবা, চৎনব্রবা রাথল অহু থাদোক্কদবনি। মুপী অমসুং মুপা অনিগী মরীসি কয়ামুক য়াম্না নক্নবগে হায়বহু খুদম অমতংগা য়েংলসি—রাধা কৃষ্ণগী যুগল

মুর্ত্তিদগী কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লৌথোকখ্রবদি রাধাগী মগুণ লৈহৌত্রে অত্থুগা অমুকসু রাধাগী মুর্ত্তি লৌথোকখ্রবদি কৃষ্ণগী গুণ মাঙত্রে। অত্থুনদি হুপা অমসুং হুপী অনি অসিগী মরীসি তৎন থানবা য়াত্রবা থ্বাইদগী হেন্না নক্লনা লৈবা মরীনি। হুপানা দেবতা ওইরবদি হুপীসু দেবীনি। ভারতকী ধর্ম্মদা হুপীগী থাক্তি য়াম্না রাংই, মত্থুগী খুদমসু রাংপা নত্তে,—শ্রীরামচন্দ্রনা যজ্ঞগী হোম পীবদা মহাক্কী সহধর্ম্মিনী য়াওত্রবদি য়াদে হায়ত্থনা সনাগী সীতা শারগা রামগী ওইদা থমখি। হায়রিবা অসিনা অচুম্বা ওইরবদি হুপীগী গুণ অসি কয়াদা রাংখ্রবনো! হুপাদসু অত্থু মঙাই—মমতাজমহলগীদমক শাহজহান পোকখিবা নত্তে। অসুম্না হুপা অমসুং হুপী অনিমক্না মাগী মাগী চংফম থোকপা ব্যবহার লমচৎ অমসুং অমনা অমগা মফমদা থনফম থোকপা রাখল অত্থু থম্নরবদা, কদোমৈঙদসু ইমুং মহী লাঙলোই, অনিমক পুন্সিচুপ্পা তৎন থানবা লৈতনা লৈমিন্ন-গনি। হুপী অমসুং হুপা অনিমক্কী আদর্শ থায়নগী ভারতকী সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিদা য়াওরক্লবনি, অনৌবা নত্তে। আদর্শ অসিগী মতুং ইন্না চংখিবা ভারত চহু কয়াগী মমিং ঙসি ফাওবা মুত্রি।

অত্থুবু হৌজিক্কী সমাজ অসিদা ঐখোয়না য়াম্না অরাবা দৃশ্য খরা উরি.—Hollywood কী Film Star সু য়োঙমদা, ভারত চহুগী আদর্শসু থাদোকখি, মরক শরক্কী ফিভম অসিনি। লাইরিক লাইশু ফনা য়াম্না হৈত্থনসু হুপা অমসুং হুপীগী মওং অসিদ্ধ খক হোংবা য়াররোই, ক্কক্কা রাহোং মতু পানশিল্লগা কদোমৈঙদসু রাগোং ওনবা য়াররোই; অত্থুর্নাদ মাগী মাগী চংফম

থোকপা লমচৎ ব্যবহার অত্তু কায়দনা চৎপনা হেন্না ফজরোইদ্রা ? থোৎচ নৌজ্রবা, মমা ওইবগী মীহুৎশি খঙবা হায়বাস হুপীগী য়াওজ-রকপা গুণশিংনি হায়বদা করিস্তু লাল্লোই। অসিগুম্বা গুণশিং অসিদগী নাথৈহনা চৎথ্রবা হুপীশিং অহাদ হুপী অমা ওইনা মহাক্কী পুন্সি অত্তু মহৈ য়ানগনি হায়বদা য়াম্না চিংনিংঙাই ওইবা য়াকমনি। মহৈ মশিং নীংথিনা হৈরবী চহুশিংদা হুপীগা ওইজরবা আদর্শশিং অত্তুগা অমুক হাপাচল্লবাদ সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবগুম ফজরোইদ্রা ? ভারতকা মুনি ঋষি কয়ানা ভারত চহুশিংবু অরাংবা থাক্তা থাঙ্গত্তু-না থনম্লবান, অসিগুম্বা অরাংবা থাক অসিদগী তারক্কনবা ঐখোয়না হোৎনবা তাই।

## শন্নপ্পা নৈনবা

বারেং অসিদা ভারত চহুগী আদর্শ করি ওইক্কম থোকপগে হায়বত্তু কুপ্না নৈনারি। ভারতকী থাউনগী অমসুং লৌকিক্কী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিদা মমিং চৎলবা হুপী কয়াগী খুদমগা লোয়ননা থোকবা দেবীনা তাক্লি—ধর্মক্ষেত্র অমসুং কর্মক্ষেত্র অনিমক্তা শিংথানবা মাঙবা ভারতকী চহুশিংগী খুদমদি পৃথিবীগী ইতিহাসতা অতোপ্পবনি। প্রেম, ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধা হায়বা গুণ অহুমনা লৈজেংলবা সতা কাঙবা অসিনা হুপীগী থাউমদগী থাংলবা আদর্শনি। নোংচুপলোমগীনা অমা ওইপ্রবস্তু ভারতকী সংস্কৃতিগীদি থাউদগী অরাংবনি। নিপা হুপী অনিমক লোয়ননা পুন্সীগী অথোইবা মরূপকা মতোউগুম্না অমসু অবা-নুংঙাইগী ইৎথেদা তাউথিন্নবা হায়বা অসিনা ভারতকী আদর্শদা নিপা অমসুং হুপীগী থাউদগী কজবা

মওংনি। অদিগুম্বা সন্তী ওইবগী থোংলবা গুণশিং অসি হৌজিক মতমগী লাইরিক হৈবী মীশিংদা চেন্নবদি মনাগী মথক্তা তম্বা খিনবগুম ফজগনি হায়না লেখিকা অসিনা মত পীরি।

---

R. K. Bhani Sarada Devi
Dates 1/9/76

## শ্রীমা সারদা দেবী

### এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

খৃঃ ১৯২৭ তা এলাংবম লৈকাইদা পোকই। মণিপুরী সাহিত্যদা মতমগী কবিতাগী শকক্ষম অমা পুখল্লকপশিংগী মনুংদা অমা ওইনা অমসুং মণিপুরী কলা অমসুং সংস্কৃতিদা থবায় য়াওবা মীশক অমা ওইনা মযাম্না খঙনরি। সাহিত্য অমসুং কলাগী সমালোচক অমা ওইনসু লৌনরি। ইংখোক ১৯৬৫দা মহাক্না সঙ্গীত অমসুং কলাবু পুথোকপদা তৌরিবা দান অসি মীংথানবা ওইনা ভারতকী সঙ্গীত নাটক একাডেমীনা মণিপুরী জগোয়গী খঙহৈবা অমা ওইনা মঙোন্দা থবক পিয়ে। সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনৈ অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মপুং ওইবা থবক পুবদা চহি কয়াসি চথার। হৌজিক ফাওবদা ফোঙদলবা লাইরিক্তি— রচনা কয়ামুক্তী খোমজিনবা "অচাইবা লৈ" অমসুং মণিপুরী শৈরেংগী ছন্দবু নৈনবা "মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ" অনি অসিনি।

নহাক্না ঐবু সংসারগী লম্বেন্দা পুশিনগদৌরিবরা?

ঈশ্বর প্রেমনা ঙাওরবা নিপা অতুনা হংখি। চুমত্রিং রাহংনি। পুন্সীগী সাধনাগী পরীক্ষানি। "করিগীদমক মহুদি? ধর্ম্মগী লম্বেন্দা তেংবাংবা লাকচরিবনি।" অম্মুমনা খুমখি ঈকাই থীরবী সারদানা রামকৃষ্ণগী মফমদা।

জন্মদিন—তাং ২২ ডিসেম্বর ১৮৫৩। মপানা রামচন্দ্র মুখো-পাধ্যায়। মমানা শ্যামাসুন্দরী। চহি ৫ শুবদা লুহোংবা! রামকৃষ্ণগী চহিনা ২৩। ইমা! নখোয়না নমৌ থিরিবত্থ চৎলু জয়রাম বাটী খুন্দা। বাঁকুরা জিলাদা। মতুদা লৈবনি। মতম অতুদা সারদাদি শাম্নরি। লাইকদিবী নত্তে—কালী অমসুং লক্ষ্মীগী মূর্ত্তিগা।

চহি ১৮ শুবদা দক্ষিণেশ্বরদা লাক্লে। রামকৃষ্ণদি মতুদা লৈরি—কালী সেবাদা, ঈশ্বর ভক্তিদা, অঙাওবগী মওংদা। সংসারগী চৎনরোল য়াওদে। ঈশ্বরগী চৎনরোলদা মথঙই। ঙুমিৎ চুপ্পা মা কালী, মা কালী, কয়া কুইনা কয়া কুইনা? ঐবু উহল্লুনে ইমা?

"ঐবু করমনা উবগে?" নোংমা সারদানা খোঙ নোইনা নোইনা রামকৃষ্ণদা হংজখি—থুদক্তা খুমখি "লাৎচরিবা জগৎ-জননীনা ঐবু হৌজিক খোঙ নোইবিরি। নহাক্তা ইমা কালীগা করিমতা খেন্নদে। চান্নবী নত্তে; জীবন সঙ্গিনী হায়দে; সহ-ধর্ম্মিনী পন্দে। নহাক্তি মা কালীনি লীংজারিবী দেবানি।"

ময়ামনা সারদাবু লঙনবারে। অপঙবী নচা পামদ্রা? য়ুম-কৈ পানবগী মওং তৌররোইদ্রা? সারদানা নোংমদি রামকৃষ্ণদা হায়খি। ময়ামনা ঙাঙনরে। ইচা অমতং পামই। নত্রবদি কমদৌনা সংসারদা লৈমিন্নগদগে? অচম্বা থম্মোইনি। অঙকপা প্রার্থনানি।

মসিদি মহামায়াগী চাতুরীনিনা। রামকৃষ্ণনা পুক্নিংদা নোকখি। করিগী রাবগে? নচা অমতা নত্তে। চামা লাকখিনি—নহাকপু কৌশিল্লনি—পোথাকম খঙলোই। নহাক্তি জীব ময়ামগী

মমা ওইরনি। বিশ্বজননী। ঈশ্বরগী সংসারসিদা পরমানন্দগী মন্দির অসিদা নহাক্তি ইমাগী মশকনি।

অমাবস্যাগী থেঙলবা অহিংনি। ষোড়শী পূজা। মা কালীগী আসন ময়াদা সারদা ফমহনা লৈরি। খঙহৌদনা রামকৃষ্ণনা হায়রকই--ফিদা অসিদা ফমউ, চঙশিল্লকউ। জ্ঞান তাদনা সারদা চঙশিল্লকই ফমই। পূজা তৌরে—থুকমলে। সারদা অমসুং রামকৃষ্ণ অনিমক জ্ঞান তাদনা সমাধিদা লৈখি। জগৎমাতানা মুপীগী মশক লৌহনা লাকপনি। বিশ্বজননীনা সারদা ওইনা থোরকপনি। মসিদি অয়েৌবা সাধনানি। শিষ্যগী মফমদা গুরুগী ভক্তি। মুপীগী মফমদা মপুরোইবগী পূজা।

দক্ষিণেশ্বরদা লাকপগী লম্বেল্লি। অমম্বা অহিংনি। নাকন্দগী রাং চাউবা নিপা অমনা—"নং কনানো"। সারদা জ্ঞান মাঙদে। থুমখি নচা মুপীনি, নমাকী মমুনদা চৎলিবনি। মচা মুপী! নুংমুক কল্লবা ডাকুগী থম্মোইহু মহী চেনখি। লাউ ইবেম্মা! ইপা থিনবীগে। মতুংদা মশক উনখি। রামকৃষ্ণদা চঙজখি।

অবতারগী মশক ওইরবা শ্রীরামকৃষ্ণনি। অদুবু সারদানা য়াদনদি অসিগুম্বা পূক্সি অসি ওইরমলোই। কনাগুম্বনা হায়নৈ—সারদাদি মীচমনী, রামকৃষ্ণগী মঙান্দা ঙানজবনি। রামকৃষ্ণনা মাবু লংহনবনি। মসিদি অরানবনি। "মুপী পূম্নমকসি ইমানি। অদুবু নহাক্না পাম্লবদি মুপী অমা ওইনা ঐবু পুশিললু—মায়াগী সংসারদা।"

কয়াদা চাউথ্রবা ত্যাগনো? পুন্সী চুপ্পগী সাধনা সারদাগী মফমদা কৎথোকলি। রামকৃষ্ণগী মঙাল্লা সারদা ঙানবা নত্তে।

মঙান অনিগী তিন্নবনি। শুমিংকা থাগা নত্তে। শুমিংকা শুমিংকা তিন্নবনি।

শ্রীরামকৃষ্ণনা হায়খি। 'মহাক্তি সারদানি, সরস্বতীনি। জ্ঞানদানগীদমক লাক্লিবনি। মহাক্তি ঐহাক্কী শক্তিনি। মহাক্কা ঐঙোন্দগী তোঙাল্দে।' রামকৃষ্ণগী সারদা, সারদাগী রামকৃষ্ণ। থানবা য়াদে—অমতনি। অমনা পরম পুরুষ; অমনা পরমা-প্রকৃতিনি।

সারদানা মচাশিংদা নোংমা হায়খি 'মহাক্কা ঐহাক্কা অমতনি—( I and the Master are one ) খেন্নবা লৈতে। ঐঙোন্দগী বর ফংলবা মখোয়হুদি মুক্তিগীদমক চিংনক্ষম লৈতে।'

দক্ষিণেশ্বরগী কা মচা নহবৎ হায়বা মফমহুদা তুমিন্না লৈ। নোম্বগী পোথাবা লৈতে। ময়ামগী সেবাদা লেপপা লৈতে। অহুবু মপান্দি থক থোক্তে। "ঐদি মাবু মপান থোকপা শুকউ উত্রিনা।" রামকৃষ্ণনা নোংমদি হায়খি। অহিং পুং ৩ তারে চেক মোক লাউখিত্রে। মপানগী সিড়িদা ফম্লহুনা সারদানা জপ তৌরি। ঙসিদি রামকৃষ্ণগী খোংউপ মখোল তাখিত্রে। থাদা ওনশিন্দুনা প্রার্থনা তৌখি—"মহাক্কী থাবল মঙালগুম্না ঐগী থম্মোইসি শেংহনবীয়ু।"

রামকৃষ্ণনা লৈখিত্রবা তুংদা সারদানা অরাং ভারতপূম্বা অনি অহুমলক তীর্থ যাত্রা তৌখি; থা ভারতস্থু য়োই। মচাশিংগা লোয়ননা বৃন্দাবন, হরিদ্বার, গয়া, কাশী, রামেশ্বরম। মঙোন্দা জাতিবর্ণ থায়দে। নকুবা লাপ্পবা লৈতে। পুম্নমক্কী মমানি। মমপানবশিংগী মমা, সন্ন্যাসীশিংগীস্থু মমা, তোল্লবা লায়রবশিংগীস্থু মমা।

অরোইবা মিকুপনি। মচা সন্ন্যাসী ময়াম্না কোয়শিল্লি। ইমা! ঐখোয়বু হুন্দোকপিরমগদৌরবরা ? "করিগী ঋাবগে ! ঠাকুরবু নখোয় থগুলেদনা। জগৎ অসি নখোয়গী ওইয়।" ১৯২০ গী জুলাই তাং ২১ দা মহাসমাধি ফংখি।

সিষ্টর নিবেদিতানা হায়খি। ইমা সারদাদি ভারতকী চমুগী আদর্শগী মরমদা রামকৃষ্ণগী অরোইবা ঋাহৈনি—"To me it has always appeared that she is Ramakrishna's final word to the ideal of Indian womanhood."

সংসারসিদা পোকপদগী সন্ন্যাসী ওইখিবা মশীং ঋাস্তে। য়ুম পাল্লমলগা সন্ন্যাসী ওনখিবা মহাপুরুষ কয়াম্বু লৈ। ভগবান বুদ্ধ, শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনচিংবা। অদুবু য়ুম পাল্লা পাম্না সন্ন্যাসী ধর্ম্ম চৎপা, সংসারদা লৈনা লৈনা সংসারবু ত্যাগ তৌবা—লৈখোমদা লৈনা লৈনা থম্বাল শাৎপা, শ্রীরাম কৃষ্ণ অমসুং শ্রীমা সারদাগী পুন্সি অসি অতাওবনি। য়ুম পানবা পুন্সিগী খ্বাইদগী অরাংবা থাক্ল।

## শম্নপ্না লৈনবা

ধর্ম্ম পুয়মক অসি অমতনি—চপমান্নে হায়না পুন্সীদা উৎপীব্বা শ্রীরামকৃষ্ণনি। ভারতকী অথোইবা মহাপুরুষ অমনি। ঋারেং অসিদা রামকৃষ্ণ অমসুং মহাকী লোয়নবী সারদাগী অওকপা অমসুং শেংলবা মরী অসিগী মগাল থরা উৎনবা লাক্লি। চুমগী য়ুম্বানবগী নিপা নুপীগী পুন্সী নত্তে। রামকৃষ্ণগী মফমদা শ্রীমা সারদা অমসুং মা কালী অনিগী খেন্নবা লৈরমদে। মতাং অসিমক ষোড়শী পূজাদা ময়েক শেংনা উৎখি। নুপী পুয়মকপু ইমানি হায়বসি রামকৃষ্ণগী মীৎয়েংনি। সারদাম্বু মহুগী মতিক অরাংবা

থোইনা থাজরিবা মীনা মাগী "শোয়ফজ্রব মহৈ" অদুগী মপু ওইগল্লি। অওইবমক হায়রবদি লাইবক্তা তম্লকপগী পোলেপফম থঙজ্রবা খুবমদু ঙাইহনুনা লৈবদগী মপাম্বোম পাঙ্গলতনা নোমজহনা মখোঙনা লেপচগনি হায়না হোৎনরিবা মীওইশিনা পুন্সী লানফমদা লানঙম-ফিরাল থেৎফম থোকই। মহাভারতকী কর্ণ ভাগানা তুং-ওইনবিববা মশাগী পুরুষার্থতনা পুন্সি লানফমদা লানঙম-ফিরাল থেৎখিবা মীওইনি। লাইবক য়ীরে হায়দুনা নীংহন্নরক্লবা কাংবুগী লমজিং মৈরা পায়খিবনি।

সূর্য্যগী বরদগী কুন্তীনা কুমারী ওইনা কর্ণ পোকখি। অধিরথ অমসুং রাধা অনিসি মাগা অনিশুবা মপা মমানি। মখোয়নিনা মাবু 'বসুষেণ" মিংথোঞ্জে। মহাক পোক্লকপদা কবচ-কুণ্ডল শাগোম্লরকই। আনন্থ ককথংদুনা দান তৌখি হায়বদগী "দান হৈরবা কর্ণ" অস্লম্না খঙনাখ। মহাক পোকপদা 'অঙাং অমা ফংজরে" হায়না হরাওবা নিঙাই মীওই অমত্তা লৈখিদে। সূর্য্য—কুন্তানা কোরকপদগী মাগী শাংবা থুংহনবিরাতোন। কুন্তীসু মন্ত্র শাক্ত চাং য়েংশুবতান, মতমদুদা মচা ফংনাংহনা তৌরুব নত্তে। মন্ত্রদু পীরম্লিবা দুর্ব্বাশাসু কুন্তীনা—কুমারী ওইনা মচা পাকতুনা মশানা থাকচবা লাংদা থুপ্ত্রন্দুনা মমা ওইবা শিংগী শীদ চল্লসনু নীংদুনা মন্ত্রদু পীরম্বা নত্তে। মাদি চুম্লগী পেঞ্জাখদুনা মতনদুগী খুদোনপোৎ অমা পীরম্বতনি।

মন্ত্র পীরম্বা মতুবু শজিম্লরুবা অনসুং মদুগী মহৈ ওইনা অঙাং অদুবু ঈশাংদা থাদাখবা অসি পুম্লমত্তা শরুক য়ারিবা মী, লাই পুম্লমক কণগী মতুংগা ফিরেপকীদমক কনাসু দায়ী ওইজ্রে। মাগী

শকক তমথ্রবা অপন্নবা "মরাইবক" অমা মাগী ওইবা তাখি। রাহে অমরোমদা হায়রগা অতিয়াদগী তারক্লিবা নোং-লিকশিংসি করম্বা মরীক্লা কদাইদা তাগনি হায়বা কনানা খঙবা ঙমগনি! ঙৈশেম্বা মপুনা শেম্বিরক্লগা থারকপদা মাগী থুংশেমগী মরূশিংতু কনানা কদাইদা তাগনি হায়বা কনানা খঙবা ঙমগনি!! মরম অসিমক্লা কর্ণনা মচিন্না থোক্লা—ঐনা ফংলরিবা মপোক অসিদি ঐগী ইখা-পোনবা ঐনা শিল্লুবা য়াবা নত্তে অত্নগা পুরুষার্থ—মুপা থোক্লা থবক তৌগা হায়ত্নদি ঐগী ইখা পোনবনি, হায়খি।

অরাবা কোঙ্গায় খাঙত্ননা পোক্লিবা মচাত্নবু মমামক্লা ইচাগী মশক উরগনি নীংত্নুনা হরাউবগী মহুত্তা মসিনা ঐগী পুন্সিগী মাঙনবা ওইরগনি নীংত্নুনা লৌরবা নাউগুমগী মহুত্তা কল্লবা কোরি চফূদা হাপ্তুনা ইচাগী মৈবুদি সমাজগী মৈনা কল্লি নীংত্নুনা—অরা অনা কয়ামরুমগী শিন্নফম ওইরিবা গঙ্গাদা কুন্তীগী অরা পোৎলুমত্নসু শিন্নফম ওইখি। অরাংবা চীংদোম্দগী চেম্বরকপা ঈচেলগী তুংন-ফম অনেম্বা লৈমায়না ওইবগুম্না অরাংবা শাগৈদা পোকপা কর্ণগী তুংনফম অনেম্বনি হায়নরিবা রাধাগী ভম্পাক্লা ওইনখি। মুপী ওইবগী য়াক্লবা থম্মোই'মনা হুন্দোরকপত্ন থম্মোই'মনা য়োকখি। মপা অধিরথকা খুজিন্দগী ক্ষত্রিয় মচাগা থুংশু-থুংলাই বিদ্যা কয়ামরুম তমখি।

মরোৌশিং অমসুং মপাঙ্গল মপুং ফারক্লবদা থোইদোক হেন্দো-কপা মহৈ কয়া তম্নিংলকপা মীওইবগী হৌনশানি। মরম অসিনা কর্ণ থোইদোক হেন্দোকপা ওঝা থিরকই। কৌরব পাণ্ডব নহা-রোলশিংগী ওজা ওইরিবা গুরু দ্রোণাচার্য্য থেংনখি। দ্রোণাচার্য্যনা

অর্জুনতবু থোইনা লুন-চান্না তৌবা অমসুং মঙোন্দা মতৈ'পুম্বা থাকপা লৈতনা পুকচেল তিংনা তম্বিনবু উরগা কর্ণ নীংবা কায়তুনা হনখি। অতবু পুম্মাক্ত মাঙখিগদবা মীওইদি নত্তে; মরম অসি-মক্তনা মাগী কোংনবা কনবগী ঈচেন্দা প্রকৃতিনা ঈনোং পীরতুনা মানা য়াংনা কানীংজিবা থাক্তে, য়েৌনা কাহনবা ঙম্বা গুরু অমা থেংনরুরে। অতবু অবাবদি অবানবা বা'ফম অমগী মতেং নত্তনদি মহৈ মপুং ফারোইদৌরি। "সূতমচা" নত্রগা "ক্ষত্রিয় মচা"নি হায়বা মশাগী পরিচয়নদি পরশুরামগী শিষ্য ওইবা ফংলোইদৌরি। অর্জুননা "ব্রাহ্মণ" নি হায়না মীয়ামদা নৌংহল্লগা দ্রৌপদী ফংব-গুম্না কর্ণনা "ব্রাহ্মণনি" হায়না পরশুরামদা নৌংহল্লগা বিদ্যাদেবী ফংখি। অতবু অরাবদি মানা মতৌগীদমক্তনি নীংতুনা অরাবা কোঙ্গায় থাডনা তানশিল্লিবা বিদ্যাশিংতুমদুদা মাগী মপুক্সি মাঙন-নবা চাউরবা হিরম অমসু অতম যাওরে। মকৈগন্দা তাম্না চীক-তুনা ঈনা পুমচোং চেংলংদা মতম্বাক্তা, মোন থাডক্লনা তূম্লিবা গুরুগী তূখ্বা কায়গানি নাংহুনা শুনলেঙ লোঙাইদনাদুমরা অথ'ঙ কনবা ক্ষাত্রিয় মচানি হায়না থঙক্লাও না গুরুদা মীনম্বগদমক "এৗনা তম্বিখিবা অরুবা বিদ্যা থাউরো" হায়না শাপ তৌখি। ভাগ্য অমসুং পুরুষার্থ অনিগী অকনবা লাল-থেংনফম ওইবনা কর্ণ মশাবু পুমকন কনবা ঙমখিদে, শোয়দনা শোকপা তাখি।

কৌরব পাণ্ডব নহারোলশিং খুংলাই চাংয়েংনবা তারে। অওইবমক্তি সুমিৎ অসিদি কর্ণগী মতুংগী ফিরেপ লেপ্লবা সুমিৎনি। নিংথৌ মচাশিংতু মথং মথং মানা মানা হৈজবা বিদ্যাশিং উৎখ্রে। অর্জুননা মাগী উৎকদবা চমৎকার কয়া উৎপা হেক লোইরকপদা কর্ণ

গদা লেংখোং নারহুনা সভাহদা চঙশিল্লকই। কবচ-কুণ্ডলনা লৈতেং-লবা কর্ণ চানবা সূর্য্যদেবনা লৈমায়দা চৎপগুম নিংথিজখি। মাবু হেক উবমক্তদা মীয়াম্না থঙহৌদনা খুবাক খুরহুনা স্বাগত তৌনখি। ধৃতরাষ্ট্রনা "কনা লাকপনো" হায়না হংবা তাখি। কর্ণ সভাহদা সন্মান সৎকার করিমত্তা ফংখিদে। মহাক মচিন্না খোক্লা কৃপ অমসুং দ্রোণদা "অর্জ্জুননা হৌজিক উৎখ্রিবা চমৎকারশিংহু ঐসু উৎচগে," হায়জখি। মানা তৌরক্লিবা চমৎকারশিংহুনা সভাহু পুমগুম শুক্কৎখি। কৌরব নহারোলগী লুচিংলিবা দুর্য্যোধননা খ্‌াইমক্তগী হেন্না পুক্লিং লাঙতক্লখি অমসুং পেঞ্চখি। মরমদি মঙোন্দগী য়াম্না হেনখ্রবা অর্জ্জুন অহুগা লান্থা পাবা য়ারবা মীওই অমা নৌনা চোংথোরকপা উবা অহুগা মসিবু ঐথোয়গী মীচং ওইবা য়াগদ্রা হায়না খল্লুবদগীনি। মানা থাজরুবগী মরু ওইবা মরম অমনা লান্থা চানা থোরক্লবা মীশক অনিনা করিগুম্বদসু লান্থা পাদনা খক তোক্কে অহুগা মীচং অমত্তদসু খক লৈগন্দে। লৈবাক অমত্তদা মহু চাওরবা নিংথৌ অনিনা মতম অমত্তদা পানমিন্নবা তারবদি লম অহুগী প্রজাহু কমদৌনা খাঙগনি? মরম অসিনা কর্ণ কৌরব লোমদা লাকপা মশানা তাজবনি। খুদক অহুমক্তদা কর্ণ দুর্য্যো-ধনগা মৈগা হুংশিংকা মরুপ ওইবগুম মরুপ ওইখি।

মৈ হুংশিং অনি পূম্না উমংদা লান্দারকদৌরে খঙলবদা মাবু ঙাক্লিবা মালীনা চেকশিনবগুম্না কর্ণগা দুর্য্যোধনগা মরুপ ওই-খিবহু উরগা অর্জ্জুন য়াম্না চেকশিনবা তাখি। মানা কর্ণদা অপাননা হায়খি—"নংবু মফম অসিদা লাকউ হায়না কনানা কৌরবগে? বার্ত্তোন ফংদনা লাকপদি নরক তাই; হায়রিবা

নরক অত্থু য়ৌনবা ঐনা নংবু থাবিরগনি।" অর্জ্জুনগী য়াক্লবা রাসি তারগা কর্ণ করিস্সু পাখত্তনা ইতপ জপ্পা হায়খি 'ঙসিগী সভা অসিগুম্বদাদি মী থুদিংমক য়াওবা য়াবগী অধিকার লৈ। নংনা হায়নীংবা রা'প্পম্বা খুৎলাইনা হায়রকউ ; কিগল্লবা মীনা তৌবগুম্মা নচীম্না রা ঙাঙগনু।"

অকনবা অনিত্থু অশাউবতনা নকশিম্নরক্লবদা কৃপাচার্য্যনা আর্য্যশিংগী চৎনবী মতুংইন্না হায়খি "অথৌবা! নমা-নপা মশক তাকউ, অত্থুগা নহাক অসি করম্বা শাগেগী লৈতেং ওইরিবনে ? অরেপ্পা পরিচয ফংলগা অর্জ্জুননা নংগা লাম্বা পাগদবনি ! নিংথৌমচাশিংনা অতোনবা শাগৈদা পোকপা মরমচৎ নাইদবা মীগা লাম্বা পাবা য়াদে।" কৃপাচার্য্যগী রাসি তাবদা কর্ণ ঈকাইবনা মরু লুকথখি। মাগী মপুন্সিগী পোলেপফম খঙদ্রবা "মরাইবকতু" ঙাইরত্থুনা কুম্বংনন লৈখি। তাঙ্গাসিদা দুর্য্যোধননা হায়খি—"আচার্য্য, অর্জ্জুননা নিংথৌমচা নত্তবা মীওইবগা লাম্বা পানীংদ্রবদি—কর্ণবু ঐনা অঙ্গরাজ্যগী নিংথৌ হাপ্পে।' অত্থুগা খূদক অত্থুমক্তদা কৌরবনা কর্ণবু অঙ্গরাজ্যগী নিংথৌ ওইনা রাজ অভিষেক তৌখি। অর্জুনগা লাম্বা পাবা য়াননবত্তা হায়দুনা কর্ণনা নিংথৌ খুভমল্লু লৌখি। কর্ণ কনানো করম্বা শাগৈদা পোকপনো হায়বসিগী অরেপ্পা পাউথুম ফংদ্রিবৈঙদা পীক্রবস্সু চাউরবস্সু দেশ অমগী নিংথৌ ফম মঙোন্দা হেক্তা পিখিবসি মহাভারতনা য়াম্না মরুওইনা ঙাক্লীংলিবা বর্ণভেদ, জাতিভেদ অসিনচিংবা বিচাররোমদদি য়াম্না কায়রবমাক্লি। অত্থুবু মতাং অসিদি ব্যাসদেবনা—প্রকৃতিনা তুংওইনবিত্থুনস্ক কর্ণগী নীংহম্নবা লৈত্রবা অথাঙকনবা অমদি হোৎনবা

কনবা অহুতনা করি করি তৌখিবা ওস্বগে হায়বা উৎচনবা পাম্বে পীবা ওইনা হাপচিনবিরবনি !

মচানা নিংথৌ ওইরে হায়বা তাবদা অহল ওইরবা অধিরথ মখুত্তা চৈগু পালোইনরহুনা সভাহুদা চঙশিল্লকই। কর্ণনা মখুত্তগী খুৎলাই 'পূম্বা থাদোক্লহুনা মপাবু খুরুমখি। অধিরথনা মখোঙ অনিমক ফিনা কৃপাশিল্লহুনা ( নিংথোদা চৎকদবা থৌগল-লোল মতুংইন্না ) কর্ণবু কোনখি। কুন্তী নত্তনা সভাহুগী মী খুদিংমক্না কর্ণবু "সূত মচানি" হায়না খঙখি। ভীমনা হায়খি—'কর্ণ নঙদি শগোল শেন্দুনা লৈগদবানি ; নঙগুম্বনা অঙ্গরাজ্য ফংবদি য়ারোই।" মতৌ অসুম্না ইফোং-ফোংনা অপমান তৌরবদসু কর্ণ মরুপকী মতেং পাংগনি অমসুং মহুদা বীরশক্রে অমা লাম্বা পাবা তারে নীংহুনা মপুক্কিং ফাজনখি অমগুং পেঞ্জখি। মরিল ফরবা বীর অমগী অথাং কনবগী কয়াদা মপুং ফাখ্রবা খুদম্নো ?

মথক্তসু পনখ্রে, কর্ণ "ভাগ্যগী মতেং ফংদ্রবা" মীওইবনি। মানা সূর্য্যদগী ফংহৌবা কবচ কুণ্ডল অনিসিদি মাগী পীনহৈবা মগুণ অহু চাং য়েংনবনি। মানা স্নান তৌরগা লাইখুরুম্লগৈদা কনাগুম্বা মীওইনা থোংদোক্লা— ব্রাহ্মণশংনা করিগুম্বা অমা নিররবদা মানা মহু থক পীদনা তোক্কে। খুৎলাই চাংয়েংনবা হাক্তক্তা ইন্দ্রনা অর্জুনগী লাম্বা অমা চোংথোরক্লে হায়না চিংনখি। নরম অসিমক্না ইন্দ্রনা মচাগী য়েক্নবা মাহৈকৈগী পাঙ্গল ময়েং তাননবা শরৌ শিনখি। মহাক মশামক্না ব্রাহ্মণ শারহুনা কর্ণনা সূর্য্য নমস্কার তৌরিঙৈদা কবচ কুণ্ডল নিরে। অহুবু খোদোক অসিতনা কর্ণ পুম্নাঙ মাঙকাদ্রে। মশাগী মখোনাতনা কদায় ফাগুবা কাখৎলকপা

ওয়গে হায়বগী তাঞ্জা পীদবা য়াদে। ইন্দ্রনা নিরজিবৈ মমাংদা সূর্য্যনা মমঙদা লাকতুনা থোক্নদবা থোদোক অমম্নং মাগী ফগদবা থুবম তাকপিরম্নবনি। লোম্না ফংজহৌবা লৌশিংমক্না কর্ণনা চিংনবা লৈতনা কবচ-কুণ্ডল দান তৌথোকখ্রে। মহুগী মহুত্তা ইন্দ্রনা মঙোন্দা শক্তি অস্ত্র পীরম্মী। থোদোক অসি কর্ণগী মপুন্সিগী অচৌবা লৌনম অমনি। মঙোন্দগী লৌনম তৌতুনা লৌথোকখ্রিবা অনিছ মঙোন্দা লৈরিমখৈ মাবু কনানম্ন মায়থীবা পীবা ঙমলোই-দৌরিবনি। অহুগা মানা মহুৎশিন্না ফংহৌরিবহুনা তমথীবা অমা শোয়দনা পাল্লুগনি, মানা শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নবা য়াগনি, অসি ফাওবতনি। মাগী থৌদৌ অসিদি থায়না রামনা রাবণবু মহাদেব পূজা তৌহনবা মহুদা মাবু হাৎননবা সংকল্প মশামক্না তৌখিবা, অহুগা পূজা তৌবিমল দক্ষিণা খরবুদি মফংখিবা থোদোক অহুগুম্বনি।



পোকপগা কায়নখিবদগী খুৎলাই চাংয়েংনবা মতমদা কর্ণ কুন্তী থেংনরে। অম্নুক কুইথ্রবা মতমসি কুন্তীনা মচাবু কাউথ্রবনি। অহুবু মপুং মরে ফারক্লবা মচান্নুপাবু মমানা থোইদোক্না নীংজবা হোনশা মপুং ফারবা কর্ণনা সভাহুদা য়াওরবহু উরগা কুন্তীনা মাবু কল্লক্তবা ঙমখিদে। কল্লক মিহৌবগী ঈপোম্না নেমখিবমক্তদা কুন্তীগী থম্মোইদা অরাবা অমম্নং অঙিবনা তিল্লবা হায়ফম খঙত্রবা য়াখল অমা ফাওখি। মহুগী খুদম শুইনা মশাদা তুজুংবা ফাওখি। খঙহৌদনা য়াম্বরকহুনা বিহুরগী খুজিন্দগী ঈশিং চাইহুনা লাইকম্নখি।



মানা পোক্লকপা মপোক অদু মুন্না খঙহৌজ্রবসু মাগা শাগোল্ল-রক্লিবা স্নাগী কবচ কুণ্ডল অদুনা কর্ণ অতাঙবা মীওই অমনি হায়-দনিঙাই ওইজ্রবনি ; অদুবু অল্লাবদি ! সংসার অসিদ তুরেলগী ঈহৌরকফম, ল্লাংলবা শেংলবা চীংদোল অমদি মভোন্দগী ফংলবা শেংলবা ঈশিংচুগী মগুণচুগী মরীদা কনানসু থোইনা খল্লুদে, মাগী মরূপ ওইল্লিবা হিদেন, তুংনফম ওইরিবা লম অদুগী য়েংচুনা ঈশিংচুগী মমিং থোল্লি ; শীজিন্নবা য়াই য়াদে হায়না লেপ্পী। থোদো অসি কর্ণগী মপুল্সিদসু থোক্লরবনি। দ্রৌপদী স্বয়ম্বরগী সভাচুদদি স্বয়ম্বরগী লারুং অদু "থাঙ্গৎতুনা চাং অমুক্তুং য়েংলবদি" হায়বা তাঙ্খাচু ফাওবা ফংথিদে। দ্রৌপদীগা "সূত পুত্রগী ডকশমদদি লৈ চুকচরোই" হায়বা তেনগুম থোরবা ল্লাহৌসনা কর্ণগী থোনা'পূম্বা ককথৎখি।



পাণ্ডবনা বন্দা লৈরভেদা মখোয়বু নোঙ্গুগে লডনগে নীংচুনা দুর্য্যোধন মাগী কাংবুগা লোয়নননা মখোয়গী মনাক্তা লাকখি ; অদুবু ফত্তবা মাগী প্রায়শ্চিত ওইনা য়েক্লবগী মথুত্তা তাখি। ইকাইবা নংথি। দুর্য্যোধন মথত্তা শিজবনা ফরে হায়না চপয়ুংনা নীংখি অমসুং মচৌন্নসু হায়খি। অশিগুম্ব তাঙ্খাসিদা কর্ণনা মাবু থেমজিনখি—"নঙগী য়েক্লবশিংসিদ নোংমত্তদ লোইগনি, নঙনা পান্নবদি হৌ-জিনকসু লোইশিনবা য়াই। নোংমা নঙনা পৃথিবী পতি ওইবা হায়বচুদি ইশোই-মশোইদ্রবনি।" মরূপ অমনা অল্লাবদা তাল্ল-বদা, পুক্নিং শোস্থরক্লবদা অতোপ্পা মরূপ অমনা তোফম খোকপা থোদাংগী কয়াদা ময়েক লাঙ্খবা থুদম্নো !

পাণ্ডব বন্দগী হল্লক্নে। কাংবু অনিচু তাইশিন্নবা য়াদ্রে।

লাল তৌবদা মতাং অসিদা মীশক খণ্ডনা কর্ণবু কোনশিলহৌননবা পাণ্ডবনা কন্না হোৎনরি। মতুগী পাউ পুত্তনা লাক্লিবনা শ্রীকৃষ্ণ অমস্তং কুন্তীনি। শ্রীকৃষ্ণ পাণ্ডবকী চান্নরবা মরূপ লুচিংবনি। মানা কৌরব সভাদগী থোরক্লগা কর্ণদা হায়খিবা য়াফমশিংসি চান্নবা শান্তি পাম্বা, মতুগী পাম্বৈস্তু অহিংসা অমস্তং প্রেমতনা ওইহল্লিংবা মীওইবগী খুজিললনি। মানা হায়খি—"পাণ্ডবনা অস্তক য়াম্না অরাবা খাণ্ডত্থনা থাগুনরক্লিবা রাজ্য 'পুম্বসি পূমকৎ কৎথোকে; মথোয় মচিন মনাও মণ্ডানা নগুগী ননাই ওইনা সেবা তৌসন্ন ; কৌরব কাংবু থাদোক্লম্মো মতুতদা কুন্তী পেপ্পগনি।" অসি য়ৌরবদস্তু কর্ণ মশাগী ওইজবা থরগীদমক খন্দুনা মানা চুম্মী নীংতুনা লেপখিবা ফিরেপ অতুদগী করিমতা নীংহন্নখিদে। অচৌবা রাজ্যসম্পত্তি অমা লেন্না ফংবদগী মরূপকী রাজ্য মাণ্ডহনবনা মতোম্দা য়াম্না লুম্না থোকই। মানা তম্লিবদি চুম্না অচৌবা রাজ্য অমগী মপু ওইবা নত্তে; মরূপকী লম্মন শিংবনি। শ্রীকৃষ্ণনা ফনা থেমতুনস্তু কর্ণ য়াখিদে, মাবু বিদায় তৌরগা দুর্য্যোধনগী তৌবিমল খণ্ডবা উৎকনি হায়না (লেঙদনা) লেপতুনা লৈহৌই।

মীওইবগী মরী পূন্নমক্তগী মমাগী মরীনা মরুরে, মপুংফাবা পূমহেল মহেন্নে। পোক্লগা কায়নরবস্তু নত্রগা পুন্সি লোম্বা ফাওববু লৈমিন্নরবস্তু করি অমুক হায়গনি! হান্না করিগুম্বা মরী অমত্তবু লৈনরমত্রবস্তু অসিদস্তু নত্তুনা মীওই অনিহু করিগুম্বা চিংননিঙাই ফিভমমক ওইরবস্তু—"অনিসি মমা-মচানি" অসিবু হায়খ্রবদি লোইরে; করিস্তু মখা তাফম লৈতে। মানা কুমারী ওইনা ফংজবতুদা ইকাইখিবনা মচাগী মফমদা ফনা অরানবা লমচৎ

চংথিহুনসু কুন্তী কর্ণ মমা-মচানি। মৈতাম্না রাথৈজ্রিক্কাওবা লৈরগদবা মরীনি। কুইনা কাউথোক্লুরবা মতুংদা কুন্তীনা মশাগী অমসুং পাণ্ডবকী কান্নবতা য়েংহুনা কর্ণবু ইচানি হায়না থিরকই —মপান ফরক্লবদা শাগৈ ঙাক্তনি হায়বগুম্না মপান ফরবা কর্ণদা কুন্তীনা ভিক্ষা নিবা লাকখি। মানা হন্দক নিররিবা ভিক্ষা অসিদি চুন্নগী ইচম চম্বা পোৎনা হাপত্তুনা পেলহনখিবা য়াবা নত্তে; সনা লুপা মণি-মুক্তানা মহুৎ শিনবা য়াবা নত্তে। মঙোন্দা অমদি মীওইবা থুদিংমক্তা তাঙনা থোক্লবা মাগী কবচ-কুণ্ডল অহুদগীসু হেন্না মমল য়াম্লবা পোৎনি। কুন্তীনা মঙোন্দা নিররিবসি কবচ-কুণ্ডল অমসুং লৈরম্বা সম্পতি 'পুম্বা দান তৌথোকখ্রবদসু মহাক্না মরূপকীদমক্তি হায়না থাকচহৌরিবা "মশামক" কুন্তীনা নিররে! কমদৌনি !! ঐখোয় ভাবোক ওইরিবা অমাঙ অতোঙগী অহুতা হোৎলিবা কাংবুতনা ঙকচবনি। কর্ণগুম্বা দানবীরদি মিকুপ অমা ফাওবা চিংনখিরমদে। কুন্তীনা কর্ণদা "নহাক ঐগী ইচা অহলনি পাণ্ডব মঙাসি ননাওনি, নঙনা মখোয়গা তিন্নরগা পৃথিবী-পতি ওইয়ু, ননাওশিংসি নঙগী সেবা তৌনৌ", হায়খি; মচা মঙাদগী তরুক শুরনি নীংহুনা। অহুবু মমানি হায়রিবা মাগী খোন্নাং লম্মন্দি তোন্দ্রবা মাগী লম্মন শীংবরুদি পিক্লিবা মাগী মশক্তু উবমক্তদা কুইনা থকউরবা খোন্নাংনা ঈহৌথিবা, মাগী অমুত মক্তনা মশাড় শারেপ ফানথিবা অয়োকপী মমা রাধাগী লম্মন শিংথনা চামরক হেন্না কৈ! মপুন্সিহু পুম্মাং মাঙবা তারবদগী মীরক তিনবা য়ানবা শেম্বিরক্লবা মমা অহুদা হৌজিক্তা পম্ভুংফম য়োরম-দাইদা "নঙদি চানবা ইমা নত্তে, ঐগী অশেংবা ইমা লৈরম্মে"

হায়বসিদি কর্ণগুম্বা মীওইনা হায়গদবা নত্তে। য়াক্কমসিমক —হায়রম্লবদি কর্ণনা রাধাদা মীনম্বত্তা নত্তনা মমাওইবা খুদিংমক্কী মক্কমদা লৌনম্বনি। কুন্তীনা হান্না মচা ওইবশিংগী মক্কমদা লৌনমখিবগুম্বা ( মানা পোক্তুনম্ব ) কর্ণদি মমা ওইবীশিংগী মক্কমদা লৌনম-লীচং অসি চংপা হৈতে। মাগী আদর্শদি অমনি। মানা নোংমা হুমিংম্বুংবা মতমৃগী সূর্য্য নমস্কার তৌরিঙৈদা মমা কুন্তীদা যুধিষ্ঠির ভীম, নকুল, সহদেব মচামরি দান তৌখি। কুন্তীগী মাঙদগী তরুক-শুবা হিসাব অদুদগী অর্জ্জুনবু মাগী লাম্বাগীদমক অমম্বুং মশাবুনা অয়োকপী মমা অমদি মরুপকীদমক খাকতৌই। কুন্তী করিম্ব উপায় লৈত্রদ্রনা হনখি। হৌরকপদা লানখিবা লমচংসিদি মীওইবনা পুন্সী সন্ধ্যা য়োরক্লবা ফাওবদা থক চুমথোকপা ওমদে হায়বসিগী খুদম ওইনখি।

কাংবু অনিতু লানগী শাক্লোল তৌরত্নরা কুরুক্ষেত্র যৌথ্রে নরমেধ যজ্ঞগী মশক লৌবগদৌরিবা যুদ্ধ-সজ্জ অসিগী মৈদি দুর্য্যোধননা হৌগৎলুবনি ; মতুদা মানা মরু ওইবা পুরোহিত ওইনা খঞ্জরিবসি ভীষ্ম দ্রোণগী মথংদা নহালক্কগা কর্ণবুনি। অদুবু হন্দক্কী লুরবা তাঞ্জা অসিদম্ব অহল্লাশিংনা মাবু তুংওইনবিরে ভীষ্মনা মাবু "অর্ধরথ" হায়বিরে। অসিদগী হোন্দোক্তুনা—মানা লুশা খঞ্জরিবা "অর্জ্জুন" অতুমক্কম্ব লাম্বা পাবা য়ারোই অম্বুম্বা মখোয়শীক্লবা ভবিষ্যদ্বাণী তৌবিরে। ইখোং ফোংলা অপমান তৌবির্বাসমক্কম্ব মহাক ফনা য়াম্না নীংহল্লবদি য়ারবনি, অদুবু কর্ণদি মাগা লোয়নরিবা য়েক্লবা "ভাগ্য" গা নত্তনা লাল থেংনত্নরতা লাকপনা যাত্রা তৌরমদাইদা অমঙ্গল পীরকপা অসিম্ব মাগীদি স্বভাব অমগুমথ্রে।

অদুম ওইনমক কর্ণ মীনি, ক্ষত্রিয় গুণ চেনবনি ; মাগী অথাঙ কনবা মগুণনা অসি কৌরবকুবদগী অহলশিংগী অদুদা থোক্তদোক্না থৌগল-লোলমক্তি কায়দবা রাকমনা ছুর্য্যোধনদা অস্থুন্না হায়খি—"ভীম্মদি মী খুদিংমকপু করিস্থু থৌশাদবনি, অহলশী মরা লৌবদি হৌনৈ অদুবু যান্না অহল ওইরবা মীদি অঙাংগা পাংখক ওইরবনি অদুনা মথোয়গী মরাদি লৌফদে। ভীষ্মনা হিংলিমখৈ ঐহাক অকনবা লাল তৌরোই। মানা শিরগা পাণ্ডবকী মহারথীশিংগা লাম্না পাদুনা অকনবা লাল থেংনগনি।"

লাল চঙলক্তদাইদা নীংবা কায়বা য়াম্নবা খুভম ফনা থেংন-ছুনমকপু কর্ণ মরাপকী য়াইফনবা খুভম শীনবদা মপুক্কিং করিমতা লৌথুপ লৌকোই তৌখিদে। মহাভারতকী লানজাওসিনা খুদম ওইনদুনা "অচুম্বা মশক ভাক্কবা" নত্রগা "অরানবা কাংবুবু অচুম্বা কাংবুনা শোয়দনক মাযথীনা পীঙম্মী." হায়বসি উৎননবা হোৎন-বমক্তি ; তৌইগুম্বসুং লাল হৌবদগী লোইবা ফাওবা মীচং অনিমক অচুম্বগী ফিরেপ্তা কায়দনা লৈখিবদি নত্তে। য়াফম অসিদা কর্ণস্থ অকনবা শক্নাক য়াখি। মথুক্তা খুৎলাই পায়দ্রবা চহী নৌরিবা অভিমন্যুবু হাৎননবা হোৎনবা য়াওবা কুন্তাদা দান তৌথোকপ্রব-মক্তদা ভীম অমসুং যুধিষ্ঠিরবু শিবা মচেৎ খাক্না খাক্না থারকপা অসি পূম্নমকসি অচুম্বা ভাকপগী মপুং ফারবা ফিরেপ নত্তে।

লুর লুরবা মতাংদা খুদোংথিবা কয়া কয়া থেংনবতা নম্বুনা কৌরবকী অকনবা কয়া লোক্তশিনথ্রবদা শল্যনা কর্ণগী সারথি ওইবা তাখি। অদুবু অরাবাদি ! মাগী মতেং য়াম্না পাংফম থোকপা, অমরোমদা হায়রগা মাতনা মরুওইনা লাল মায় পাক্নগদৌরিবা

সারথিত্তুনা মঙোন্দা করিমতা তেঙবাংবিদ্রে তেঙবাংবিবদি লায়রত্তুনা পাণ্ডবকী ফনবত্তুম তৌথ্রে; হৈকোং ফোংনা—"মাবুদি অর্জ্জুননা পুমহেল হেল্লি, কৃষ্ণনা সারথি ওইরিবা অর্জ্জুনবু নঙনা কৈদৌঙৈ-দস্তু মায়থীবা পীবা ঙম্লোই" হায়রিবে। অসি য়েৌরবা ফাওবদা করিমত্তা নীংহন্নবা তৌদনা মাগী তৌগদবদা মথৌ মপুং ফানা পাংথোক্লবা হোৎনবসি কর্ণগুম্বা মীওইগী থৌদৌনি।

কনাগুম্বা মশাগী মথৌনাতনা পুন্সী লমশাং চৎকনি, তাইবং ঈপাক লানগনি হায়না হোৎনরিবা মীওইনা ফনা য়াম্না খুদোং-থীত্তুনস্তু অরানবা নত্রেগা অথুপ-অরোনগী পাম্বৈ থক শীজিন্নদে। মশা কম্নবনি হায়ত্তুনা মমান্নবা নত্রেগা মঙোন্দগী হস্থবা মীওই অম-ত্তগী মতেং লৌদে। কর্ণ লম্বী অসি কায়দনা চৎলি। তরাতরেৎনি চনবা স্তুমিৎ অত্তু কর্ণ পুক্লিং হকচাং অনিমক পুমচোক চোকথরে। সারথি ওইরিবা শল্যানস্তু অয়াকপা য়াহৈ কয়ানা অশোকপদা থুম মোরোক চাইশিল্লে। অসিদগীস্তু হেনদোকত্তুনা মহাক্না কর্ণগী মাঙননবা অর্জ্জুনগী ফননবা দোলাই খুৎথৌদা থৌরবনি। মরম অসিনা কর্ণ অর্জ্জুনগা লান্থা পাবদা নোম্লপ্ তৌরে। অকনবা অনিত্তুগী কল্লবা লানফমত্তুদা পৃথিবীস্তু নিক্না খাঙলে। তাঞ্জাসিদা অশ্বশেণনা কর্ণগী তেনদা তুমিন্না য়েপত্তুনা অর্জ্জুনবু লোইননবা হোৎনখি। মানা মমা হাংখিবগী লম্মন শিংগে থৌরাংথি। অত্তুবু কর্ণ খঙহৌদবা অমদি মাগী নিয়ম-মন্ত্র যাওখিদবনা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী রথ অত্তু খোঙপাক্না নমথরত্তুনা অর্জ্জুনগী মকোকমক্তি কলহৌবা ঙমখি অত্তগা মাগী সনাগী লুহুপ্তি কনবা ঙমহৌদ্রে। ল'কচৈদা নীংত্তুনা অশ্বশেণ অমুক হল্লক্কুনা কর্ণদা হায়ররে "ঐহাক অর্জ্জুনবু

লম্মন খুম্বগা লোয়ননা জয় তৌরুরগে, নহাক্কী তেনজৈসিদা নিয়ম-মন্ত্র শোন্দুনা ঐবু হাপ্লগা কাপপু। কর্ণনা কল্লবা মাগী হৌনশা ওইরবা রাহৈনা হায়খি—"অশ্বশেণ, ঐদি অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগী মতেং লৌতুনা জয় ওইবা পামদে, অর্জুন চামা হাৎকনি হায়রুনসু ঐনা কৈদোঔদসু কনাগীসু মতেং লৌরোই। নহাক শাউগনু।"

মুমিৎনা চায়থরকপা অমসুং পূমতা তাখিববু খঙহৌদবা কনা য়াওগদগে? মহাভারত লাঙ্গাওগী নাকপাক য়ারিবা কর্ণনা মরায় চায়থরকপা অমসুং পুন্সাগী অরোইবা য়াহিপ তানখিববু খঙহৌদবা কনা য়াওগদগে? পরশুরাম অমসুং মশন মাওগ্রবা ব্রাহ্মণগী শাপ, কুন্তী অমসুং ইন্দ্রদা দান-তৌখিবা অমদি শ্রীকৃষ্ণগী খুজিল থৌরাং ময়ামশিংনা কর্ণবু জয় তৌননবগী পাম্বে হায়বদি শগোল, রথ, অমদি খুৎলাই ওইনরগা অর্জুনরা চুম্নগী জয়-পত্র থেৎলবা সারথি ওইরগা কর্ণগী অকনবগী ওইবা পুন্সীতু পৃথিবী-সিদগী চিংথোকখিবনি। পৃথিবীনা ফাজিনথ্রবা দোলাই চাকাতু ফুকৎলিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণগী খুজলদগী অর্জুননা কর্ণদা খুৎলাই থাখি।

ভাগ্য অমদি পুরুষার্থ অনিগী অকনবা লাল থেংনরম ওই-রম্বা প্রকৃতি অমদি বিকৃতি অনিনা তত্তুনা নৈহৎপিরবা "কর্ণ" হায়না খঙনরম্বা হকচাং পোলাংতু থাদোক্রমলগা মপুংফারবা মঙাল অমা মথকৃলোমৃদা হাইগৎথিতুনা সূর্য্যদা তিনখি।

**শরুক্মা নৈনবা**

মহাভারতকী কাউডমদ্রবা মীওইশিংগী মহুংদা দান তৌবদা অথাকপা লৈত্রবা "দাতা কর্ণ" হায়না খঙনরিবা অসিসু মনি অমনি। পোকপদগী

শিবা ফাওবগী মপুং ওইবা মতাংশিংবু নীংথজনা উৎলিবা য়াম্বেং মচা অসিদা তাক্লিবা কর্ণগী পুন্সিসি তাপ্য (লাইবক) অমস্তুং নিপা থোকপা থবক (পুরুষার্থ অনিগী লোইবা নাইত্রবা লাননি হায়না লেখক্না উৎলি। অয় তৌখবদি লাইববনি। অতৃবু মতাং মতাংদ মায়থীরবা কর্ণনা কুরিগুম্বদম্ব মীতোন্দা চঙজবা মীগী মপাল তাংবা অমস্তুং অচোপ্পা থবক তৌখদে। কুম্বাম্বা কুন্তানা সুৰ্য্যগী মচা ওইনা কংজবা কর্ণবু কোম্বি চকুদা হাপ্পুনা খাদাখবদগী কণগী লাইবকনা চৈন ফাওবা তৌখ্রে। মতুংদা কনবা পোৰদা মপা লৈত্রবা কর্ণব পরশুরাম অমস্তুং মখল মাঙত্রবা ব্রাহ্মণগী শাপ, কুন্তা অমসুং ইন্দ্রদা দান তৌখবা অমস্তং শ্রীকৃষ্ণগী খুজিল থোরাং ময়ামশিং—পুম্বনক আসনা মপাঙ্গল অমস্তং মহেদা নপা লৈত্রবা কর্ণবু মায়থীবা পীখি। অতৃবু কর্ণগী মরূপ নাইবা, য়াশক চেৎপা অমস্তুং মীথা পোন্দবগী মাঙফদ্রবা মিংচৎপুদ থাঙহনবা ওমাখদে। লাইবকনা মখুঙা কণ মায়থীখি। অতৃবু মীংচৎনাদ মহাকপ্প অমুক্তা হেন্না পুখৎখিদ্রনা 'মহাভারতকী মণি রত্ন' শিংগী মরক্ত অথোংবা অম ওইরম্বি। মীংচৎ লৈবা মীগীদি থাশবা হায়বা অমা লৈতে।

---

# অ চার্য্য বিনোবা ভাবে

## নীলধ্বজ শর্ম্মা

খৃঃ ১৯২৭ কী ওক্টোবর থাদা ব্রহ্মপুত্র ভাগবতী লেকাইদা পোকই। হিন্দীদা রাষ্ট্রভাষাগী "রত্ন" উপাধ ফংবদা নত্তনা সংস্কৃততম্ব "শাস্ত্রী" নি। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা কাব অমা ওইনা অমসুং য়ারী মচা ইবা লেখক অমা ওইনা শীংথানরি। দেশ প্রেমনা কাব অসিগী মপুং ওইবা

সুম্নি। সমাজগী লৈখা ভারবশিংবু য়েংশিনবা মীৎয়েংনা লেখক অসিগী মরু ওইবা মশক্নি। হৌজিক ফাওবদা কোঙলবা লাইরিক রাষ্ট্রীমচাশিংগী মরুংদা —"অহিং লিক্লা" (শৈরেং) "বাসন্তা চয়োং" অমসুং "খোংজোম তীর্থ" (খণ্ড কাব্য) শীংথানবা য়াববা লাইরিকশিংনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনচিংবা মণিপুরগী শীংথানবা য়াববা সংস্কৃতি অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থানশিংগা নকশিনবা মরী লৈনদুনা মরুওইবা থৌদাং পুবদা য়াওরি অমসুং শীংথানবা য়াববা সমাজ সেবী অমা ওইরি।

চায়াম পোকপী ভারত মাতাগী গর্ভদগী মুনি ঋষি কয়া, অকন-অথৌ কয়া পোকখ্রে। পৃথ্নমক নুমিৎ-থাগী মতৌগুম্নবা লংলবা মিংচৎ থনম্লগা মহৈ মহৈ হন্নখি। হৌজিক কুনশুবা শতাব্দীনি। অনৌবা যুগ অসিদা অথোইবা মপারী মমোম কয়া কয়া লংকই। মখোয়না মালেম লৈমদা অঙম্বা খুদোল পীরম্মি। কুনশুবা শতাব্দীদা বিজ্ঞানগী চাওখৎপগী পম্হেং য়োশিল্লকই; অনৌবা শক্তি অমনা পৃথিবীবু থক থক নিকহল্লি; মতু এতোমনি, পৃথিবী পুম্বা মিংকুপ্লদা সংহার তৌবা ঙম্নবা শক্তি অসিনী মায়য়োক্তো লংবৌ শেৎপা খুগ্রাং তোংবা মপা অমনা পুথোকলক্লি অহিংসাগী মহাস্ত্র · সত্যাগ্রহ। মহাক অদু অনৌব যুগকী মহাপুরুষ মহাত্মা গান্ধীনি। মহাত্মাজী খুপগ্রবদা ভারতবাসীশিংন মহাক্কী ওমথং কনা লৈহৌত্রবোই নিংলুই; অদুবু মকোই মরাং চোম্বা শরূদা উনশাতনা কুপ্লবা মশা শোল্লবা মপা অমা চোংথোকলকই। মাগী মরিংজেল মথৌনা উবদা মহাত্মা গান্ধীজীমক্লা হায়বিরম্মী—"অশোনবা তকচাংদা অচৌবা আত্মা লৈবা" হায়না। মহাক অতৈ কনা নত্তে; আচার্য্য বিনোবা

ভাবেনি। লমগী করাম্বা মিহৌ চাউবনা হাংনবদা হালেংবা লৈত্রবা তাইবংপাল, য়েতুম মনাদা পকপা লৈবাক মচেৎ অমগী দমক ঈথেং তানরবা মীওইবদা মহাক্না ভুদান যজ্ঞগী খুদোল পীবিরি। অনৌবা খুদোল অমস্তুং চাংয়েং আসবু পৃথিবী পুম্নমকনা মিৎকুপ্তনা য়েংলি।

আচার্য্য বিনোবা ভাবেগী থাঙ্গেশেংবা হান্না কৌরম্বা মিংদি বিনায়ক নরহরি ভাবেনি। মহাত্মা গান্ধীজীগী সবরমতি আশ্রমদা লাক্লবা তুংদা গান্ধীজীনা বিনোবা ভাবে হায়রা মিং অসি থোনখিবনি। বোম্বেগী কুলাবা হায়বা জিলাদা গাগোড়া হায়বা খুঙ্গং অমা লৈ। খুঙ্গং অসিদা খৃঃ ১৮৯৫ গী সেপ্টেম্বর থাদা বিনোবা পোকখি। মপাগী মমিং নরহরি শাস্ত্রীরাও ভাবে অমস্তুং মমাগী মমিং রুক্মিনী দেবী কৌরম্মি। বিনোবাগী মপাইবুঙোসি মহারাষ্ট্রীয় ব্রাহ্মণনি; মহাক য়াম্না ধর্ম্ম চেনবা মীনি। মমা ইবেম্মস্তু য়াম্না লমচৎ ফজবা অমস্তুং ধর্ম্ম চেনবী নুপীনি। মতম পুম্নমক্তা দান ধর্ম্মদা পুক্নিং চঙলম্মি। মতম পুম্নমক্তা মারাঠী সাধু সন্তশিংগী লাইশোলঈশৈ শরুম্মি। অঙাং ওইরিবা বিনোবানা ধর্ম্মগী ওইবা পাওতাক কয়া মমাগী মফমদগী ফংখি। অসিগুম্বা ধর্ম্ম চেনবা মপা মমাগী মচা ওইবনা বিনোবানা ধর্ম্ম চেনবা মী অমা ওইরিবনি।

বিনোবানা খুঙ্গংগী স্কুল অমদা লাইরিক তম্বা হৌখি, মতুংদা খৃঃ ১৯০৭ তা বড়োদাগী হায়স্কুলদা মিং চনখি। বিনোবা বুদ্ধি য়াম্না ফবা ছাত্র ওইরম্মি। অরু অরুবা লাইরিক অমস্তুং বিষয়শিং মহাক য়াম্না পাম্লম্মি। গণিত মহাক্না য়াম্না পামজবা বিষয়নি। পরীক্ষাগী মতম্না—অঙ্কগী প্রশ্নদা অহানবা ব্লাহং অস্থ য়াম্না লুরম্মি।

মহাক্না ইহান হানবদা অরুবা রাহং অত্থ হোৎলম্মি। মত্থ হোৎ-লিউৈদা মতম অয়াম্বা হৌখ্রে অমসুং অরায়বা অঙ্ক কয়ামক্রুম হোৎহৌদরে। অতৈ ছাত্রশিংনা অরুবা রাহং অত্থ থাদোক্লগা অরায়বমথৈ হোৎলম্মি অমসুং মথোয়না বিনোবাদগী হেম্না নম্বর ফংখিরম্মি। থৌদোক অসি বিনোবাগী পুন্সিদা অচৌবা থবক অমসুং অরুবা সমস্যা কয়াগা লাম্থেংনরগদৌরি হায়বগী অরাবা খুদম্নি।

খৃঃ ১৯১৩ দা মেট্রিক পাস তৌদুনা বড়োদা কলেজদা মিং চনখি। কলেজগী ছাত্র অমা ওইরিউৈদগী হৌনা ভারতকী নিংতম্নবা হোৎনরিবা বিপ্লবীশিংগা তিন্নৈ। মাগী থম্মোইদা নিংতম্বগী লানফম্নগা মৈরি চুবা হৌখি বিনোবা স্কুল অমসুং কলেজগী পাঠ্যদা নত্তনা আউটবুক য়াম্না পারম্মি। চাং নাইনা লাইব্রেরীদা চৎলি। নোংমা লাইব্রেরী অমদা চুংঙাইরবা থৌদোক অমা থোকখি। মতম অত্থ য়াম্না শাবা থানি—বিনোবানা ফুরীৎ অত্থ লিৎশিন্দনা মরেংশান্দ য়াল্লগা ফমদুনা লাইব্রিক পারম্মি। মানা ফুরীৎ অত্থ লিৎশিন্দনা ফম্বা অসি দারোয়ান অত্থনা লমচং নাইদবনি খল্লম্মি অমসুং মহাকপু অসভ্যনি হায়রম্মি। মমৈথংদা থংনরক্লুনা লাইব্রেরীয়ানগী মনাক য়ৌনরে। লাইব্রে-রীয়ানদি সাহেবনি। মহাক্না বিনোবাবু কৌশিল্লগা নহাক সভ্যতা খঙদ্রা হংখি। বিনোবানা ইরৈবাক্কী সভ্যতা খঙই হায়না খুমখি। সাহেব অত্থনা নখোয়গী সভ্যতা অসিদি অসভ্যতাগী মক্নুং চল্লি হায়না হায়খি। বিনোবানা মসিগী পাওখুমদা হায়খি 'হকচাংদা ফুরীৎ-কোটনচিংবা য়াম্না লাৎপা ঙাক্না সভ্যতা কৌবা নত্তে। ঐখোয়গী

ভারতকী সভ্যতাদি চাওথোকপা লৈতনা পুন্সি লেনবা, কান্নদবা পোং শিজিন্নদবা অসিনি। অদোম্না চৌকীদা ফমডুনা লৈরগা ঐবু ননাক্তা কৌশিল্লগা লেপহন্দুনা লৈহল্লিবা অসি সভ্যগী শাক্তংনি খন্দে।" বিনোবাগী পাওথুম অসিদা সাহেব অডু য়াম্না ইকাইখি অমসুং তেথরকখি। মতুংদা লাইব্রেরীয়ান অডুনা হংবদা বিনোবানা খুমখি—"লাইব্রেরী অসিদা লৈবা লাইরিকশিং চাউরাক্তা পাবা লোইহশিল্লক্লে।" অসুম্না বিনোবা'না ছাত্রগী পুন্সিদা আউট-বুক য়াম্না পাডুনা জ্ঞানগী পুক্কে হেনগৎহনখি।

কলেজগী ছাত্র ওইহরিঙৈ পুন্সি অসিদা মপুক্কিংদা বৈরাগ্য ভাব ফাওরকখি। দেশকী সেবাদা মপুন্সী কখোক্লগে হায়না মপুক্কিংদা লেপখি। মহাক্না তুংদা চাকরী তোডুনা হিংনিংবগী আশা লৈত্রবনা কলেজগী ডিগ্রী লোক্লবগী কান্নবিঙাই লৈত্রে ; মরম অসিনা মাগী সার্টিফিকেট পূম্নমক মচেং মচেং শেগাযডুনা মৈ থাদোক্লে। খৃঃ ১৯১৬ কা মার্চ্চ থাদনি বিনোবানা মরুপশিংগা লোইননা বোম্বেদা পরীক্ষা থাবা চৎলম্মি। লম্বাদা সুরাট কংশন্দা মহাক কুমথহোরে অমসুং কাশীরোমদা চৎখ্রে। মহাক্না কাশীদা লৈডুনা সংস্কৃত তম্বা হৌখ। মখল মখা অমাম্বা বেদশাস্ত্র নৈনডুনা আত্মজ্ঞান তানশিনখি। মসিডনসু পেনবা ঙমখিদে। মহাক্না হিমালয়দা চঙ্গনা তপস্যা তোগে হায়নসু থনখি। মরক অসিদা কাশী হিন্দু বিশ্ববিদ্যালয়গা সমাবর্ত্তন উৎসবকী সভা ফমখি। মসিদা বড়লাট অনসুং ভারতকী নিংথৌ কয়া তিনখি, অমসুং ইংরেজী লোনদা ভাষণ পীনখি। তুমিৎ অসিগী সভাদা মহাত্মা গান্ধীজী য়াওরম্মি অমসুং হিন্দী লোন্দা ভাষণ পীরম্মি। মতম

অসি গান্ধীজীনা দক্ষিণ আফ্রিকাগা ভারত মচাশিংগী মুক্তি-আন্দোলন লোইরম্লগা ভারততা হল্লকপনি। মুমিৎ অসিগী গান্ধীজীগী ভাষণদা ভারতবাসীশিংগী মীনাই ওইবগী পুক্নি অমসুং লৌমীশিনমী পুন্নমক্কী থম্মোইগী অরাবা খোল্লাউ কোঙদোক্লম্মি। মাগী রাশিং অসি সভাদা মৈরা হৈথবগুম থোকখি অমসুং তিল্লিবা ভারত মচা পুন্নমক্না ঙক্না য়েংনাখ অমসুং খনখি---ভাবত মচা কোটি নিফুগী লুচিংলগদবা মুপা অদু লাক্লে।

বিনোবানা গান্ধীজীগী ভাষণ খবরদা পারে। মহাক্না খল্লি মহাক্কী গুরু ফংলে। চিঠি কয়া চৎনদ্না রাহং পাউখুম তৌনরবা তুংদা গান্ধীজীগী থাথং মতুং ইন্না বিনোবা গান্ধীজীগী সবরমতী আশ্রমদা চৎখ্রে। আশ্রম অসিদা চৎলিবা নীতি-নিয়ম অমসুং থবক-ইংথাং পুন্নমক উবদা মহাক ঙমখৈ লৈতনা মুঙাইখি। মালা খনখি মফম অসিদা ক্রান্তি অমসুং শান্তি অনিমক পুন্না লৈরে। অসিগী মমাংদা বিনোবানা হিমালয়দা চৎনৌংলম্মি, লোয়না লোয়ননা বাঙ্গলা দেশতা চৎলগা মফম অদুগী বিপ্লবীশিংগস্মু তিন্নানিংলম্মি। রাখল অনিমক থাদোকখ্রে। মালা হায়খি—

"খৃঃ ১৯১৬ তা ব্রহ্ম থিনবগা দমন খুম থাদে তুনা কোয়রকই। কাশী চৎলি, মতুগী তুংদা হিমালয়দা চৎকে নাংলম্মি, বাঙ্গলা দেশতা কোয়রুবগী রাখলস্মু পুকনিংদা লেরম্মি লাইগী নোংদম্না অনিতুগী মরক্তা অমতস্মু থোকখিদরে; গান্ধীজীগী নাক্ত চৎলম্মি, মতুদা হিমালয়গী শান্তি অবসুং বাঙ্গলাগী ক্রান্তি অনিসিগী সঙ্গম উরে। পূক্নিংদতা হায়রম্মি—ঐগী অপাম্বসিমক মপূং ফানা থুংলে। ব্রহ্মগী অমুসন্ধানদি ঙসিস্মু চথরি।"

সবরমতী আশ্রমদা মতম থরা লৈরম্লগা সংস্কৃত তম্নবগীদমক আশ্রমদগী চহি অমগী ছুটি লৌহুনা চৎখি। চহি অসিগী মনুংদা মানা থা তরুক ব্রহ্মসূত্র তমখি, লেমহৌরিবা থা তরুক্তা মহারাষ্ট্রগী মফম কয়া মরুমদা চৎতুনা গীতা-প্রবচন পীখি ; চহি অমা হেক ফাবা শুমিংতা মহাক আশ্রমদা হল্লকখি। আশ্রমদা হল্লক্লগা মহাক হান্নগী মতৌগুম্না নোংমদা পুং তরাতরুক থবক নোম্লম্মি। বিনোবাগী মরমদা মহাত্মা গান্ধীজীনা হায়বিখি—"বিনোবানা আশ্রমদা তম্বা লাকপা নত্তে ; তৌইগুম্বসুং আশ্রমবু তম্বিবা লাকপনি।"

খৃঃ ১৯২১ দা জমনালাল বজাজনা হায়জবা মতুং ইন্না গান্ধীজীনা রার্ধাদা আশ্রম অমা লিংখৎখি। আশ্রম অসিবু পুননবা মতিক চাবা মুপা অমগী দরকার লৈরম্মি। গান্ধীজীনা মাগী আশ্রমদা লৈরিবা মীশিংগী মনুংদা বিনোবাদগী হেন্না মতিক চাবা মী অমতা উরমদে। মরম অসিনা রার্ধাগী আশ্রম অসি বিনোবাদা শিন্নরম্মি।

বিনোবানা মীওইন্দা উথোকপা অমসুং প্রচার তৌবা থোইনা পাম্লমদে। মহাক্না থবক্তুনা হেন্না পুক্নিং চঙলম্মি। মরম অসিমক্না মহাক্না মমল য়াম্লবা থবক কয়াদা লূপতুনা লৈহুনসু লৈবাক মীয়াম্না মাগী মমিং তপ্না অমসুং থীন্না খঙনরকই। রচনাত্মক কার্য্যক্রম, রার্ধা শিক্ষা যোজনা, চরখা সঙ্ঘ, গ্রামোদ্যোগ সঙ্ঘ, গোসেবা সঙ্ঘ অসিনচিংবা অচৌবা থবক কয়াদা লূপতুনা লৈহুনসু ভারত অপুম্বগী নেতা অমা ওইনাময়াম্না খঙনখিদে। বিনোবাদি থবক্তা থাজবা মীনি। সংস্থা য়াম্না লিংখৎলগা অচৌ অচৌবা মমিং থোক্লিন্দুনা

ময়ামদা উৎপা মহাক পাম্লমদে। "ময়ামদা উৎপা পামগনু; নং নশানা তৌবা ভন্না সেবাগী থবক অত্তা তৌ, সেবা তৌরগা অচৌবা ওইবগী আশা থাদোকউ" হায়বসি মাগী পাওতাক্নি।

দরিদ্রনারায়ণগী সেবা তৌবনা মাগী পুন্সিগী লক্ষ্য ওই-রম্মি। রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা মহাক্না থবক তৌরম্মি; মতু মচোন্দা মশা ওইনা থোক্লম্মি। ভারতকুম্বা লাম্নরবা লৈবাক্তুদি রাজনী-তিগী থবকসু দরিদ্রনারায়ণগী সেবাগী শরুক অমনি। নত্রবদি মহাক্না আধ্যাত্মিক অমসুং সমাজ সুধারগী থবক্তা রাজনীতিগী থোংহৈদোকপা মফম লৈরম্লোইদবনি। মহাক্না অযাম্বা মতম রাধাগী অকোযবদা লৈবা থুলশিংগী শেমগৎ-শাগৎপদা লেম্লম্মি। বিনো-বানা মহাক্না মতিক চানা কর্ম্মীশিংসু শেমগৎলি। রাক্ষম অসিদা গান্ধীজীনা হায়খি—"বিনোবাগী মনাক্তা অকিবা লৈত্রবা মতিক চাউরবা কর্ম্মীশিংগী লান্না লৈবা অতুম্বা ঐগী হৈনাক্তা লৈতে।"

বিনোবানা আশ্রমদা লৈবা মতমদা মখল মখা অয়াম্বা থবক তৌরম্মি। মাগী থবকশিংগী মনুংদা রাই শিৎপা, অমাংবা শেংবা, চাক থোংবা পুম্নমক অদি য়াওরম্মি। মায়কৈ অমরোমদা মহাক আশ্রমগা শনানি, অমসুং ধর্ম্মগী পাওতাক পীবা মীনি। অমুকথাক্তি অমাংশং শেংবগী মতাংদা আশ্রমদা লৈবশিংনা য়াম্না পেন্দবা ফোংদোকখি মমৈথংদা রাক্ষম অসি গান্ধীজী য়ৌনখি। গান্ধীজীনা থবক অসিদি য়াম্না শেংবনি হায়না বিনোবাবু সমর্থন তৌবিখি।

শিক্ষাগী মরীদা বিনোবানা হৌজিক্কী শিক্ষা পদ্ধতি অসি পান্নমদে। সুপ্পগী পাঠ্য পুস্তক মথৈদা নৈনবা, পুন্সিদা চঙক্ষম থোকপা থানবা য়াত্রবা থবকশিং য়াওদবা শিক্ষাবু মানা শিক্ষা কৌনীংদে।

রাজনৈতিক আন্দোলনদা শরুক য়াবগীদমক খৃঃ ১৯২৩ দা মহাক অহানবা ওইনা জেলদা চঙখি। মতুংদসু মহাক মথং মথং ওইনা কয়ারক হন্না চঙখি। মহাকপু জেলদা থম্বা মতমদা "বি" ক্লাসতা অমসুং অতৈবুনা "সি" ক্লাসতা থম্নম্মি। ময়ামদগী তোঙান্না লৈহনা বি ক্লাসতা লৈবগী খুদোংচাবা অদু মহাক ফংনিংলমদে। মরম অসিনা "বি" ক্লাস থাদোক্লগা "সি" ক্লাসতা মহাক লাকখি। গীতাগী মরীদা ইবা মাগী "গীতা প্রবচন" কৌবা লাইরিক অসি মহাক্না জেলদ লৈবা মতমদা সত্যাগ্রহীশিংদা পীখিবা ভাষণময়াম পুনশিনবনি। মাগী গীতা প্রবচন অসি গীতাগা মরীদা ইবা অফাওবা লাইরিকশিংগী মধ্যুংদা অমনি। অসিদা নত্তনা "গীতাঈ", "স্বরাজ্য শাস্ত্র", "বিচার পোথী" নচিংবা লাইরিক কয়ামরুমসু মানা ইখি।

বিনোবা ভাবে বালব্রহ্মচারীনি। মহাক্না মন্নুম মকৈ পান্দুনা মাগী পরিবার শেমগৎ শাগৎপা তৌখিদে। মহাক্কী পুন্সী অসি লৈত-লায়র অমসুং দেশকী সেবাদা কথোক্লবনি। গান্ধীজীনা খুঙ্গংগী সেবা তৌববু ঈশ্বরগী সেবা তৌবগুম খল্লি। মহাক্না মাগী আশ্রমগী কর্ম্মীশিংবু চাং নাইনা খুঙ্গংদা তুমিৎ ১৪নি কোয়বা চৎহল্লি অমসুং ১৫নি শুবা তুমিত্তা হল্লক্লগা রিপোর্ট পীহল্লে। খুঙ্গংগী জনতাবু মানা ঈশ্বরগুম্না খল্লি মরম অসিনা মানা খুঙ্গংদা

কোয়বা অসি ভক্তনা মন্দির কোইবা অতুগুম্না থম্লি। অসুম্না মানা মতম অতুগী হিন্দু সমাজনা মীরায়না থম্বিরবা হরিজনশিংগীসু অচৌবা সেবা তৌখি। মতম অতুদা হরিজনশিংবু মন্দিরদা লাই থুরুম্বা চঙহল্লমদে, গুহাদা ঈশিং শোকহল্লমদে। বিনোবা ভাবেগী সেবা অমসুং অক্কবা পাউতাক্কী মপান্না মতম থরদগী মসুংদা ভারতকী থুক্লং কয়াদা মন্দির কয়া গুহা কয়া হরিজনশিংগীদমক থোঙ হাংখি।

বিনোবা মতিক য়াম্না চাউবা মী ওইরবসু মশানা মশাবু অচৌবা ওইনা থল্লমদে। মশাবু কয়া য়াম্না চম্না থনবগে হায়রবতু গান্ধীজীগা মহাক্কা চিঠি চৎনবগী থৌদোক অমনা শেংনা ফোঙদোক্লি। নোংমা বিনোবাদা চিঠি অমা লাকই। মতু পারগা খুদক্তা শেগায়হনা লংথোকখ্রে। মাগী মনাক্তা যমুনালালগী মচা কমলনয়ন ফম্লম্মি। মতৌ অতু উবদা কমলনয়ন য়াম্না ঙক্লম্মি। মহৌশানা বিনোবানা চিঠি ময়াম পুনশিল্লি অমসুং পাওখুম পীবা লোইরগা লংশেকই। ঙসি করিগীদমক চিঠি পারগা শেগায়খ্রিবনো থনবদা কমলনয়ন য়াম্না ঙক্লে। মানা চিঠি মচেৎশিং অতু খোমজিল্লগা তাইশিন্দুনা য়েংলে। চিঠি অতু মহাত্মা গান্ধীজীনা পীরকপনি। চিঠি অতুদা অসুম্না ইরম্মি—"নঙোন্দগী হেন্না চাউবা আত্মা কনাগী লৈরিবগে হায়বসি ঐ খঙদে।" মশানা অচাওরম কাদবা অমসুং থাগৎপদা হরাওবা পোক্তবা মী ওইবনা বিনোবানা গান্ধীজীগুম্বগী অচুক মমল য়াম্লবা সার্টিফিকেট অতু থওইরমদে। মানা হায়খি—বাপূজী মশামক অচৌবনি। মরম অতুনা মানা অসুম্না থনবিবনি। ঐগী দোষশিংবুদি মহাক্না য়েংবিদবনি।

খৃঃ ১৯৩৯ দনি। জর্মন লাম্মীনা ইউরোপতা অকিবা কংনা লান্দারক্লে। নোংপোকলোমদস্তু জাপাননা হৌরক্লে। অঙ্গ্রেজ সরকার কিবনা মিপাইরে। মখোয়না ভারতপু লানফম অসিদা পুশিন্দুনা ভারত মাতাগী মপারী'শংবু লানগী যজ্ঞদা হোম তৌথোকপা পাল্লম্মি। মসিগী বিরুদ্ধদা মহাত্মা গান্ধীজীনা সত্যাগ্রহ আন্দোলন তৌগে লেপ্লে। আন্দোলন অসিগী ইহান হানবা সত্যাগ্রহী কনা ওইগদগে খন্নরকই। অয়াম্বনা খন্নরকই—জবাহর-লাল নেহরু, সর্দার পটেল নত্রগা রাজেন্দ্রপ্রসাদ। অদুবু মহাত্মা গান্ধীজীনা হাযবিরকই—বিনোবা ভাবেদনা অহানবা সত্যাগ্রহী ওইগদবনি। অনিশুবা সত্যাগ্রহীনা পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুনা ওইগদবনি।

খৃঃ ১৯৪০ গী ওক্টোবর তাং ১৭ তা যুদ্ধ বিরোধী ভাষণ পীদুনা অহানবা সত্যাগ্রহী ওইনা বিনোবানা সংগ্রাম হৌখি। পুন্নমক্না ঙক্না যেংনখি অমসুং হংনখি- বিনোবা কনানো ? বাপুজীনা মহাকপু অহানবা সত্যাগ্রহী ওইবগী অচৌবা সন্মান পীরিবা করিগীনো ? মসিগী পাউখুমদা বাপুজীনা "হরিজন" পত্রিকাদা বিনোবাগী পরিচয় অমসুং মহাক্কী সেবাগী থবক পুন্নমক ইদুনা ফোঙথি। মতৌ অসুম্না ভারত পুম্বনা বিনোবাবু মশক খঙখি। গান্ধীজীগী লুচিং মখাদা সত্যাগ্রহ আন্দোলন য়াওখি। মমৈথংদা ভারতনা স্বাধীনতা ফংলবা তুংদা আশ্রমদা অমুক হন্দক্লগা খুঙ্গংগী সেবাদা পুক্লিং লুপ্তুনা লৈখি।

খৃঃ ১৯৪৮ গী জানুয়ারী তাং ৩০ দা বাপুজী নোঙ্গাশ্রবদা

সেবাগ্রামদা গান্ধী ভক্তশিংগী অচৌবা সভা অমা কমখি। বাপুজীনা পুন্নম্বা সেবাগী অচৌবা ভার অমসুং ময়াম অসিগী লুচিংবগী থবক কনানা লৌগনি হায়বা রাহং অমা লাকখি। পুম্নমক্কা থবক অসি বিনোবাদা শিন্নখি। গান্ধীজীনা নীংলম্বা থবক অমসুং মাগী আদর্শ পাঙথোক্নবা বিনোবা ভাবেনা সর্বোদয় সমাজ শেমগৎলে। সর্বোদয়গী উদ্দেশ্যদি মী পুম্নমক্কী চাওখৎপা হায়বনি। করিগুম্বা সমাজদা মী থরনা ফুংভাইবা থরনা রাবা নত্রগা অয়াম্বনা ফুংভাইবা থরনা রাবা—মতুসু নত্তে। সমাজদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক ফুংভাইবনি। ঙসি বিনোবানা সর্বোদয়গী থবক কয়া পায়খৎতুনা লায়রবা ভারতকী চাকথুং ফিথুংদবা কোক্নবা হোৎনরি।

বিনোবাগী পুন্সি অসি সেবাগী থবক্তা মপুং ফানা কথোক্নবনি। মানা দশকীদমক তৌখিবা অমসুং তৌরিবা থবকশিং অতু শীংথাবা ঙম্বা নত্তে। মাগী থবক্কী মন্নুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবদি ভূদান-যজ্ঞনি। মসি ভারতকীদা নত্তনা তাইবংপানবদা লৈরিবা মাওইবা জাতিদা মহাক্কী অচৌবা খুদোল অমনি। লৌ হংখোল মচেৎ অমগীদমক মী কয়া কয়া কোক্কায় লুকায়নৈ। মী কয়া থরায় থানৈ। অতুবু ঙসি বিনোবানা লৌ একর লাখ কয়া কয়া ভিক্ষা নিহূনা লৌরি অমসুং ভারতকী লৌ লৈজদবা লৌমীশিংদা য়েন্থোক্লি। পৃথিবী পুম্নমক্কা মাগী হিংসা য়াওদবা ক্রান্তি অসিবু অঙকপগা লোয়ননা য়েংলি।

খৃঃ ১৯৫১ দা হায়দ্রাবাদ অমসুং তেলঙ্গনাদা লৌমীশিংগা জমিদারশিংগা য়াম্না খৎন-চৈনখি। হিংসাবাদী কাংবুগী থৌইন-শিন্দগী লৌমীশিংনা জমিদারগী লৌফমদা নমহূনা দখল তৌরম্মি।

জমিদারশিংগী অধিকার কয়বা হোৎনবদা পুলিসনা নোংমৈ কয়ারক কাপখি। আন্দোলনকারীশিংম্ম য়াবমথৈ খাওহ্ননা পুলিসকা মায় য়োক্লখি। মতম অহুদা বিনোবানা বার্ধাদগী হায়দ্রাবাদ ফাওবা পদ-যাত্রা ( খোঙনা চৎপা ) তারক্লম্মি। মফম অহুগী অরাওবা, খৎন-চৈনবা অহু শান্তি থম্নবগীদমক মহাক লাকপনি। বিনোবানা পঞ্চমপল্লী কৌবা খুলদা প্রার্থনা সভা অমদা ভাষণ পীরম্মি। মাগী ভাষণ তারিবশিংগী মরক্তুগী লৌ লৈজদবা লৌমী খরনা হায়রকই—"ঐখোয়গী উনবা লৌফম খুদোল অনিদা পাকপা ফাওবা লৈজদে। ঐখোয়না লৌফম মুন্দ্রবদি করি তৌগনি ? পূক থাক্লবা অতোপ্পা পাম্বৈ অমতম্ম লৈতে।"

লৌমীশিংগী থম্মোই শোক্লগা অরাবা ৱা অসি তাবদা বিনোবাগী থম্মোই পেৎখ্রে। মহাক্ন ৱাফম অসিদা অচুম্বগা মঙাল অমা উরে। মানা তিল্লিবা সভাদা য়ম্না থম্মোই শোক্লবা খোঞ্জেলদা হায়রকই "তিল্লিবা ইচিন ইনাওশিংগী মরক্তা কনাগুম্বগী অহেনবা লৌফম লৈরবদি লৌ লৈজদ্রবা লায়রবা ইচিন ইনাওশিংদা পীবয়ু।" কনাগুম্বা পুকচেল চাউবা মপা অমনা হৌগৎলক্লগা লৌ একর ১০০ দান তৌরে। মসিদগী ভূদান যজ্ঞ হৌখ্রে। অসিগুম্বা পিক্লবা খুঙ্গং অমদগী অচৌবা ক্রান্তিগী লংলা লংজিন চিংথোকপা হৌখ্রে। থৌদোক অসিদগী বিনোবানা চাং হেন্না লৈবা মীদগী লৌফম অমম্বং সম্পাত্তি ফংনবগী উপায় পুথোকখি। হিংসাগী লম্বী নত্তে। য়াম্না মুংশিনা অমম্বং নিংখিনা ভাব তাহল্লগা ফংবা য়াই। মফাকা অনৌবা সিদ্ধান্ত অসি চাং য়েংহ্ননা মহৈ য়ালহনগে হায়না পুক্লিংদা চপ য়ুংখ্রে।

তেলঙ্গনাগী খোদোক অসিদগী হোতুনা বিনোবানা ভারতকী মকম খুদিংদা পদ যাত্রা তৌখ্রে। মাইল লিশিং কয়া কয়া খোঙতনা চৎলি। খুঙ্গং কয়া কয়াদা সভা ফম্মি; লায়রবশিংগা-দমক লৌফম নি। লৌ একর লাখ কয়া দানদা ফংই। মহাক ভারতকী প্রদেশ অয়াম্বা শীনবা থুংনা কোঙ্গখ্রে। ঙসিসু মাগী ভিক্ষা লেপ্পা লৈত্রি। ভূদানদা লৌফম ফংবগুম গ্রামদানদা খুঙ্গং ওইনা পূন্না ফংই। কনাগুম্বনা মরুপ মথুম ওইনা সম্পত্তি দান তৌই। লৌফম অমসুং সম্পত্তি লৈজদবা মী কাঙবু কয়ানা জীবন দান তৌহনা সেবাদা পুন্সি কৎলি।

বিনোবানা লম নিবা মতমদা মথল মখা অয়াম্বা যুক্তি শিজিন্নদে। মাগী হায়ববু য়াম্না সুংশিবগা লোয়ননা তকশিনবা হায়জবা অসিতনি। কনাগুম্বনা পীদনবা চক্রি তৌহনা হায়খি— "ঐগীদি লৌফম থরদা লৈজে, ঐগী ইচানা মঙা গুরি। নঙোন্দা পীনবা লৌফমদি কদায়দগী লৌরুগদগে?" বিনোবানা য়াম্না লায়না খুমখি—"অদোমগী তরুকগুবা অঙাং অমসু লৈরবাদ মাগী শরুক থুংলোইদ্রা?' জমিদারনা খুম্মি— "মাগীসু শরুক থাইবা তাগ।" বিনোবানা অমুক হায়রকই—'অদু ওইরবদি ঐ অসি অদোমগী তরুকগুবা নচানি হায়না লৌবিরো; ঐনা ঐগী শরুক নিজরি। ঐগী ফংফম থোকপা শরুক পীবিরো।" আইন অমসুং হিংসাগী পাম্বৈনা ফংবা ঙমজবা অদু প্রেম্না থম্নবা ইচম চম্বা রাইহে থরতনা জয় তৌখ্রে। বিনোবানা লৌফম তরুক গুবা শরুক ঈরায় লায়না লৌখ্রে।

হৌজিক বিজ্ঞানগী চাওখৎপদা ঙমখৈ ফনা য়েৎশিল্লক্রে। তমথীরবা এতোমগুম্বা থুংলাইনা পৃথিবী তুমহনবা ঙম্বগী থাক্তা

লৈরে; অহুবু তমথীরবা হিংসাগী মশক ওইরবা খুৎলাইশিং অসিগী মমাংদা গান্ধীজীগী সত্যাগ্রহ অঙকপা অচোব' খুৎলাই অমনি। মসিবু পৃথিবীনা ঙক্লা যেংনখি। অস্তুম্না বিনোবা ভাবেগী ভূদান-যজ্ঞ অসিসু পৃথিবীগী ম'ওইবা জাতিদা নোনা পীনবা অনৌবা চাংয়েং অমনি।

## শম্নপ্পা নৈনবা

নীংথম্না ইরবা য়ারেং অসিদ মহাত্ম গান্ধীজীগী সত্যাগ্রহগী মন্ত্রবু প্রচার তৌরিবা আচার্য বিনোবা ভাবেগী পুন্সিবু শম্নপ্প নৈনরি। শ'গুম ওইরবা অমসুং মশাগী ওইজবা পুম্বা দেশ সেবাদ কৎথোক্লবা ত্যাগকী মূর্ত্তি বালব্রহ্মচারী ভাবেজীন। মহাক্না কনদোনা গান্ধীজীদা চঙজকপা অমসুং সত্য অমসুং অহিংসাগী মন্ত্রবু ভারতকী সংস্কৃতিগা চুননা অমসুং খুঙ্গংগী ভারতবাসী কোটি কয়াগী ঙমজবা মওংদা চৎথগদগে হায়বতু য়াবেং অসিদা ময়েক লনা ইংলি পুংসগী অর্থাদ দানদ লেয়ে হায়বাস ভাবেজীনা থঙখি। অসিনা শান্তি অমসুং ক্রান্তি অনিগী অপুনবা ভূদান' আন্দোলননা তৌরহুনা 'গ্রাম দান'' ''সম্পত্ত দান'' অমসুং 'জীবন দান'' অসিন'চংবা দান কয়াগী মন্ত্রনা লৈশ্যাংনরবা ভারত বাসীশিংবু শান্তি অমসুং সর্বোদয়গী মাঙকেদা পুশিনবীরক্লি। ''ভারত থাদোকই হায়বা গান্ধীজীগী আন্দোলনগী অহানবা সত্যাগ্রহী বিনোবা জানি অমসুং মহাকী ''ভূদান যজ্ঞ' না তশোংবমক ভারতকা শান্তি অমসুং চাওখৎপা হায়বতু পুরক ন হায়বাস লেখকী কন্না থাজবনি। জগৎ পুম্বা মাঙইনবা তশ্বা এতোমগী খুৎলাইশিংগা মায়োক্লনা ভাবেজীগী ''ভূদান যজ্ঞ'' লৈরি।

— — —

# থাজগী অঙাংবা মায়থোং

এলাংবম রজনীকান্ত সিংহ

খৃঃ ১৯২৮ গী ফেব্রুয়ারী থাদা পোকই। এলাংবম লৈকাইদদি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা কবি অমসুং বারীমচা ইবা লেখক অমা ওইনা ময়াম্না খঙনরি। মহাক্কী অচম্বা শৈরেংশিংদা বাহৈ নাচোমশিংগী ফজবা য়াওই অমসুং মহাক্কী বারীমচাশিংনা সমাজগী কাচিন কোয়াদা লৈরুবা পুক্নি কয়াগী অমসুং থোইদোক্লস্ত শাবী শানৌশিংগী মাঙকত্রবা থংশিবগী সুর কয়াত্ত নীংখিজনা উৎলি। ইংরাজী শিক্ষাদসু গ্রেজুয়েট অমনি। চৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা লাইরিকাশিংগী মনুংদা "মরুপ অনি" হায়বা উপন্যাস, বারী মগা কয়ামকুমগী থোমজিনবা "চাংয়া তময়" অমসুং "মুমগী মৌ" হায়বা লাইরিক অনি অমসুং ফুঙ্গাবারীশিংগী থোমর্ নবা—'থাইনগী মণি মুক্তা" শীংথানবা য়াই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনচিংবা সাহিত্যগী সংস্থানশিংগী মরু ওইবা থবক পুবদা য়াওরি।

'যমুনা কমদোরি? নংগী পরীক্ষানা কয়াম রাৎলিবা?"
অসি হায়রম্লগা— "নংসু নিঙোলনিকো ইবেম্মা।" অসি হায়রুনা যমুনাগী মনেনা নুংশা মপী হোম্না কমথখিরম্মী যমুনা মনেবু হাইফেজং য়েংলম্লগা রাতোন মত্তোন্দ লিংখৎলকইবা মপুং ফাবা থা অদু য়েংলম্মী। মনাক্তা লাইরিক অমা অনি চাইরি, ফাক্কোকপা লাইরিক অমসু মতম্বাক্তা লৈরি। থাল্লিবা লেমটন অতুসু ইরং লংনা ঙাল্লি। অদুবু যমুনাগী থম্মোইদা মনেনা হোনখিবা নুংশা মপী অদু তত্তনা হোল্লি। করিগীনো পঙদে। থাদি মিংকুপ পুংজা থুদিংগী থরা থরা লিংখৎলকই। অসুম্না ঙহাক্তং চীক্লা লৈরুরগা তপ্না তপ্না যমুনানা হায়রকই "ইনে! ইনেনা ঐবু

নিঙোলনি হায়রগা তুমিন্না লৈরিবহু করি ত্তৌরবগে ?" মনেনা যমুনাদা হাইক্ফেত্তুং য়েংলম্লগা কি শেমহুনা ইল্লম্মী। যমুনানা লাংতক্লনা মনেগী পাউথুম ঙাইরম্মী। থাজগী অইংবা মায়থোং অসিনসু যৌবনগী মপুং ফারক্লবী যমুনাবু থোইদোক্না পুক্নিং লুংওলহল্লি।

অহিংগী লিক্লানা থাবলগী মরক্তা পোপ পোপ্ তারি। যমুনাদি মনেবু লুংশিবা অহুবু কোঙদোকপগী মহুত্তা মমায় মায়থোং মকশিন্না "ইনে। নহাক মামনা ঐবু চাক্কৌনি হায়রগা তুমিন লৈগ্রবদি কৈদৌরে ? ঐদি মামনা চাক্কোগে হায়বহুদি কাউত্রি।"

মনেনা হায়রকই "যমুনা! নংবু নিঙোলনি হায়বদি নং লাইরিক হৈবীনি। নিঙোলবু করি ওইরকপা হৌনবগে ?" যমুনা মনেগী পাউথুম অহু পাক শীরমদে; ঙহাক্তং রাথল থল্লুরগা তপ্না তপ্না হায়রকই "ইনে ! পূর্ণিমাগী থাবল অসি ঈংত্রা ? ঐদি থাবলগী অঙাংবা অসিত্তুম থোইনত্তুম লুংশি।"

মনেনা হায়রকই "যমুনা! ঐ চৎলগে, নংগী লুহোংগদোবা থিত্তা ঙাইরে ; মহুগীদমক নংবু চাক্কোবা লাক্লিবনি। নং ঐথোয়দা হংচিৎ চাকচাবা লাকউকো। নংসু নিঙোলনিনা য়ুমসিদা অমুক উররোইদো ইনে চৎলগে।" মসি হায়রম্লগা চৎখিরম্মী।

যমুনানা অঙকপা অমসুং চিংনবা অমসু পোক্লে। মনেগী অহানবা রাহৈদা নিঙোল্লি হায়না রাহৌই, অরোইবদসু নিঙোল্লি হায়না চৎখিরম্মী। মনেগী "নিঙোলনি" হায়ব রাহৈ অসিত্তনা যমুনাগী রাথল অহু চুশিল্লম্মী। অমনা নিঙোল ওইবীগী য়ুম্থানবা

যমুনাগী পুক্নীদা ইকুই কুইদনা থোক্লগদৌরি। থাজগী অঙৈংবা মায়থোং অসিনা যমুনাগী রাখলগী চেনা অসি মথং মথং হাংদোকপগুম তৌরি।

* * * * *

মণিপুরগী চৎনবী লুহোংবগী মতুংদা নিঙোলশিংগী খোঙথাং অসি থোইদোক্লা রাখন খল্লিংঙাই ওইরি। মিকুপ পুংজা খুদিংগী শেম্নরনতা লৈরবী খোঙকাপ অমতং কাস্তোকখিবদা মিহুন শুদনা তুং ইল্লবী মমানা মচাস্নুপী অসিব লুহোংখ্রবা মতুংদদি মিকুপ পুংজা অমত্তং মমাগী মনাক্তা লাকহল্লিংদে। করিগীনো? কয়াদা থেম্নখ্রবা? খল্লবস্তু নত্তে কযাদা স্নুংশিখ্রবা! সংসার অসি মমানা মচাবু স্নুংশিদবা অতাঙবনি। অদুবু লুহোংখ্রবী মচাস্নুপী অসিবু অহিং অমা লেকমিন্নহুনা রারী শানবা মতম লৈখিদ্রে। চাক চারা অমা চামিন্নবা ফাওবা মঙক থাঙৎহুনা থেঙলে হায়না তাল্লক্লে। নিঙোল ওইবী শংনা মপামদা য়োরকত্রিদ্রৈদা মমানা থিনগদৌবগী দমক হোৎনবসিবু করিগনো? অসিগুম্বা রাখল অসি যমুনানা থংম্বায় শোক্লা খল্লক্লে। মহাক্লা মযুম পাল্লক্লবা মতুং অসিদদি স্নুংশিরবী মমাগী পুক্নিংগী রা ফোঙদোকপা ঙমখিদে। করি অমুক হায়রুগদগে, মপামদগী ঈশিং খুজোক অমা থকপা ফাওবা হজোইরক্লে যমুনাগী অনৌ অনৌবা পুক্নীগী খোঙথাং অসি মাগী রাখলগী চেনাদা স্নুমিৎ খুদিংগী ময়েক শানা ইশিল্লি।

ঙসি যমুনানা মপামদা লাকপা স্নুমিৎ অসিদি মমিত্তা মপি তানা তেংথাবা স্নুমিৎনি। মচাস্নুপী যমুনাবু স্নুমিৎ খুদিংগী স্নুমিৎ, থা য়েংবগুম লৈরম্লিবা, মনাক নক্ল শেম্নহুনা রারী শাহুনা হরাওরম্বা

মবুং শরৎ অসি যমুনাবু "যমুনা" হায়না হরাও হরাও কৌখিল্লে। থরা লাপথোক্লা কোইথোক্লা চথোকখ্রে; মতুংদি যমুনাবু উরগা হঙ্গোইবা ইকাইবা উৎলক্লে। মতম কুইনা শাংনা যমুনানা মবুংগী ফি শুবিরমবনি, অদুবু যমুনাগী অসিগুম্বা থবক অসি মাগী মনম্মা শরৎকী কুপীনা মুনখ্রে। যমুনাদা ঈশিং সনাবুল অমা শোকউ ফাওবা হায়খিল্লে। ইমুংগী চাক থোংবা, রাইতৈবা, কোন ফেউবা থবক পুম্নমক অসি যমুনাগী মখুৎতগী মনম্মনা মুনখ্রে চুম্নদা মুনবা নত্তে, যমুনাবু ফিদা থাদুনা ফমহল্লবনি। অদুগা মবুংনা যমুনা উদনবা হোৎনখ্রে। অদুবু যমুনানাদ মবুং-মীপুং মেজ অমত্তুদা পুম্না লাইরিক পামিন্নবদো উরি। হৌখিবা মতম অসিনা অস্থুম মথং মথং চণ্ডশিল্লকুনা হৌজিক্কী মতম অসিদা তেংথারক্লে। মরমানা কমদৌরি? যমুনাবু মপুরোইবগী মযুমদা থিনগদৌবগীদ মফি শেৎখি; যমুনাবু মপামদা মিৎকুপ অমা ফাওবা পম্মদুনা কৈমিন্ন-নিংঙমদে। যমুনাসু মপামদা নোংফাদোক লাক্কদৌবসিসু হঙ্গোইরে। অদুগা অমুক ইকাইবা হ'য়বা অসিনা বিদায় ওইদুনা মপামগী লমদম অদু থজিনখ্রে।

কুপীনা মপুরোইববু মুংশিজবনা মযুম পানবা ওম্লিবনি যমুনাদি মপুরোইববু মুংশিররোইদরা? মাগী মপুরোইবদি কেথোক মৌথেকপা ইমুংদা পোকপনিনা কুপী অমসু পুরক্লে। হৌজিক্তি মাগী মপুরোইবা অসি কুপী অনিগী ওইবা তারক্লে।

মযুম পাল্লবী কুপী অমগী মফমদদি মপুরোইবা অদুবু কনাগুম্বী অমনা মিৎচিনা থজিক্তুং য়েংবা ফাওবদা অঙ্গুতাপকী মশক ওইরি-

বনি। যমুনাদি অনুতাপকী মৈচাক অসি ফংলোইদ্রা? অদুগা মপুরোইববু মুংশিদনা করম্না ময়ুম পানগদগে? অসিগুম্বা ৱাখল অসিনা নোনা লুহোংলক্লবী যমুনাগী থম্মোই অসিবু হঙ্গিন-হঙ্গিন থুগায়রি। অমনা যমুনানা মপুরোইবদবু মুংশিজবা, মপুরোইবনদি অতোনবাগী মিৎনৈদা লৈখ্রবা—কয়াদা খেন্নরবা ৱাখল্লো? মহাক্কী পুন্সীদা থোকইবা অনৌবা খোঙথাং অসিনা পুন্সীগী ইতিহাস ওইরবস্থু মাগী পুক্নীংনদি কপলি। মপামদস্থু মিকুপ অমত্তুং পোথাক্নম লৈতে। মপামগী মনম্মা মংনা অনৌ অনৌবা ফিভম হোংলকইবা অদু উরগা মপামদা মায় ওনগে হায়বসি থনখিদ্রে। অদুগা সোমদস্থু মপুং ফানা মপুরোইবগী সেবা ফংলকদ্রে। অতোনবাগী খুজিন্দগী নিপানা কাওথোক্লবী নুপী অমা ওইরক্লে।

যমুনানা মাগা থোইদোক হেন্দোক্লা চান্নরবা, ক্লাস অমতদা লাইরিক তম্মিন্নরবা ললিতাগা কমত্তুন ৱারী শারম্মী। যমুনাগী অনৌবা পুন্সীগী খোঙচৎ অসি মথং মথং লিথরক্লগা খঙহৌদনা চপ শেপথোকখ্রে। মপি ঈরা চেল্লহুনা হায়রকই "ইতা ললিতা! নংগা এগা লাইরিক নাকল য়েপতুনা লাইরিক তম্বা চৎলিঙৈগী মতম অদু নুংশিদ্রা? মতম অদুদা ইবানিনা ঐথোয়গী অখূবা খোংজিন অদুদা মায়গা মায়গা ওনাশন্নহুনা ৱারী শাহুনা নোকখি-বদো, মতম অদু অমুক হন্না লাক্লরোই। অদুগা ললিতা! এগী তুংগী শন্নুন্দা কুন্দো পরেং থেৎপদা খোংথাং খুদিংগী কুন্দো অমমম নাংখায়রক্তুনা লৈপাক্তা তাখিবদা এনা "ইতা! এগা পুন্সাদি কুন্দোগুম নাংখায়রক্লবনি" হায়খিবদা নংনা "অঙাওবীসিদি" হায়না

নোকমিন্নথিবত্থ অচুম্বা ওইরক্লেদো।" মতাং অসিদা ললিতানা ' নংনা অপাম্বা লম্বী অমা য়েংলোদনা" হায়রকই।

যমুনা মকশিনবা মাযথোং অচুদগী থজ্জিক্তুং নোকফেৎ তৌনা হায়রকই "ঐ মাবু সুংশি।' মাবু থাদোক্তুনা মক্তম কদায়দবু চৎকদগে? ময়ুম পাল্লবী শুপীনা করম্নস্থ মপামদা লৈরুগদগে?"

"নংবু সুংশিবীবগী থুদম উত্রবদি নংগী থুদোংচাবা লম্বী য়েংউ হায়বনি।" অসি হায়রগা চৎকে তৌরম্মী। যমুনানা "হতা! নংবু অঙাং ওইরিঙৈগী লাইরিক তাম্মিন্নরিঙৈগী মরুপান। মতম কুইনগী মতুং অসিদা নংগা ঐগা য়ারী মতেক অমত্তুং ফাওবা শানবা মতম শংত্রব্রা?"

"ইতাগা ঐগা লম্বী অমমম্না। হায়বদি পরিক্ষা থজ্জিক্তা শায়শিল্লক্লে।" অসি হায়রম্নগা থুনা যাংনা চৎখিরম্মী। যমুনানা মপি ঈরা চেন্না তিন্নরম্বদগী লাপথোক্লরবা মতা অচুবু য়েংহোই।

সুপানা হন্ন' য়েংবিত্রবা, মানা পায়বা পোৎ, মানা নোমজবা থবক শীংথাবীত্রবদা করম্না সুপী অচুনা ময়ুম পানবা ঙমগদগে? সুপী-নিপাগী থম্মোয়গী অচিকপা লংলা অচুনা সুংশিবগী য়াকায়বুং ওইরিবনি। অসিগুম্বা লংলা অসিনা তৎলবদা মিকুপ অমতং হমুং অচুদা শান্তি লৈরোই। অচুবু যমুনানা করম্না মপুরোইবগী মনাক্তা পুন্সি লেপ্লিবা? অতোনবা অচুগী মিৎয়েং, য়াথলগী মতুং ইন্না সুপাগী মনাক্তা থজ্জিক্তুং চংজফম ফংজারে। মপাম লমদমগী সুংশিবা য়াথল অচুদি নীংশংনবা নত্তনা যমুনাগী

মকমদা অমুক ইনৌ নৌনা লাকখিল্লে। অদুবু যমুনাগী অন্নাবা মশা মথন্তা থাওজবা নত্তনা কনাগী মকমদসু ফোঙদোকখিল্লে। ফোঙদোকপদা নত্তনা মপাম ফাওবা মাগী শুংঙাইতবা পুন্সীগী থোঙচৎ অসি তাদনবা পাওমেঞ্জরি। যুম্পানবগী শুংঙাইতবা শরুক ফংবা অসিদগী মপামগী রাখলনা শরুক চামা হেন্না চিন্তাগী রাখল ওইখ্রে।

অনৌবা ফিজেৎ লৈতেং নাচোমলৈ, কেজ মৌজবা, মুপাগী মনাক্তা ওইনবত্তনা অতোনবীগী পুন্সীনি। চীক থাবল করবা অহিংদা করম্না থাবলগী লৈরাংবু শাৎলোইদগে? শংবানববা অতিয়া অসিবু ওইনচাওবা শাবী শানৌশংগী মকমদা করম্না গাঙহনগদগে? আশাগী মুত্তিনা মায়কৈ পুম্নমক্তা লেপলরবসু মুত্তিদা মুত্তি উরক্লগদবনি। নোংমা যমুনাগা লোম্নরিবী অতোনবী অদুনা ফিজেৎ লৈতেং নাম্না, সনাফিগে সনাগী লিক কোজ শিরদুনা ইমুংদগী থোরকই। যমুনানা ঙক্লা অতোনবীদুবু মুন্না য়েংলম্মী অসুম্না য়েংউরগা মোমোন নোক্লা হায়রকই—"ইনাওদি লাইবক ফৈদকো. এনা অশুক কুইনা লৈরকপদি ইন্নফি অমা ফাওবা থোনবিদে"। অদুবু মাগী রা অসি হন্না ফাওবা তাবীরমদনা চৎখিরম্মী। যমুনাগী পুন্সী অসি মওল মওল থল্লক্লে। মহাক্কী মপুরোইববু য়েংজদুনা পুন্সা লেঞ্জনিংলবসু মহাক্কী শুংঙাইবা আশাদা থুৎ থিংজিনবগুম থোকদোরি। অমরোমদা মযুম পাল্লবী মহাক্লা মপামদসু পুন্সী লেপ্লিংদে। অসিগুম্বা রাখল কয়ামরুম অসিদগী যমুনাগী অরোইবা পুন্সীগী অনৌবা লম্বী য়েংলক্লে। নোংমা মহাক্লা মমাদা

"ইমা। ঐবু নোংমতা চাক্লোবা!" হায়খি। মমানা "হন্দক শাকইবা নিংথৌকাবা অসিদা কোগে" খুমখি। যমুনানা 'ইমা। নংগী নিংথৌকাবদে কদৌঙৈ ওইবক্কদগে?' হায়খি। সুমিৎ অসিনা যমুনাগী আশাদি মমাগা উন্নবা অরোইবা সুমিৎনি খল্লম্মী।

সুমিৎ তারমদাই মতমনি। তারমদাই সুমিৎকী মশেক অসিনা সনা মচু মাল্লি। গঙ্গাগী ঈথক ঈপোম অসি তারমদাই সুমিৎকী থোংনা নৌরবা মচুনা সনাগী ঈথককুম থনখ্রে। মেংনা থোংলবা ঈথক অসিনা যমুনাবু খুৎলাম তোযনা কোবগুম তৌরি। যমুনাসু অপনবা তোদনা গঙ্গাগী ঈচেল অসিদা মথং মথং কুমথরকই। ওসিগী সুমিৎ অসি ফনা না'থিনা ঈংনা চাকখ্রে অচাকপা অসিবু অমুক হেন্নগৎনবগীদমক তামলবা তাব্বান চাংজৌ রাংমদা গঙ্গাগী ঈথক ঈপোম্মা নোমহৌ নোমহৌ পুরব কনাগুম্বা হিহোনবা নিপা অমগী থম্মোয় শোক্লা তেংথ নাশওবা ঈশে অমা মশেক মঙাল যমুনাগী নাকোংদা তারমই। যমুনা ঈশে অডু তাবদা থোইদোক্লা মামত্তুগা পি শিন্থবমই। গঙ্গাগী ঈথক ঈপোম্নদি অতৎপা লৈতনা মাগী মথং'দা বোম বোম ফুবি। ঈশিংগী মবিক্লা মাগী মমায় চোংলম্মী। অডুবু যমুনাগী থম্মোয়গী মেচাক অডুদি মুৎখিদ্রে। তাব্বানা হৌরিবা উপালগী ননিনা থেক্কোই থেক্কোই লাইরেলগী মচৌগুম্বা মাবু যোংকে তান্নার। ঈশিংদা মঙক য়োনা কুমথরক্রবদা যমুনানা অমুক্তং হন্না যেংলম্মা। তারমদাই সুমিৎনা গঙ্গাগী ঈথক ঈপোমদ লুপশিল্লক্লে। মামত্তু মপি তানা গঙ্গাগী সুমিৎ তারমদাইগী দৃশ্য অডুবু য়েংউরগা মাগী লুহোংবা সুমিৎকা আহংদা থম্মোয়দা তাখিবা মতমগী দৃশ্য থরা নীংশিংলম্মী। অসুম নীংশিংউরগা

খঙহৌদনা 'ইবুঙো" হায়না হন্না অমুক্তং য়েংলম্মী ; অদুগা "ননাওগী পুন্সীদি লোইরেদকো" হায়রমই।

* * * * *

ঙসিদি যমুনাগী মমা অসি মচাগী মিৎকী পি অসি উবদা নুংঙাইত্রমাল্লে "যমুনা! যমুনা! চাক লোইরে। করিগী কপ্পি-বনো?" হায়রম্মী। যমুনানা ইকিং ফিংনা তুম্মুবদগী হৌগৎলম্মী, অদুবু গঙ্গাগী ঈথক ঈপোন্না মাগী মমিৎ অদু থনথ্রে। মমাগী মশক উখিদ্রে। থানা চপ যুংনা ইরং লংনা থোক্লবস্তু যমুনাগী পুন্সাগী থাবল অদু অমুক থোকখিগদরা খল্লম্মী। অসুন্না ঙহাক্তং ঙল্লা রাখল খল্লুরগা মমাদা হায়রম্মী "ইমা, ঐস্তু নিঙোলনিকো!"

### শন্নপ্পা লৈনবা

নুংশিরবা রারী মচাসিদা নিংঙোল ওইরিবা যমুনাগী মথোক কারকপগী রাখল অমস্তং আশা অদু নুংশনা উতোল। থাজগী অঙৈংবা মঙালদা ঙাইহাক্তং তুমথুন হুন্নরবা যমুনাগী পুন্সীদা থোক্লবা য়াবা লান অমস্তং থাঙভমগ্রবা পুন্সীদা মপুরোইবনা থোশাবীবকত্রবদা মঙোমদা শিকথিবগী থম্মোই শোক্লবা মঙ অমনা নুঙ্গাওইবা শিংগী থম্মোইগী থুপ্লবা কাচিন্দ লোৎলিবা আশা অমস্তং নীংজবা কয়াদু উৎলি। মঙ কায়থ্রবদা পুন্সীগা মঙলা অনিগী নকশিন্নবা মরী অমনা মঙতুমক পুন্সী কায়বত্রবা হায়না ঙাইৎলক্লী মীকুপতং চিংনবা শোকহল্লি। লুহোংবগী পুন্সীদা থাঙদারকদোরবা নুঙ্গা অমনা লাক্কদোয়িবা পুন্সীবু থোরাংনা ঙাইজবা অমস্তং নুংশাস্থ পীজবগী তপ্লবা স্থর অমনা রারী মচাসিগী মশা পুম্বদা লৈ। শুপথবা লৈত্রবা নিংঙোলগী অরেপ্পা লৈত্রবা পুন্সীগী কজবা মশক অমনি।

---